# মোংফমদা মীওইবা



লাইশ্রম ইবোচৌবা সিংহ
কাকৈথেল মোইরাং পুরেন
ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

শারবা পুন্সিগী ইরেন তোর্বানগী লৈঙোই শেক্তা মথক্তা কমছুনা হৌখিবা মাংলমচৎকী অমদি তুংদা লাকদবা খোংহৌগী ইথক ইপোম কয়াগী খাখলদা ভুংলবা মীওইবা, অহুদস্থু নক্তনা তাইবং ময়ানা উপ্তনা মতমগী খোংলৈদা লৈনা জগোই শারকপদা অশাওবা, কল্লকপা, অপাম্বা হুংশিবা কয়াগী নিশানা ঙাওখিহুনা জগোই তাম্বা হেক হেক কাইরকই........মতম অহুদদা মাং তুংগী খর খর য়েংলকপগুম তৌই। অহুবু য়েক্লবনা মাং তুং চপপ্রবা কান্দদি পাংথোক্কদবা থবক অমত্তস্থু মাইপাকপা ঙমত্রে। মতাংহুগী অরাবদি মীওইবনা খংগদবা, কল্লনা তৌরুবা ঙম্বা নত্তে। অরাবা থাংলবা মহাক অহুতনা খংজরুবনি। অস্থুকস্থু রারবা মতাংহুদা য়েক্লবা কয়া কয়াহুনা অমুক ওনশনলকতুনা থাংবা ঙমত্রবা অয়োহবা থাক্তা লাক্লে—মতুংদা মীওইবা পুন্নমকী লমথুংফমদা কনাদস্থু তাক্লম্বা নংদনা লৈতাপ্রবনি।

অহুবু ময়াগী মতুংদা লৈরবা মীওইবা, মহুগী রাখলহু খলুদে। অচুম অরান থংদবা মশাগী রাংলবা আশাদা তাওহুনা মাগী মাগী অনিংবা অহুম পাংথোরকই। মহুনা অফ ফত্ত, অচুম অরান হায়না থায়দোরকই—নাকন অনিগী অকনবা লাঞ্জাও অমা শোক্লরি। অহুবু পুন্নমক অহুগী পুনফমদি 'মোংফমদনি' মফমসিদা অচৌ পিশক লাইর অনং, অশাওবা, কল্লকপা অপাম্বা, হুংশিবনচিংবা পুন্নমক পুনখিনি।

শৈশকশিংসে তাইবংগী
ইরাওখোন কয়াগী—
তাবিবা ওইসঙ্গ সমাজনা।

ইম্ফাল, তাং মার্চ ১৯৬৫

# মোংফমদা মীওইবা

## অহানবা মতাং

পুজি' ইপাক ইয়াইদা
নুংঙাইবগী ইরেন্সি তিন্নুগদবা
নুংঙাইবগী রাখলতনি।

মপুং কারবা শরৎকী পুনিমা থাজরি—নোংজু ফুংশা মরক্তা অনৌবা কুমজাগী মপুং ফানবগীদমক য়ানা থবক তৌরবা মীপুম কয়াগী মিংয়েংদা মপুং কারবা থাজ মাগী মঙালনা য়েঙবদা অতিয়া মকোইহৈসি ঙৌরুনবগুম উরি। চিংয়া উরক য়ামকত্তা পাইবা লৈচিনশিংনা লশিং মপোপ পাইবগুম অমদি অপাপ্পা সমুদ্রগী ইয়াইদা য়েংথোকখিবদা ইহৌরকপা ইথকশিংগুম নিংথিরবা অপাবা লৈচিনশিংগী মরক্তা মমি শামি ওইনা উ যা চিং মায়চিংথাং মুতুক মুতুক মুনা মতুম মতুম ওইনা উরি। অসিগুম্বা মতমসিদা চিংচুং অমদা মহোশা লাইয়েংবীনা লোত্তুনা লৈবনয়া অনৌবা মীওইবগী মিংয়েংদা মীচং মীথাই নাইকুবনয়া য়েংজুবদা অপাম্বা লৈতনা খিংয়েং তাকুয়িবা মহাক অহুবু পুক্নিং তমহনি।

ঈশ্বর মাগী খুৎশেমদা অরাপ্পা অনকপা থাইরুবনা অরাপ্পদা মিৎয়েংগী পান্থে শোনবা মকমদা অথাংবা অচৌবা চিংশিংনা মতুম মতুম ওইনা—অনকপদনা চিংখোংশিংদা অমম্থং চিংথক্তা ইংলবা অহিংগী মালংনা হুম্বদা লৈরাং পাম্বীশিংনা মালংবগী ইপোমদা শাথেক কয়াগী জগোই শারি। মথোইগী মরক্তা থাজগী মঙালনা য়ৈবদা অরংবা অমগা লোইননা লৈরাংশিংনা অমুক্তা হেন্না নিংথিজরি। অরাংবা মকমদা হৌরিবা পামেলশিংনা মালংগী ইহুলদা লৈরাং অমদি হানৌশিংগী জগোয় তাম্থা ওইরি। চিংখোং, চিংথক্তা লম্বী মচা, লমহাং মচা মচাম্থ মরৈ—মতুগা লোইননা লৈরাং হাপুং, তিংখং হাপুংম্থ য়াওরি। মতোপ্পা মাইকৈ অমা য়োমদা অরাংবা চিংথক্কগী অকুৎপা লমদমদা ইফুৎ মচা মচানা জিল্লাই মহি চেম্থরকপগুম অহিংগী অচিকপা থুগাইহুনা ত্রোং ত্রোং লাওনা চেম্থরি। চিংথক্কগী চাইথরকপা মচেৎ মচেৎ ওইবা ঈশিং ইপোম অতুদা অমুক থাবলগী ইপোম্মা উয়ক রারক্তা কাওহুনা লাক্লগা য়ৈবদা ইরং লংনা উরি। অহিংগী লমদম ওইবনা লমলক্কী শা, কৈ নত্তনা খোইদোকপা সামাজগী রাংমা লাক্লুনা কনাগুম্বা মীওই অমা লৈরমগনি হাইবগী রাখল থর রাংলি। অতুবু থাজত্রবা মকমদা কনাগুম্বা অমদি সমাজগী রাংমা লাক্লুত্রা নত্রগা মকমতুদা লৈহুনা মীওই লমচৎ থাদোক্তুনা শা ওাগী লমচৎ চৎলগে খল্লক্কত্রা? মপাং কনা রাওদনা করম্বগীনো হাইবগী উত্তনা অরাবা পোৎলুম অমগা লোইননা মমাইদু মালেম থক্তা লৈথহুনা লতপ্পা খোংথাংদা চৎলি। মীওইনা পোক্পা

মপোক্তা পুন্সি ইপাক লানবদা মরুভূমিগী ময়াইদা নাইতোম তাৰা যাত্রিক কনানা অন্নাবা দশা তাবগুম, ওৎথৈগী অরেপ্পা খংত্রবা সমুদ্র ইপাক থক্তা কোকতাওনবগুম মীওই সমাজ থোনবদা অন্নাবা কোক্লাই থেংনগনি হাইনবু খনব্রা ? নত্রগা অনম চুন্নবা তাইবংনি উৎলিব্রা ? —মীওই পুন্সিদা কনানা অন্না অনাগী লম্বী খিংখিবগে—অহুবু করম্বা মথংগী অন্নাবনো ? মথোক কারকপা পুন্সি ঋতুদা সুংশি ইচেলনা থেংলম্মব্রা নত্রগা সমাজনা তুকচনকম ওইরবা লাইরবগী অন্নাবনরা ? মহু নত্রগা পুন্সি ইকাংলব্রা ? অহুগা তশেংনা হাইরবদা করম্বা মথংগী অন্নাবনো হাইবদি রাখল থেল্লবা থম্বগী শরুক রাংলবা মমিংতা হায়রবা মীওইবনা খংবদা খর রারগনি। অহুবু মহাক্না ফিবমদি রাম্না রানা উরে। মহাক মথস্তুগী রাখলদা ইরাক্লছনা অমুক অমুক রাখলছুগী তোর্ব্বাল্লা য়েংলকখি। মহাক অসিবু সুমিৎ অসিগী থাবলনা চামথোক্লবা চিংলকুগী প্রকৃতিগী খুৎশেমদা রাওব্রা ?

মহাক অসি অন্নাবগী থাক্তি য়োরে—অরৎপা লৈতনা অন্নাবগী খর হোল্লি। সুংতাইনবা পোকপা মীওই মপোকনি হাইবা কনাগী রাহৈ অহু তারবদি মহাক অসি লম্বী ওন্নরে খম্বুরা অন্না অনাগী মীওই মপোক্তা লৈংথবগী শরুক্তা পুন্সি মতোম ল্লোয়গে হাইনদি থম্মোইরা ? মহাক অসিনা অশেংবা পুন্সিগী দৃষ্টহু উবা ফংত্রবদি থম্বা য়াই, থম্মত্রগনা নোকল্লিংঙবা য়াই। লিৎপা য়াদবা ময়াগী লাং লৈ দ্রুত লাম্বোকপা ওন্নবদা রাবনি হাইনা খনবসু য়াই। মহাক অরৎপা লৈতনা মথোং থাংলি

য়াখলস্থ খোংখাং খুদিংগী কনবা হেনগৎলকই। শরুক কয়া-কয়া হেনগৎলকই। মহাক্কী য়াখল অত্থ হেনবনরা; নত্রগা পাঙ্গন কল্লি হাইনবু খনবনরা জঙ্গলগী শাহিং ভাহিং চাবা শা কৈগী অকিবস্থ পোক্তে। মহাক্কী মশাদদি নখো মচা অমত্তং'দ য়াওই। করম্বা মরমদগী অসিগুম্বা ফিবম অসি ওইরিবনো হাইবসিতদি খংবা ভমদে। মখোক কারকপা পুল্লিগী স্থ ভাইবা অত্থবু মহাক য়াওরব্রা? মীওইবগী পুল্লিদা অয়াবা য়াওরবদা করম্বা স্থুংশিবা চংবা ভম্বগে? মনিং মমাং ওয়বনি—ওস্থোক ওনশিন তৌবনি। স্থুংভাইবা অত্থগী খল্লুবদা অরাবা শরুক চামা চামস্থ হেনগৎলকই। মহাক অসি লমশাং চৎপগী অয়াবনে, য়াখলগী অয়াবনে মশা চোকখরে-মখোং অত্থ থাংবদা অয়াবনা থামলক্লে-চৎপা মমি শায়ক্তরে। মকোক অত্থ ইভাও ভাওরে। মহাক্না উরুবা পোৎ খুদিংমক মভোন্দা লৈশনলকপগুম ভৌরক্লে। মহাক্কী মভৌত্থ উবদা মহৌশা লাইরেম্বীস্থ অয়াবা পোক্রব্রা? ভপ্পা ভপ্পা হুয়ম্বা মালংবা লেপখ্রে—মাইকৈ খুদিং ইচক চিকখ্রে। মহাক্না অবাবা হেনগৎলকপগী অহোবা নিংনিং লাওবা মখোলস্থ ভারি। মপুং ফারবা থাজস্থ য়েংনি'দে হাইবগী মত্তাগুম নোং-চুপ চিংদোলক্তা লৈশনখ্রে। অমম্বা কৌবী লাইরেম্বী লাক্নুনা মালেম লৈদা নেৎলরে। অকাশখক্তা অপিকপা খয়ানমিচাক-শিংনা মমিৎ মনা ইথক থক্লি। লৈরম্বিবা জ্ঞান পুয়মক মাংখিহ্নমা লৈমাইথক্তা ভাই। অমুকস্থ জ্ঞান ভারক্নুনা হোৌগৎলি। অত্থবু মত্তমী ইচেল্লা চিংগী স্থুংলক্তা তেরাগী মোনপাক য়খক্তা স্থম-

থুন হনবগুম লেংখিব্রে। অকাশথকী থরান মিচাক্লা অরাবা অছু উবদা আরবা কোংদোক্লুবদগী থংহৌদনা মখোইগী শরুক খর কিম্থখিহনা ইরং দ'না—ফিবম অচৌবু তাইবংশিনবা থুংনা উৎখি 'মী ওইনা পোক্লগা কনা অমত্তনা ফিবম অসিদা তাবা য়াওখিত্রি'

অমম্বা শরুক লোইশনব্রে— নোংপোক থংবা মাইকৈদা কোরৌরেমা লৈজবা মণ্ডাল পুরক্লুনা সংসারসি লানবিগে হাই-রগী মতাগুম মাগী নোংমগী তোগদবা মখৌ লাংবা হৌরক্লে। অরাংবা কোরৌরেনগী মশেক্লা য়ৈবদা পামেল কয়াদা মণিগী মতুম কয়া পাল্লি। মখোইশিংচুবু উরগা য়াহৌওনবা চেক্লানা য়াহৌ থেংবা মপিজা কয়াবু মখোপোংনা হৌদোকচল্লি। কয়া কয়ানা পামেলথক্তা কমত্থনা তাইবং শেম্বা মপুবু হয়া হয়া থাগৎলি। অহিংগী মতমদা লাকদবা মথংগী অয়ুক্তা করম্বা মাইকৈদা পাংগদগে, করম্বা লৈয়াংদা খোংদাগদগে হাইবগী য়াথলদা লুপ্পুরবা খোইমু কয়াসু নোংপোক থংবা মাইকৈদা য়েংলম্মগা থেংব্রে—হাইবগী মতাগুম ওয়াং থেংনরম্বা পোমহৌবা লৈয়াংশিংদা তম্লি। অমম্বা অহিংদা অশিবগী পাংথক লৌক্ল-রবা জীব থুদিংমক মাগী মাগী নোংমগী তোগদবা মখৌ পাং-খোক্লবা হোংনরি। অয়াবগী পোংলুমা নল্লবা মহাক অচৌসু অহিং চুপ্পা অরাবা থাংলুরগা মতুংদা অমুক হয়া মহাক… থিব্রে হাইহনা মথক্তা মুরুম মুরুম লোল্লি। অমুকসু … লোক্লা করম্বা পাম্বেগীনো, মীওইবগী অরাবগী মতাংদা মচা ওইবশিংনা মমাশিংবু নিংশিংনবহনরা 'ইমা' হাইনা কৌরকখি

ফহবু কনানম্বনা পাক্টথুম পিরকখিদ্রে, চিংগুংগী খোঙ্খাং মৈ-রকপকা মঙাইরে।

কোরৌহনবনা কোকথক্তা লৈবা মতম্দি, দুংশাগী মৈশানা মহাক অসে লম্বী চৎপা ঙমদ্রে। অদুগীসু মথক্তা অরাম খৌ-রাংবগী অরাবা অমা পোক্লে। অহানবদা অরাম খৌরাংবগী অরাবদু রাখলগী অরাবনা লাইনা কোকহনবা ঙম্মী। অদুবু মহু মুতুম থরগীদনি। খৌরাংবা অসুম হেনগৎলক্লে। খৌরাংবা অদু কোরুবা ঈশিং থিবা হৌরক্লে। ইকোই কোইনা থিবদা ঈশিং লৈরে হাইদুনা লোক অমদা কুমথরুরি অদুবু অরাবদি লোক অদুগী ঈশিং অদু মকম অদুদা রাম্না লুথনা লৈদ্রি। মকমদুগী চপ য়ুংথনা কুমথবা তারে। অসুম কুমথরম্বদগী খোংকম নাম্বিদুনা লোক অদুগী অরুবা মকম অমদা তাদ্রে। কনা শিনা শোক্লে, শিবা য়ানা শোক্লে। জ্ঞান য়াওদ্রবা মশাদু ঈশিংগী অরাংবা ইরেল্দা তাওথদুনা চৎলক্লে।

জ্ঞান তারকপা মতমদা ঈশিংদা হৌবা হাপুং অমম্বীদা পন্দুনা লৈরম্লে। কিভমদুদা য়াম্না ঙক্লা খোকথি। মমৈথংদা কৈরাক থম্লগা লোক অদুদগী কাথৎলক্লে। মাগী য়াওরম্বা পোং থুদিংমক মাংখ্রে। মশা মথন্তা ঙাইরে। অদুবু মহাক্না চৎক-দবা লম্বীদি থংবা ঙমদ্রি। চৎনিংবা মাইকৈদা চৎপা হৌরক্লে—থাইমশেংবদি অশে বা লম্বী থংদ্রবনি।

লৈকংলা মরুভূমিগী মরাইদা লম্যাংনবা যান্ত্রিক অদুগী মচৌগুম অনল অদুদা হৌজিন হৌজিন চৎলি। অসুম চৎলবদগী

ইথং থংহৌদনা অঙকপগী মশক ওইরবা দুখ অমা উদ্রে। মচু উবদা থম্মোইবা য়াম্না ঙকপা অমসু পোকখি—য়াম্না ক্রি-বগুমসু ত্তৌখি। য়াম্না হুংঙাইবা অমসু, অচিকপা মকুমদা উরবগী পোকখি। মহাক্না উরিবহু মীওই অমগী ক্রিবম, অদুবু সমাজগী মতুংইনবা অমগীদি নত্তে, অদোম অকৈগী পুক্নিং হৈনরবা অমগুম শংবা মশম, কুইনা জঙ্গলদা লৈরক্লবনি হাইবা উৎনবগীদমক মশাগী ইকাইবা ঙাক্লবা শা মতৌর অম-থক্তমক শেংপা উই। দুখহৃদ মহাকী থম্মোইদা য়াম্না চিংনবা অমা পোকলকখি' মহাক অসিবু ভাইবং মীওইবা অমনা নত্রগা নাবক শিংলক্লা লৈবা শা ঙাগুম' লৈরবা জীব অমা ওইরমগনি?

থর চংশনলগা হংউরি 'নহাক কনানো?' অদুবু মহাকী মরোন অচু থংদবগুম উখি। অদুম যুমা য়েংছনা লৈরি। অনিরক অহমসক হংলবা কাওবদা য়াম্না অকিবা অমগা লোইত-নবা লৈরে। অদুবু চিংনবা অমগী মখা পোল্লবা মহাক অচু অরেপ্পা অমা থংগে হাইদুনা থর অমুক চংশিনলি। অদুবু মহাক্না চিংনবা অচু অশেংবা ওইরম্মে। অঙকপা ক্রিবমদুনা অকিবগী মশক ওইরবা খোল্লাও অমা লাওরম্লগা মহাক অম্না চোংশনলকই। অহানবগী অদুনা চেরজরা পাজন পুম্নক পু-খোক্না মখা ঙাকথোক্লবা হোৎনরি। অদুবু পাজন হেনগৎ-মাল্লে। মহাকী মখা পোনখ্রে—শিবা য়াবগী ক্রিবমদা লৈখ্রে। অদুবু মতমদু কাওবদা মহাকী মাথল অদুদি থাদোক্কদ্রি। মশক্লা তোংদুনা মহাকী পুক্নিংগী থাউইবা মুৎথৎকে হোৎনরিবদু কাণ্ড—

থোকখ্রে। মথেন মরাং ওইরবা রাখলগী ইচেম্মা মমাংগী হোৌপ্রবা থৌরম কয়ামস্থু নিংশিংলক্লে। চিঙ্গোম্ফগী হোৌরকপা তুরেনগী ইরেম্মা তাররিবা নোংদোনথক্কী লাইজনা তিল্লরগা করম্বা মক্মদগী হোৌরকপনো খংদবগুম মীওইনা পোক্লগা কদাই-দগী হোৌবনো, কদাইদা তিল্লিবনো খংদনা পুন্সি অস্থুম লোম্ম-গত্রা হাইনা খঞ্জবদা হকচাংগী ইচেন কনথংলকই। মহাক্কী হৈনজরবা 'ইমা' হাইবা রাহৈত্থ অমুক হাইরকই মক্কম অদুস্থু থোক্কেন অদুনা পুমনিল নিল্লি। মহাকপু অরাবা পিরিবা অদুস্থু মত্তম কুইনগী মমাংদা থোকপ্রবা থোৌদোক খর নিংশিংবগুম ত্তোৌই। মহাকপু থাদোক্লমত্তুনা মমিং অদু স্থুন তরংদা য়েংহুনা মক্মদুগী চংথোকখ্রে। রাখলগী লমজিংনা পুন্সিগী কংলোই-দবা মূর্ত্তি অমা উরুবদগী মূর্ত্তি অদু কাইরত্তুনা অমুক হন্না মাগী মূর্ত্তি অদুগী অশেংবা ফিবম অদু কংলরোইত্রা হাইবদা অমুক হক্কনলে। রাখলচুংদগী মপান থোরকপা মত্তমদা মহাকপু অরাবা পিরম্বা মহাক অদুবু অমুক নিংশিংলকখি। মাগী অরাবা রাখল অদুক থাদোক্তুনা শককম অদুগী অমুক খনবা হোৌরক্রে। অদুবু শককম অদুদি অশোংবা অমদা চংখিত্তুনা মিৎয়েং রাংমা জানখ্রে — মত্তগা লোইননা মত্তম খরগী তুংদা মাগী রাখলস্থু লোইশিনখি। লোইখিবদা মমিং অদু স্থুন তরাংগ্না দৈনখ্রে। মাগী অরাবা মশিং নাইদনা পিগদোরিবা রাখল অদুগী ইরেম্মা অমুক চোংখখ্রে।

---

# ২বা মতাং

'তাওথরিবা মীওইবশিংসে মতমগী ইচেল্লা
শেমখিবনি অকাওবা কয়ানা শকথংদবা'

মীওইবগী পুন্সিদা কনাগুম্বা অমনা চংনবী থাদোক্লুনা হাক্কী অনিংবা অমু থাদোরক্লবদি মহাক অমুবু জ্ঞান চোইবা অমনি হাইনৈ। অদুগুম্বা মীওই অমুবু মীনোক চাওরবা মাজদা অঙাওবা হাইনৈ। অমুগা অমুক অচাওরম কাবা তাইংদদি লাইরু অনংবা কয়ানা নৈত লাইর থিবদা মরাবা শককম টংপবু অঙাওবনি হাইনরি—অমুগা ইচম চম্বা মীওই কয়াস্ত্র করাম চাওবা মীহুংশি থংদবা কয়াগী খুজিন্দগী অঙাওবা হাইবহৌমা ওইহল্লি। মীওইবগী থাক্লৈশেংবা অঙাওবদি, অশাওবা, অপাম্বা, কল্লকপা অমদি হুংশিবনচিংবা কয়ানা ওইহনবনি। মাগী মাগী লম্বীহুনা হেল্লকপদা ফিবম অসি ওইরকপনি। করি করিগুম্বদা মাগী মাগী অনিংবহু মচিন থোংনা কোংদোকরকই। অমুগুম্বা রাঙাংদো অঙাও রাঙাংনি হাইনা মরাম্না লৌবী— অমুগুম্বা করাম চাওবা মীওইশিংনা ঙাওহনবহু অতৈগী মতৌগুম হাইদোরকপহু অমুম অতৈগা মামনা লৌই। অমুবু মীওইবশিংনা মহু থংবিরবদি করাম চাওবা ফত্তবশিংগী মিচং চংজবদি মীওইবা হাইবগী মিচং অসি অশেংবা অর্থ তাক্লম্বা ঙমগদবনি— অমুক্তা হেক্লা মিংচং শন্দোক্লমগদবনি। মহুগী মহত্তা মাগী

তোর্ব্বান্দা অপাম্বা কন্নকপা অমদি অপাওবগী লাংন কুপ্পুনা মীওইবা অচাওরম কানিংবগী মৈরি, মৈশা অমন নমথদা হোংনরি। লাইরবা অতোনবা কয়ান ফিবম হোংলকপদা মুনা মুনা য়েংশনলি, ফত্তবা ফিবমদা তাবা উরগা হুংঙাইবা ফাওবা য়াওই—অসি গুম্বা মতাংদা অতোপ্পগী ফিহমদা মতেং পাংবগী মওং লৈতে। অঙাওবশিংগী রাথলগী ইচেম্মা তাওথরকপা রাঙাং কয়া কয়া তারগা অঙাও রাহৈনি হাইনা লাইনা থম্নোকপা, লৌবা ওমই। মথোইগী থম্মোই শোকপা রাঙাং তারগা নোক-থেবা ওমই। মালেম থকগী হৌরকপা পামেল কয়ানা অপনবা লৈত্তনা রাংথৎলগা, রাংবমথৈ রাংউরগা পত্তনা পুমদনা কংদনা মংই। পোকপা শিবগীদ শেম্বা তাইবংনি—থুবাক থুনমতনি হাইবা খিজিনবা ওম্নবদি কনানা শোকউবা ওমগনি, কনানা অমাবা অহুদা হুংঙাইবগী ইহুন পিরুবা ওমগদগে? মহু থংবগী মহুত্তা নিংশিংনুবগী মহুত্তা মশাগী হুংঙাইবগীদমক্তা অমদি মথোইগী অময়কপা থম্মোইদা হুংঙাইবগী মমি অহু তারুনবগীদমক মথল অয়াম্বা পাম্বৈ থিহুনা ফিবম থিরবা ঙাংথোরকপা রাঙাংগী অর্থ লৌবা ওমজদ্রবা মমিংতা ঙাইরবা মীওইশিংবু অপনবা অশিংবা লৈত্তনা তত্তনা লকনরি।

ফুমিদ্দাং রাইরমনি, মীয়াম অমা লম্বী অমগী নাকন্দা লাওনা লাওনা রা ঙাংলি—নোক-থেবগী মথোনস্ত তারিবা মথোইগী মরক্তা কনাগুম্বী শেগাইবা ফিরোলত্তনা মহাকী রুক্ষ [illegible] হাইবগী মতাংগুম্বী ময়ামদি অঙাওবী হাইনা মিংলোক-

ময়ী অমা মশাগ্র অদু লৈনাইথক্তঃ লুকথরহনা জুংঙাইতবা শকক্ম অমা উস্তুনা, রাখল থল্লহনা লৈরি। মোংলবা মাই-থোং অদুদা পিগী মরিক্কা তত্তনা শিন্দুরি। করম্বা মথলগী অরাবনা নেংদুবদ, থোরকপা পিরাংনো? অঙাওবী ওইহনস্রু তাইবং লোনচং থংবনা তাইবং মীনোক তাবদা ইকাইবা ঙাকনবগী পিরাংল? নিংবা থুংদবা নত্রগা কাইনবা কয়াগী মৈশানরা? ময়াম্মা ঙাংনবহু মহাক থোইনা তাদবগুমস্র তৌই। করিগুম্বদা ময়াম্মা মহাক্না অথিবা শকক্ম অদু উবদা থংনোক নোকই—মহু মহাকনা তারগা থংবগুম তৌই। অদুগা, অনৌবা মপুংফানা হৌরকপা কুমগী নোংহৌ মরক্তা নোংথাংনা মালেম শিনবা থুংনা ঙাম্নম্মগা মাংখিবগুম মহাক্না রাখলনা থম্মোইপুম্বা ঙাম্নম্মগা মাংখিরম্মী। মাংখিবদা মাগী মিংয়েং অদু মীয়াম অদুদা তারম্মী—অদুবু মাগী রাখলহু অমুক মরাকই। মহাক্না মত্তো উরগা কনাগুম্বা! মীগুংসি থংবা থরনা হুংশিবগী মওং উৎলম্মী। হুংশি হৈতবা কয়ানা মপুক পেম্বা লংনরি। অদুদু মীওইবা মীগুংশি চাওবশা! মীগুংশি য়াওদবশা! মহাক অসিবু মশক থংত্রা? ইরোহুংদা পোমজবী লৈরাং থয়ো থম্বালনা লাইজ ইপাল থক্তা শাংলবদা মালংগী শউম কংহনা হাই-থরকপা মনাশিং অদু মাইকৈ থংদনা চংখিবগুম, মতমগী ইচেম্দা তাওব্রবা কনাগুম্বা থোইমু অমনা মকম থংদনা মাংখিবদা থোইমু-মুবু পামজবা হুংশিবা লৈরাংনা থোইমু রাখলদা কংব্রা? নত্রগা মীওইবগী অপাম লাংদা থুরুহনা মপু লৈব্রবা কনাগুম্বা

খোইমু কারুবদগী অশেংবা মপুন্থগী দগি কংলব্রা?-- নত্রগা হিংনবা চাবা ভাইবংদা চানবা হিংবা ওইনা খোকলুবদগী মহুগী মাথলদা জ্ঞান চোইরব্রা? মহু পুম্নমকসু নত্রগ মীওইবগী মচা হুংশিবগীরা? হাইবিরি মহাকপু মানা মানা নিংবা অহুবু থাজৈশেংবদি কদাই?

কদাইনা অকবনো, কদাইনা অশেংবনো হাইনা খন্নরবদি কনা লুবা য়াকমনি। তোল্লবী মহাকপু হুংশিবিরবদি মহাকী মমাংদা লেপ্তুনা য়েংলিবা ময়ামহু কন্তবা অমদি অচুম্ব মখক থংদবা অমনি হাইনা লৌবা য়াই। মখোইনা খল্লম্ব য়াই—মখোই অচৌবনি, জ্ঞান তারবনি নত্রগা করিমন্তা থংদবা মীওইবা অমনি হাইবগী মাথল পুম্নমক কাওথোক্কুনা চুমন্তা লংনবা ওইরম্বা য়াই। অহুবু লংনবদি তোকত্রি, নোকপা লেপত্রি। মহাক অহুসু ময়াম্না হায়নবা চুম্বনরা নত্রগা মহাক অসি মচা হুংশিবগী অয়াবা নৈ হাইবা তাক্লিব্রা 'ঐগী ইচা' হাইনা শোল্লক্লি। ময়ামদো মাথল অমন্তা খল্লরে। পংনোক্তা নোকখ্রে। থাজৈশেংনা মীওইবা অমগী মাথল খনবা মওংহু নৈথিজেনা মাগী মাঙাংহু তারগা 'নংগী নচা নৈজব্রা?' হাইনা অমুকা হেম্না লংনরি।

অসিদা নত্রা ঙসি মীওইবনা ইকাইবগী ফিরুক পুম[illegible] নৈরিবা। মহু নংলমত্রবদা কদাই য়োনা য়াংলথগদবা মীও[illegible]বগী মিংচং? য়েংউনে মহাক অসিসু মীওইবা অমনি, মহাকী [illegible] অনানবা নত্রবসু মহুগী মহুত্তা ইনাকখুনবশিংগুম অম

নোংপোকথংবা মায়কৈদা থ জগী ম'শক মঙাল হুন্দোরক্লুনা অমুক সংসার অসি মু ঙাইবগী ইপাক্তো তাওহল্লে। হন্দক্তি অঙাওবীসে মথন্তু ওইরমদ্রে। মনাক্ত কনাগুম্বা মীমুংশি থংবা অমনা লাইকম্রহুনা লৈরম্রে। ঙৈহাক রাম্বুরুবদগী জ্ঞান তারক্নুনা মিং পাংথোরকই হন্দক্তি মশা অহু থরমুক কনথংলকই, ঙকপম্ থর য়াওরে। মাগী হম্না য়েংবদা বনামত্তা লৈজত্রবা মতমদা কনাগুম্বা অমনা মাবু লাইকম্ররি। তাইবং শেম্বীবা মপুনা মাগী মতেং পাংবা লাক্লিংরোই নিংই। অহুনা থম্মোইমুংদা ঈশ্বর মাবু চেংনা কৌনশিঞ্জখি।

মহাক্না অঙকপা অমদি অকিবগা লোইননা হংলি "নহাক কনানো।" অমহুনা থুম্লকই "ঐহাক লমদম তাম্না লাকচবনি ইমা!" মহাক্কী অসিগুম্বা খোঙ্জেল অসি তাথিদবা কুইরে—অহবু খোঙ্জেল অসি তাবদা মহাক্কী কিবমহু কাওথোক্নুনা মায়া সংসারগী মমুংঙাই কাওরক্লি। কংলবা মাইথোং অহু নাকেন থাগী ময়াইদা উনগী লাকু কংলবী পামেল্না বসন্ত ঋতুগী নামিবা মলয়া মুংশিং কংজবদা মকা লামজবগুম মোমোন তৌজরি অমসুং মুংঙাইরবা পুক্লিগী মমি শরথহুনা মুংঙাইবা ইরেন্দা তাওথরি। মুংঙাইবা কয়াগী অমদি অঙকপগী খোম্বাংদা হাইরকই "ইমাগী ইবুংঙো মহা[illegible] কদাইদা চংলুবগে?" মহাক্কী রাঙাংহু তারগা লাকইবহু [illegible] খোকথি। মহাক অসি জ্ঞান চোইরবনি লায়বা থংলহুনা মপুক [illegible] হায়খি "ঙাইবিথো ইমা! জ্ঞান তাথো, নহাক [illegible] কৈদৌরম্মীবনো? অমুক থীনা শোকলিবা অসিনা

করিগীনো ?" মহাক্কী রাজু ভারগা অমুক ওক্না থোকপগুম তৌরে— হায়রকই "নহাক কনানো ?"

"ইমা ! ঐহাক লমদম তাম্না লাকচবনি।"

"করি তৌবা—কদাইদনো ? নহাক ঐহাক্কী ইচা নত্রনে ?" রাখল তৌরগা অমুক হায়রকই "নহাক্কী নমা নপা লৈতবা মথোইদি রাম্মোইত্রা ?"

লাইকম্লিবা নিপা অসি চিংলম্বীদা চিন্তাগী পোৎলুম পুজুনা অরাবা কোঙ্গাই থেংনথিবা অচুনি। মহাক্কী নিংবা থুংনবা অসুম লাকপদা অঙাওবী অশিবু থেংনৈ। মহাক্কী রাঙাংজু তাবদা করম্বা নিংবা থুংদবা য়াওবনো মহাক্কী রাখলজু মওন মওন কয়াগী ওইখ্রে। মিংকুপ থুদিংগী অরাবা শরুক চামা চামা হেনগৎলকই—মমিৎ অজু-সুম্ব্রংদা য়েংজুনা মকমজুদগী চৎথোকখ্রে।

## তবা মতাং

মীওইবগী থম্মোইমুংদা চেন্নিবা রাখলগী ইচেন থক মাম্নদে। মীওইবগী অসিগুম্বা রাখলশিং অসি মাগী মাগী তৌরুবা থবকী মজুংইনবনি। ইনাক খুনবা কয়া জুংঙাইবা রাখল থনবা ওয়ী অমস্যুং জুংঙাইবগী রাখলদ তৌজুনা লৈ। লাইরবা কয়ানা অরাবগা থম্নুনা লৈ, মতম চুম্লদা মতৌ কন্না অরাবা কোকদগে থজি। জুংঙাইবগা অরাবগা করিগুম্বা মওং অমত্তদা মরী লৈনদে। জুংঙাইবা,

থুদিংগী নোংম—নোংমগী শেন্থকই। হৌজিকসু কংত্রে, হোয়েনসু চাবা কংগয়োই, ময়ুম লমদম পাংগদবসু মগী রাখলগী লমজিংগী মমাং হোংত্রি। মিৎকুপ থুদিংগী অরাম থৌরাংবগী শরুক হেনগৎলক্লি। অরাম থৌরাংবগী অবাবা থাংগত্রা, রাখলগী অরাবা থাংগত্রা হৌজিক শিবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈতে। মসিনা মহাক্কী অরোইবা অমদি অমত্তা ওইবা রাখল ওইগ্রে। হৌগৎলক্লে তৌবদা মকোক অত্থু ভাওরত্থুনা অরোইবা রাখলগা লোইননা মখিৎ অত্থু উটশনগ্রে। অত্থুগা মহাক্কী অরোইবা স্বরূপ ভাইত্থনা লৈগ্রে। অরাম থৌবাংবা থাংগ্রে অত্থুবু রাখলগী অরাবদি শরুক চামা চামা হেনগৎলকই। রাখলগী অরোইবা মতাং য়ৌরক্লে। থামবদা রারক্লে, সুংশানসু অরেপ্পা লৈতনা মৈশা পিথরক্লি। মহাক্কী থম্মোইদা মথন্ত মীওইনা পোক্লিবা মশামকপু নিংঙ্গিতৌরি 'মীওইবগী অবস্থানা মতাং অসি য়ৌনব্রা? লাল্লমদাই পুন্সি মতেক্তা ঐগী মিৎকী মঙাল মাংলমদাই মতাংসিদা ইমা ইপা হাইবত্থ অমুক্তং উনবা খংলবদি স্বর্গগী লমীদা সুংভাইনা হয়াওনা চৎচরুগদবনি।"

থোঙ্গানলোমদগী থোরক্লিবা অনিত্থু সুপী অত্থুদি লৈহৌরে। সুপা অত্থুদি থোঙ্গাল রাংমা লাল্লক্লে। অসুম লাকপনা থোংনাংগ নাকল্দা য়ৌরক্লে। মকমত্থুদা থোক্লিবা দশাত্থু উবদা মহাক হৈভহাক চকই। 'অঙাওবয়া নত্রগা অনাবরা? নত্রগা করম্মা মকমসিদা লৈলাক্লিবনো হাইবত্থু থংনিংলি— মনাক্তা চংশনগদবনু থর হল্লোই। অত্থুবু হেক হন্দোক্তুনা চৎকদবসু ওমত্রে। অরেপ্পা

অমদি খংলগে নিংলক্লে— মনাক্তা চংশনলে খোজাল হৈবা রাঙাংনা হংউ র "নহাক কনানো অসিদা কৈদোরম্নিবনো ?"

খোঞ্জেল অদু তাবদা মী অমা লাক্লে হাইবা খংলদুনা উই- শল্লম্বা মমিং অদু পাংখোরক্লে য়াম্না রানা হোৎনদুনা থুম্নকই 'ঐহাক লম য়াম্না তাম্না লাকচবা অমনি।' বা য়াম্না ভাংলবদি য়াম্না শোন্থবা তারে, অদুগা চাদবনা ক্রিবম অসি য়ৌখিবনি হাইবদু খংলদুনা অমুক হায়রকই 'নহাক চংপা ওমগন্রা ? ঐগীদা চংসি।' বা ঙাংবা ওমদ্রে, মশা য়াম্না শোন্থবা অদু উরদুনা মনক্ষদা পোখত্তুনা ময়ুম তাম্না পুব্রে।

পিকতক তৌবা য়ুম অমগী মসু'দা পুশন্দুন তনাল-তনাল্লবা কমু' অমগী মথক্তা হিপহনলে। কোন মচা অমদা ঈশিং খর লোইদুনা অনাবদুগী মকোক্তা য়ৈবীরে। মশ. অদু খর কংংলক্লবদা চানা খক্লবা খরসু শেম শাদুনা ইনবিরে।

পাক চাওরবা মীওই সমাজদা হু'ঙাইবা হাইবদু পামদবা কনা য়াওবগে ? অদুবু মসুংঙাই অদুদি করম্বনো ? শেল থুমগী রাখলদগী হুংঙাইবতনা হুংঙাইবা নত্তে, লাইরবা কয়া কয়াসু অচম্বা পুকচেল্দা য়াম্না হুংঙাইনা পুল্লি লেনবা ওল্মী। অশেংবা পুকচেলসু হুংঙাইবগী খোরম শিল্লি হায়বদু মখোইনা উৎলি পাক চাওরবা মীওই সমাজসিদা লাইরবা অতোনবগী সেবা তৌদুনা থম্মোই ইশেং শেংনা হুংঙাইবা তানবা মহাত্মা কয়ামসু থেংনৈ। অদুগুম্বা মীওইশিংদুগী মসুংঙাই অদুনা হুংঙাইবা' পুম্নক্তগী তুং- কোইবা ইহেন হেল্লি হায়বসি য়ুমুৎগী অমত্তা ওইবা রাখলনি।

লাইরবা অতোনবগী সেবাদা থরাই থাগে হাইবনা মহাক্কী অমম্বা ওইবা য়াশক্লি।

তশেংনা অনাবা হাইবত্ত নত্তবনা য়াম্না থুনা ফগৎলক্লে : মুমিদাংয়াইরমদা য়ুম্বুত্তনা হায়বকই 'মরূপ করি লমদগী লাকপনে ? অসিয়াইগী মান্দে—অত্তুগা কদাই য়োনা চৎপিগদবনো ?' অমত্তুনা খুমলকই 'ঐহাক লমদম তাম্না চিংগী লম 'অমদগী লাকচবনি।' "করি মরয়গীদমক লমদম অস্তুক তাম্না লাকপিবনো ?"

"ঐহাক্কী নিংবা থুংদবা থর লৈবদগীনি।"

"করম্বা নিংবা থুংদবনো ঐখোইনা ওম্বা ওইরবদি হোংনমিরগা য়ারোইত্রা ?"

"মরূপ, হন্নক্কী মপোক্কী ওইগনি হাইনা থাজবা ওমত্রে, ঐবু পোকপিরম্বা পলেম পম্বোত্ত ঐনা খঙলকপা মতমদা মশক উবা ফংহোত্রে— অমুক উবা ফংগনি হাইবসু থাজবা ওমত্রে।"

"লিখিনাখিবা য়াওত্রা ?"

মত্তু তারগা নিপাত্তু খম্মোইদা অত্তকপা অকিবা কয়ানা থম্লবা মৈচাক্লা অত্তৎপা লৈতনা চাকখৎলকপগুম তোই। য়াঙাং খুদিংগী মিত্তগী পিরাং অরৎপা লৈতনা লিম্নরি। মহাক্কী অয়াবদো মথন্ত হাইদোকপবা য়ানা থোক্লে। মচেৎ মচেৎ ওইবা য়াঙাংনা য়ুম্বুক্কী পাওখুম পিরি 'ঐগী পলেম পম্বোত্ত হংলি হাইবা অশেংবা খঙবা ওমত্রে। ঐনা করম্না পলেম পম্বো কাইনবা অত্তুগা ঐনা করম্না হিংলকপা য়াবিদি য়াম্না শাংব্রে।'

থাংপোকপংশিংসু তরু-তরুনা তৌরি। পুত্রী মপাল, পাৎ মপাল-নচিংবদা হুপ হানৌশিংনা অমদি ইয়াইদা হৌরিবা থয়া থরো অমসুং থাংজিংগী অশংবা মনাশিংনা ইশম শয়না হৌরিবহুগী মরক্তা থম্বাল, থরো অমসুং থাংজিংগী মপায়া মচু কয়া কয়াগী ওইনা ইরং লংনা শাংলি। লমদম তায়া উরিবা চিংগী পরেং-শিংদগী হৈনম লৈনম চুরবা মলয়া সুংশিং নামিবা তাইবং শুম্মৎলগে মতাগুম লোইরোই লোইরোই হুমথরকপদা মালংগী ইপোমদা ভাওজরম্বী হানৌশিংনা হাইনা হুয়া শাথেক কয়াগী জগোই শারি। অশংবা নাপীশিংগী অমদি উরক য়ারক্তা চেল্লিবা তরু তরুরবা লম্বীমচা অমদা মথোক কারকপগী গুণ পুম্নমক্তা তিল্লবা পাথং অনিহু য়ারী শারহুনী থোরক্লি। মখোয় অনিনা অসুম লাকপদ অঙাওবী অমা থেংনরহুনা অমনা হায়রকই "নরুপ অঙাওবী অসিবু মশক থংবিব্রা করম তৌনা ফিবম অসি ওই-খিবগে?" অমহুনা অমুক থুমলকই "মসি ঐথোইনা পিক্লিঙৈদগী অসুম লৈরক্লবনি, করম তৌনা ওইখিবা হাইবহু থোইনা থংজদ্রে" "মহাক অসে উরগা ঐগী থম্মোইদা সুংঙাইতবা অমা পোকই অহুগা মহাক অসিসু য়ায়া সুংঙাইতনা উই। মহাকী অরেপ্পা অমতংদি থংজনিংইদা।"

"মহাকপু চুয়া সুংশিবা পোকলুবদগী ওইরমগনি— অহুগা মহাক অসিসু করয়া সুংঙাইগদৌরিবনো? থম্দুনা য়েংবিবু তাই-বংপানবগী হৌরবা ফিভম পুম্নমক কায়রে। নরুপা থংবিনিংবগুম ঐহাকসু থংজনিংই। মহাকী অরেপ্পা অমতংদি থঙ্সি ঐহাক

কৌজরক্লে ।" অঙাওবী অদোমদা ওনশন্দুনা কৌরকই "ইমা অদোমদা চংকদৌরিবনো ? চৈহাক্তা ঙাইবিখো করিগুম্বা থরদং হংজগে ।"

অঙাওবী—করিনো ?

"মরুপ্না হংবিনিংবা পুম্নমক হংবিয়ো ।"

"করে মরুপ ঐ অমুক্তা হংজগে" অঙাওবীদা ওনশন্দুনা—

"ইমা নহাক্তী নচা নগু লৈত্রব্রা ?"

"ঐগী ইচা লৈরম্মী অদো……"

"শিগ্রব্রা নত্রগা কদাইদা চংগ্রে ."

"মখোয়দো শিগ্রব্রা নত্রগা কদাইদা চংগ্রব্রা হায়বহু থংত্রে ।

মতম কুইরে কাইনথিবা ."

"করম্না কাইনথিবা লেংনা ভাকপিম্নু, অলেংবা অহু থংলগা মখোয়গী মরম থংব্রা য়েংসি ।"

"ঐগী ইচা কাইনথিবগী রারীদি য়াম্না শাংগ্রে, অহুগা মীওইবা মপোক্তা অতোনবা লাইরবা মতু মমান শোনবীশিংগী লৈকম লৈতে হাইবহু ঐগী রারীসি ভারগা লেংনা থংগনি ।"

"অচুদি অমুক্তা লীবিম্নু, ঐখোয় অমুক্তা ভাজগে অহুগা ইমা মখোইহুবু থিবদা ঐখোয়না ইংভং পিজগনি ঐহাক অসিম্নু ঐগীনি হাইবা কনা অমত্তা লৈতবনি ।"

"লিগে মুম্না ভাও, অহুগা হাইজবা অমতনা মসি কনা অমত্তদা ভমখোকলুগম্নু রারী অসিনা ঐগী ইশক ইমিং লেংনা থংগদবা য়েক্লবা কয়া লৈরি । অমুক হম্না ঐহাক্লা মখোয়গী মকমদগী দশা কংলব: য়াই ।"

———

চহি অমগী মতুংদা শিংথানবা য়াবা অচৌবা কুম্মৈ থুমিং অমনি। অয়াম্বা মীপুম থুদিংমক অঙাংদগী হৌনা পুন্সিগী অরোইবা মতাং য়ৌশনলক্লবা মীওই কাওবা থুমিং অসিদা থুংঙাইবা কোংদোক্লি। অদুবু থুংঙাইবদি পুন্সিগী মতাংগী মতুংইন্না মায়ক্রে—মথোক কারকপগী ইথক হৌরবা পাবং লৈশাবী শিংনা মতম কুইনা নিংজরক্লবা থুমিং অসিদা সন্নরগী হুরা অনা পুম্নমক কাওথোক্লনবা লাক্লি। মাগী মাগী থপ্লোইদা হৌরকপা ঈচেল অদুগী মমাই চুম্নবা লাক্লি। অহল ওইবশিংনা ঈশ্বরগী মিং শোন্দুনা অমদি মচামচাশিংগী মতৌ য়েংদুনা. অদুগা অঙাং ওইবশিংনা ইচম-চম্না তৌগদবা মথৌনি হায়বগী মতাংগুম থুংঙাইরি। কনাগুম্বশিংনা মতম কুইনগী মমাংদগী থুমিং অসিগীদমক আশা তৌদুনা শেলথুম কয়ামুক তানশিন্নরি অদুগা থুমিং অসিদা লাল পুম্নমক্তু লোয়শনলি। মীওইবগী কুম্মৈদা মসিনা পেক্লোই হায়দুনা ঈশ্বরগী কুম্মৈসু লেপত্রি, কনাগী ইমুংদা অশি অনা য়াওদুনা মতম কুইনগী তাইবং খোংদামিম্নরকপগী পুন্সি বিদাই লেপত্রিদো, কনাগীদা মচা-মচা পোকনা কয়াদা থুং-ঙাইনবা, কনাগীদনা নৌনা কাইনরবা মচামচা, মমা মপা, মপুরোইবনচিংবা কয়াবু নিংশিংলক্লুনা কয়াদা থম্মোই শোক্না লাও খোংলিবা। ইমুং থরদনা লাইরবগী অমা অনা থাংবদা ইশৌ লাংলি- থরদনা অমুক অঙাং ওইবশিংনা ইনাকথুনবা কয়াগী নচামচাগী মতৌ তমদুনা কি কজরে, পৈশা মন্দা পিদে হায়না চাবা থকপা কংগ্রদুনা মপুক পায়দুনা থাংলিবা মপা মমাগী

মকমদা হন্না হন্না ওৎলি। কুম্মৈ পুন্নমক অসিদি হুংতিগী উবা ফংই। হান্নহৌনা কনানসু মসিবু থওইনা য়ে নরুদে, অদুগা চহিগী তাংলবা কুম্মৈদুবু থন্নাই য়াওনা য়েংবগুম ভোই। অদুবু ঈশ্বর মাগী কুম্মৈদা শরুক য়ারবা মীওই থরদি অপাংবগী লাংদা অমদি সমাজগী মান্নাদা থুদুনা নোংমগী কুম্মৈ অসিবু য়েংলি। ঈশ্বর মাগী থুৎশেম মতুংইন্না মন্নাইবক থিরবা মখোয় থরদুগী মনুংদা থন্নবা কুম্মৈদু য়েংগদৌরি, থন্নবা কুম্মৈগী শরুক য়াগদৌরি।

হুংথিলগী হু ভাইবা মতম মমি শামখিদুনা অহিংগী শরুক হৌরক্লে। সংসারগী ফজবশিংবু মুংহনলোই হাইবগী মতাগুম অমম্বা অকাশথক্তা অপিকপা থন্নামিচাকশিংনা স্বর থবেৎ থবেৎ হৌদুনা মহাক মহাকী লৈজবা মঙালদু পুথোরক্লি। অদুবু অমম্বগী মিচংদা লেপ্লবী কুমগী নোংনা অকিবগী মশক ফংনা মংবা হৌরক্লি। থংহৌদনা সংসার অসি চাওর-চাওরবা নোংজিক-শিংনা কন্না কন্না অরৎপা লৈতনা মালেম অসিবু চামথোক্লগে হাইবগী মতাগুম চুথরক্লি। লম্বীদা চংলম্বা মী পুন্নমক অমত্তা উথিক্লে মশা মশা কন্নবা মকম চাবা য়েংদুনা চেন্নখ্রে। অদুবু কাংবু অমথক্তি থুপকম থংক্লদুনা অদুম প্রেপ প্রেপ চংলি। মখোইগী মন্নক্তা অঙাং চহি ৭। ৮ লোম ওন্নবা অমগা ২। ৩ ওবা অমগা য়াওই। মখোইদু ইমুং অমগী কাংবু ওইনা ভোই। হৈহাক লৈরগা নোং অদু হাংখবদা মখোইদু থর য়াইকরদুনা থোংথাং ভাগরক্লে, [illegible]গী শাবন্ন হৌরক্লে, মখোয়গী থরক্তগী অমম্বা [illegible]— এখোইগী থুনগী চিংন্না য়োশনলক্লে।

নো দম্বা মাগী খুৎশেমদা য়াওখিবয়া, বিথিগী খুৎইগী মচুং চনখিবনয়া, মহাক্কী পুক্কিগী অয়োইবা মতাং য়োয়কনা অয়োইবা স্বর খিয়কুব ? পুন্নমক অসি নত্রগা মহাক অহনা মথোই অহুগী য়েক্লবা ওইনবা মথোইগী মায়োক্তা করি থবক তৌরুবগে লমন শিংগদৌরিব্রা ?

চিংখোং ময়াগী লম্বী য়োয়কপদা অওকপা ঊ মরুম অমদগী খুৎলাইগা লোয়ননা মশক খংদবা ডাকু খয় চোংগোয়কনা চৎলিবা কাংবুচবু থংলি। ময়ামগী ময়কুগী অমনা "হাংলু" হায়দুনা লাকইবা কাংবুহুগী লুচিংলিবহু থাংবা খিন্দুনা হাংলে। ঝুপীচবুনা মথোয়গী ময়কুগী খয়না হায়া মথোং মথুং পুন্দুনা ময়াদা কি নমশিন্দুনা চিংথক্ত পুখংব্রে। অতাং অনিহুবসু কদাইদা লৈব্রবগে খংহনখিদরে।

ঝুপীচবু শুরবা চিংহুং অমদা পুশিন্দুনা ময়াদগী কিবুন অহু লোথোক্তনা জান তাহলে, ময়ামহুগী ময়কুগী খয়দি থৌ-বা ইশা শাদনা মৈ খয় য়োগৎহুনা হকাব রা-রা চয়হনা কমলি। খয়'মনা ঝুপীহুবু মুয়া য়েংলি। ঝুপীহুনা ওহাক হকনা কোয়েং কে য়েং য়েংলগা মতুংদা য়ায়া নোমুক্তা রাইনো ময়ামহুগী ময়কুগী অমদা হংই "তাদ যাদব তৌরম্মীবসি করিনো ? ঐনা লৈরিবসি কদাইদনো ? অহগা ঐগী ইচা অর্থসি [illegible] পুয়োইবনা কদাইদা লৈহোরিবগে ?" পাওখুম পিগদৌরিবা অহনা ঝুমিয়া, লৈদনুনা লৈয়বদ [illegible] বাতাং কয়া ময়াম ময়কুগী অমনা [illegible] "[illegible] নত্তে [illegible]।" ঝুপীহুনা মহাকপু মশক থংলহুনা অম্বা [illegible] কুপ্পহনা [illegible]— "ঐহাক জান তারবনি, ঐহাক অতাং

নত্তে, অপংবা নত্তে হৌজিক নখোয় হুরানবশিংগী মথুত্তা ভারগা ঐহাক্নি। নহাক্না আশাহ্ থাদোকউ মহ্ ওইখোকপা য়ারোই শাগী লমচংনি"।

সুপাহ্না অমুক্তং কংনোক নোকলহ্না মথা ভাখিদে, মহ্গী মহুত্তা যাদব হাইরিবা সুপা অহুদা ওনশন্দুনা হায়রকই 'ভাই নংগী শেল অহ্গীরা মহ্গী য়ারিব্রা—ওষ্মোক্না পুকচেল পিক্না উৎপ্রেদা হয়েং হেক্তা তৌসিবা"।

যাদব—নত্তেদা, মহ্গী নত্তে, মরূপকী মু ভাইগী মহ্ থক্নুবা ইরম্নাই মুংঙাইবা য়াখল অমা তৌজনি।

মখোয়না ভাংনবহ্ ভারগা সুপীহ্না থংলে, যাদব হাউরি। সুপা অসিনা শেল লৌহ্না থবক য়াওরিবনি হাইবসি।

অঙকপনি হে! লাইরবগী পুক্নি! শেল লৈবা মীওনা অচৌবা ওইবা, পুকচেল চাওরবা কয়াগী মরা তব্রবা অচুম্বা কঙবা ওমঙ্গবা মতমসিদা। মরৈ অনি লোংবা কয়ানা হঙন হঙনা ইনাক থুনবা শেঙ্গাও পায়বা কয়াগী মকাদা নপুনা লৈজরবা লাইরবা কয়াগী অৱাবা ওইহনলিবা। নখোয়না ময়ুমদা চংলকপা অতোন অতাং লাইরবশিংনা মখোয়গী মকমদা হাইঙ্গহ্না চং-ঙকপদা চাকখুমরা হুই চংবগুম লাইনা থম্লোকপা ওমই। মখোয়গী কঙবা অকিবগী মথক ওইরবা অত্যাচার অহুবু বিরুবদগী মরম্নাই মলিংদোন পোমহক্নি। শেঙ্গাও পায়বা মখোয়না অচৌবা শাক্নি—লাজন কনবা শাক্নি। অহুগা লায়রবা কয়ানা সথাক মথক চংবগী মুংঙাইবা কায়বা অহু কংহন্নি লাইরবনা হিংনবা চাজরিব। চিঙাক

অছুবু চানবা হিংবা ওইনা খোকহল্লি।

যাদব হা বসি হুপী অসিগী মপুরোইবগী চান্নবা অমদি থাজরবা মরুপ অমনি, অছুবু মীওইবগী মায়াগী লাংদা লুপ্পুবদগী অপাম্বনা কুপ্পুনা মীগী মরল লোঙনা মহাকী চান্নবা মরুপ অছুবু মথ্বাই লোৱবগী শরো শিল্লি। অছুবু হুপী অসিদি অহানবদা থংলুদবনা মহাকী মকমদা কয়ারক হাইজরকার। অদুগা কত্তবা মহাকশু হুপীসিনা হংলকপা পুন্নমক খুম্বা ঙমখিদে, মমাই অছু লুকথছুনা রাখল থনবা শারি। হুপী অসিনা হংবা খুদিংদা মখোইগী লুচিংবা ডাকু অসিনা হেক্তা থুমই—মহমক্তা যাদবকী ইকাইবা থরদি কৈ। অদুগা মরম পুন্নমক থংলব: হুপী অসিদি শিগনি নাগনি হায়বগী অকিবা পোকখিত্রে। শাওনা হায়রকই—"ঐবু পুল্লিবসি থাদোকউ, ঐ হেক্তা চংচখিগে। করিগীদমক কত্তবা লমচত্তা ঐবু চিংশিন্নবা লাক্লিবনো? থুনা থাদোকউ"।

যাদব—ইবেম্মা! খম্বাল, ইবুং বা হাইগে মুম্না তাও। মহাকী নপুরোইবা থাদোক্লো, করি হাইবগে?

খম্বাল— করি হিংচাবা! নহাকপু ইপুরোইবগী মরুপ অমনি হাইদুনা রাখল থর তৌরম্বনি—নহাক অসে মী নত্তে নারক্তা লৈবা শা ডাদগী হেন্না তোল্লব: মীওইবগী লমচং থাদোক্লবা অমনি। করি মরাল লৈদুনা ইপুরোইববু থাদোকলোরিবনো? মথা তারদু থুনমক পুল্লিবসি থাদোকউ।

যাদব— নহাক মুম্না থম্মু নহাক মুম পাম্নকপদগী মুক্তাইবা [illegible] থংজকত্রবীনি য়েংউ! নিপা অসে মশক থংবা? মহাকপু

ৈলেশাবী মথোক কাবকপগী গুণ গুরিতৈদগী নিংশকপছনি। মহাকী মেৎনা ভোছনা হুংঙাইনা লৈমু।

খম্বাল—করিগীদমক নহাক্না ঐহাকী ইমু দাংরেংশনবিরিবনো? নখোয়ইগী শেল অছ্'দ য়াইনি। করিগীদমক থুরকী ঈনা লাই শারিং-বনে ঐখোয় পুকচেল শেংনা য়াম্না হুংঙাইনা লৈজে। কামদে থুনমক থাদোকউ, ঐহাক নখোয়গী হিংচা-য়াইতম্বগী য়াওাংছ ভানিংদে।

মপাক্‌ল শেম্লবী মাগীনি হায়বা কনা অমত্তনা মতেং পাং-বীব্রগীছগী মথক্তা অকনবা পাঙ্গল লোখৎলিবা ডাকুশিংছ চিংক্লং অছনা মী:থাল অমা ভাবদগী মাগী মাগী মথাই হিংনবা চেন্নখে। খম্বাল মথক্তা ঙাইহোরে। কনাগুম্বা অমনা চংলক্তুনা পুন্নিবা অছু থাদোকপিরে, অছুগা হায়রকই "হোগৎলো লাইবক চাওবী ইবেম্মা" হুপী অছনা থাদোক্লবা অছ্দা মপুরোইবা কাইনবগী মৈচাক্না থুনমক মফমছ থাদোক্তুনা চৎকে ভোথি। মহাকপু থাদোকপীরিবা অছনা হায়রকই "ঙাইথো ইবেম্মা নহাক্না চৎক-লোরিবা অসি কদাইদনো?" মহাকপু থাব্রবা অছ্দা হায়গী কাংবু অছুগী মী ওইরবোই নিংছনা চয়াম্লবী নোংশা অমোমগী মতৌগুম কাম্লবা য়াক্লবা খোম্বাংনা হায়রকই— "নখোয় ঐমু অমুক থাম্মি-ল্লেবা থাদু।"

"ইবেম্মা নহাক শাঁওরমাগে—তপথৌ, অশাওবমা মীওইবগী রেক্লবনি হাইবা নহাক থংবা ওমত্রমাগে।"

"নতোমা ঐ শাওদে।"

"মংদি থাজিকো।"

"করিনো ঐনা থংজিবা ?"

"নহাকী নপুক্সিগী লাইনিং ওইগদবা নপুরোইবচু নহাক সুংশিজ্র ?"

"করি ! মীহাৎপা নহাক ঐহাকপু অমুক লংনরি, পৃথিবী অপুম্বনা ইপুরোইবনী নাকন্দা লেপশ্রবদা ঐদি মাবু থাদোকপা ওইখোক্তবনি ।"

"অদুদি... ... ?"

"নত্তে মহাক্না ঐহাক থাদোক্লবা ?"

"নহাকী চংজকম লৈরিব্রনে ?"

"লৈরি ।"

"কনানো ?"

"ঐহাক খুন পাল্লবীনি ... ।"

"নহাক নপুরোইবগী আশা তৌরিব্রা ?"

"মহাক্না ঐহাকপু কৈদৌউদত্ত থাদোক্লোই ।"

"নহাকপু নপুরোইবনা লৌশনবা মতমচু লৈত্রে ।"

"করিগী ?"

"মহাক অদুদি অম্বা অনা লৈতবা, মীচান মীরাই থাইলবা মকমচু য়ৌত্রে ।"

"মহাক কনানো ?"

"ঐহাক মকমসিদা লৈবা লাইনিংবা অমনি নংগী অরাবা থৌদোক ঐনা থেংনরি ।"

"অদুদি ঐহাক মকমসিদা কৈদৌনম্মীবনো ।"

"নহাকপু করমভোনা ডাকুশিংনা পুরকপা, করম্না নচা কাইনবা নং থংলম্মোই।"

"ও! ঐগী ইচাস্নু কাইনরবা। ইচা লৈরমথিগনি, ইপুরোইবা লৈরমথিগনি। ইশাবী ইবুংঙো, ঙাইবিরমখো ননাও লাকচরে। ইমাগী ইবুংঙো অনি ইমা লাক্রে ঙাইরমখে।"

ও! অঙকপনি নোংদম্বা বিধি, ফজরবী থম্বাল কলিদা শক ফজবা পাম্লি। লাইরবা ইমুংদা লৈবা শক ফজবী অরেম্ব'ন। মীনা শিংথানরম্বা মহাক্কী মশকপু য়েংলগা লৈবাক্কী কুম্মৈ ওইনরম্বা মহাক অহু ঙসিদি মচা মপুরোইবা কাইনরে। ফজরম্বা মাইথোং অম্রাকপী মৈথুনা মমগ্রবদা, চাকথেকগ্রবদা কায়ন-মৈচাক্না ওইরক্লে হঙোইরবা শককম অমা, মহাক্কী কংলবা মাইথোং, উনশা, থোংনোরবা হকচাংগী শরুক ঙসি মতম থরতগী মহুংদা অঙাওবীগী শককম অমগুম লোৎখ্রে। করিগুম্বা মহাক অহু থম্মোই পুবা ঙমদবা রাহৈ কয়া চিনবানথোংদা হায়দোরক্লি, মহুম্নু মীওই খুদিংনা অঙাও রাহৈনি খল্লি অরি—অরিববু থওইরকত্রবা অনৌ-অনৌবতা পায়রকপা, তম্নরকপা ভাইবংনি। অহুবু থম্বালগী মকমদাদি নোংম-নোংমগী চাকপা হেন্নক্লি। মীগী মচামত্ত অমদি মপুরোইবগী মতৌ উরগা থম্মোইদা হেন্না মুংঙাইতবা অমদি নিংঙমদবগী মৈচাক অমদি রাখল কয়া কয়া অসুম অসুম হেনগৎলকই। অহুবু চাকই, রাই হায়রুনা থোরকপা থঙলকপদি তোদবনা মতম্মা অসুম হৌখি। মীনোক চংনা চংনা, অথি রাহৈ তানা অনা মাখী পুম্নি লেনবা হৌখি। মুংঙাইরবা নহা ওইবগী মতম অহু মাংখি অহেন

ওইশনলকই, থিজনলকই। ঙসি থম্বালস্ম অম্বাবা হেনবনা য়াম্না অহল ওইরে, শোনবস্ম শোংলে। মতম চুপ্পদা চাগনি থক্নি হাইবা থওখিত্রে, কংলগা চা কংত্রগা তোক তোহনা পুন্সি লৈরি।

## ৫বা মতাং

হুমিং অহু থম্বান থাগী থামৈনি। শ্নতুগী মতুংইম্না কুমগী নোং লেপ্পমদাই মতমনি— ঙাইহাক ঙাইহাক ওইনা মচিং মচিং ওইনা চুবা নোংনি। ঙাইহাক নোংচুপ্পদগী আকাশতা লৈরম্বা নোংলিকশিংঙ লৈচিন ওইনা উরক য়ারক্লা ঙম্না পাইশিনরে। থামৈ ওইবনা থাজ মাস্ম থোকলকত্রি। মকম থুদিং ইমম মমই। নোংজুপা ওইবনা উপাল য়াপাল থুদিংমক ইশং শংই, মহুনা অমুক হেন্না মমই—চিংনুং মাসুংদা মী চৎনদবা মকমদা অমুক্না হেন্না শুকই। লোক পাৎ, তুরেল্মচিংবা মকমদদি ঈশিংনা হয়ং লংনা লৈ। চিংনুংদা লৈবা লম্বীদ অমুক নুংখিল কাওবা লম্মাংনেবা য়াওই. হুমিদাংদদি খোংথাং অমগী লমদগী হেন্না উবা কংদে। অমুক শাখিনা মমপ্রবা অহিংগী ময়াই ওইরকপা মতমদা হুপা অমদি অথুবা চিংলম্বী অমদা চৎলি। মহাক্না চৎলিবা লম্বী অসি থম্বালনা অয়াবা তাখিবা চিং অহুদনি— মহাক অসি চিংগী মীনি মরোল্দা অকিবগী কিভম লৈতে। মনাক নকপা অহুমাইদগী শাহিং ঙাহিং অমদি শ-কৈগী অকম্বা খোঙ্গাং ঙাক্না ঙাইরি

হাকথেংনরবদি খোইদোক্তা খুদোং চারোইদৌরি। অদুবু লাইবক কবদি মহাক চংপদা নোংজুগী নাপীশীংবী ওইবনা মখোল থোক্তে। মহাকী লম্বী লাম্বোকপা কম্না ছোংনরি।

অমম্বা শরুক লোইশনলক্লে। নোংপোক থংবা মাইকৈদা থাজ মান। লৈজবা মণ্ডাল পুখোরক্তুনা অকাশথক্তা কাথংলক্লি। সংসার অসি অমুক পুনশান শানথোরক্লে। মাংদা তুংদা লৈবা পোৎ খুদিংমক ভগেংনা উরক্লে। নিপা অসিগী লম্বীনা হাইবেৎ চাওবা চিং অদগী নাকল্দা থেক্না কোইনা চংলি। মথক্ত' চিংজাও, মখাদনা অণ্ডকপা অমদি অকিবগী মশক ওইনা উমগ্রবা লোক কয়া কয়া লৈব্রি। লোক অসিগী মকম অয়াম্বদা ঈশিং কংই মসিদগী তুরেল মচ মচা চেম্বোকখ্রি। নিপা অসিনা লোক অসিগী দৃশ্য য়েংহুনা চংলিউদা য়াম্না অণ্ডকপা খোজেল অমা তারক্লে। খোজেল অসি তাবদা জঙ্গলগী শা পুম্নমক ভাওনা কোইচেন চেনবা হৌরক্লে। নিপা অসিসু য়াম্না ওক্না তারিবা খোজেল অদু তম্না চেনশনখ্রে। থর চংলগা হাপুং অমগী মথক্তা য়াম্না নৌরবা অণ্ডাং অমা থেংনরে। মদু উবদা নিপাদু ওকপনা থেংথরে। করম্না মকমসিদা লৈরম্লিবনো হাইনা থনবদা থর রানা থোরক্লে। অদুবু মতম থর কোম্বরবদি থকোইবগী শা কৈ চেনশনলকনি খুদোং চাররোই থম্লহুনা অণ্ডাংদুবু থুনবক লৌথংতুনা মহাকী লম্বী অদুদা অমুক চংপা হৌরক্লে। অণ্ডাংদু মরাইবক কবনা নিপা অসিনা থেংনরে, নিপা অসিগীসু মচা অমত্তা লৈরিজদে; মহাকী পোকচবা মচাগুম য়োকচগে হায়বা

ংনখি অতগা নুমিৎ অতৃদা খঙ্গাদনা চিংজুং অতদা তাখিবা অমমবহু হাকন্থু মতুং নোংমা কোম্বৃরগা তাবা কংখি। অতাং অহু শোয়দনমক খঙ্গাদগীমক্তি হায়না লৌখি। অহুবু মহাক্তা মহু পুন্নমক নমশন্দুনা থমগ্রে; অতা হু মহাক্তী মচা ওইনা য়োকখ্রে।

---

# ৬বা মতাং

চহি ১৭শোম হৌথ্রে—

মতমগী ইচেন হায়বন্দিদি অতকপনি—অক-কপ্ত, অরা-অনা লুংঙাইবনচিংবা পুন্নমক্তা তাওথরি, অহেক্তা নৈতনা মতমগী ঈচেন্না মীওইবগী শককমস্থু নৈহাক নৈতনা হোংক্লি। লুংঙাই য়াইকবা অয়াবা মশক থংদবা কয়া মনাই মশননা ইক্লোই কোইনা লুংঙাইনা লেবা তৌহুনা মতম লেপ্লগা মথোইগী মতম লোইরকপদা 'অয়াবা হাইবহু অস্থুম্ন তৌরা ?' হাইবা অহুগী মতাং মরোৌরকই। অয়াবনা মশক্রক ওইরবোই নিংলবা লাইম-অমং কয়া কয়াহু মাগী মাকিনি হাইবা কনাগুম্বা অমত্তা হয়া য়েংবা উদনা মীয়া মীশা লাংনা লাংনা তানা তানা মথোয়গী মতম লোয়রখি। মথোয়গী লুংঙাইগী থোংচং হৌরকখি। অচৌ অশাং ইনাকথুনবশিংনা মক্তা মীওই কয়াক মথোয়গী নপজিবা মীওইশিংহুবু য়াগং-থাগংথনা

মতম অছুম মরোইখি। মীওবগী রাখল থাদোক্লবা অঙাওবা অঙাওবী কয়াস্থ মীনোক ভানা ভানা মখোয়গী মতম লোল্লি। মমা মপা কাইনরবা মরুপ কাইনরবা মখোয়দুস্থ অছুম মতমগী ঈচেল্দা ভাওথখি। মতমবু কুপ্ল নৈনরগা মতুংদা মীওইবগী পুন্স ঈশামক্কী থুবাক খুনমতনি হায়বা রাহৈশিংদুগী অশেংবা প্রমাণ ফংই। মতমগী ঈচেল্দা মী অনৌবা কয়া কয়ানা অরিবা মীগী মহুৎ শিনখি। খ্বাইনা থংনবা কয়া মাংখিছনা মশক থংদবা মীওই কয়া অমুক মরাকই— নারা কয়া শারেপ ফারকই, নারা কয় অহল ওইরকই। চিংলক্কা, হাওরক্কা লৈখিবা— মহাক অত্ত শক থংদবদগী অশেংবা মমা মপানি থন্দুনা হাওবা অমদি হাওবি অনিগী মকমদা নাওখি শাজছনা মতম লেনবা হৌখি। জাং ভিরদবা মস্তুং মমামবা হাওগী নহা কয়াগা নহা ওইবগী পুস্তি লেনখি। চিংগী চংনবী ফিজেং চাকচা লৌখি।

নোংমা বসন্ত ঋতুনা লৈত্তেংলবা চিংলক অমগী অমুক্লি, মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা নাকল থাদা শমলাং কেল্লুদনা অনৌবা ঋতুদা চেংহি শম্বাল লাংলুবদগী মুংঙাইনা শমলাং কৌছনা লৈজবা মতমনি। লাইরেম্বী মহাক্কী থম্মোইমুংদা লৈরিবা ঊপান রাপাল কয়াদা অনৌবা য়েম্নিং হনবদা লৈরাংনা রানবা পাম্বীখিদো লৈয়াংনা মচু কয়া কয়াগী ওইনা ইরং লংনা শাংলি। মাইকৈ খুমিদো ঈশং শংই, কল-কজরবা অমদি মনম মুংশিরবা অমদি মনম কজরবা লৈরাং কয়া কয়াদা, লৈরাং লৈনম ভাবরা ওয়াবরা খোইমু কয়ানা লৈহী চুপকদবগী পাইরকপদা মহৌশানা

ইকাইখিবী লৈরাংশিংবু ইকাইখিনি হায়বগী মতাংগুম লিরি হুপ্পা মালংবনা পারবা ক্লিজং খন্দুনা কেরে কেরে হাইরি। অনম কনবা খোইমুশিংহুনা নমনা লৈহি চুপকদবগী লাক্লরি। অম-রোমদা পুথ্রি পাংনচিংবদ জুরবা লাইজন চাংজৌ মান্নবা লৈরিবা অচুপ্পা ইপাক্তা অতে ঋতু পামজদে বসন্ত ঋতুববু খোংগল-নিংই হাইবগী মতাংগুম্নবী থম্বাল, থরো অমদি থারিকথানা ফুংঙাইনা অপাংবা মপারক্তা হাংনা হুম্ন শাংখ্রিবীশিংদুগী মরক্তা ভাদু কাংথনচিংবা ঈশিংদা চাক্তাবা উচেকশিংনা ইংনা ইংনা জুরা জুরা ওইনা চাক্তারি। থরম্ব কংফাম্দা কাখত্তুনা মতু মমান কনখোক্লি—পাং মপাম্দা লৈরবা চিংখোংশিংদা অমদি চিংথক্তা অখুবী লৈচিন থর লৈহৌবহুনা পারপ পারপ তৌনা তপ্না তপ্না পাইরি। অরাম্বা লমদগী পাত্তা চাক্তাগে হাইহুনা উচেক শঙ্গু শঙ্গুম্ব পাইরক্লি। চিংথক্তগী চিংখোং কাওবদা হৈরাং কয় পাল্লে—লৈরাং কয়া শাংখি—চিংদা লৈবা ঈশিং চাইবিশিংনা লিক্লাই মহি চম্‌ংগুম অরংপা লৈতনা চেম্বরক্লি। চিংগী উচেক কয়ানা তাম্না তাম্না খোংলি। পারপ তেংবা লৈচিন-লক্তা লিংখোয়রকপা কোরৌগী ভ্রাঙামিবা মচুনা শংলবা সংসার অসিগা চুনরবা ভাংলৈনবা মচু শংশবা কি মচা অমতংনা মশাম ইকাইবা ভাকচহনা বসন্ত রাণীগী মতৌগুম নাপদা লৈরাং অমত্তং চিন্নহুনা ভমথরপ তৌবা লৈরাং পাম্বী অমদগী কনাগুম্বী অমম্বু লৈরাং চরোং অমগা হেক্লগা খম্মোইগী ইহুন পিরকই।

লৈরাং অমা লৈরে, হাইহুনা খোইমু অমত্তা লৈরাং নাপদা

পাইশনলক্লি · নৈরাংগী থম্মোই ইহুন তাবদ' থম্মোই সু'দা সুংঙাইবগী ইপোম হৌরক্লি। মশাকী ইচেলহ মাইকৈ শাংলক্লি "ইবেম্মা! ঙসি বসন্তগী সুংঙাইরবা অমুক অসিদা ঐহাক্কী থম্মোই অসি ইনৌ নোই।' অদুবু নৈরাংগী শকতম লৌরিবী সুজাহুদি সুংঙাইতবা অমনা নম্নুনা অরাবা শকতম উৎপগুম তৌরি। শকতম অদু উবদা পাথং ওইবগী শম্মোইসুংদা চিংনবগী মৈরি অমা কাথৎলক্লি। চিংনবা কোক্কে হাইহুনা অমুক হায়রকই 'ঙসি ইনৌ নোন নৈজবা ঐগী থম্মোইদা সুংঙাইতবগী মখি তাহন-লিবা নহাক্কী শকতম অদুবু বরিসুংগীনে? ইবেম্মা' অরাবা শকতম উৎলুরবী সুজাহু মহাক্কী অশেংবা তমথোক্লগে নিংলক্লে—অরাবগী শকতম থাদোক্নুনা সুংশি মীনোক নোক্লহনা হায়রকই 'মালংগী থোঙ্গাওনা কনবনে লাইজ ইপোম্না হৌবনে সুজাদি সুং অনিগী মরক্তা হা ওইজবা ঙমজরোই'।

'করম্না সুং অনিগী মরক্তা হা ওইগদৌরিবনো? কম্না হৌরকপা পুন্সিগী ইপোমদা তাওথরক্লবসু অরানবগী কৌশিং থর বিধিনা শেম্বা তাংলবা ঐহাক্কী পুন্সি অদুবু কমনবা মাংহনজগনি ইরাইন.' 'কল্লক চাওবা মীওইবগী পুন্সিদা পাজল শোনবী তোল্লবী ঐহাক্না পাকচাওরবা সমুদ্রগী ইরোনসুংদা নৈবা মমল য়ামলবা তাংলবা মনিহুবু আশা তৌবদি পুন্সি ময়েং তাবনি। পিবিয়ু নহাক্কী সুংশি বিদাই অদো, কল্লবা লমহেল্লবা ঐগী আশানা য়াংলুরবসু পাজল শোনবী ঐগী থম্মোইনা আশাহুবু ইরাইনা মাংহনজগনি'।

'পিজগনি ইরাইনা— লাইবক থিবা ঐহাকনি — নহাকপু ঐহাক্ আশা তৌবদি আকাশথক্তা থোক্লিবা থাজবু ঐহাক্কীনি

খনবগুম খোল্লগনি কনাগুম্বা লাইবক কবা মহাক অদুগী আশা ভৌবিরে।’ ‘মহাকপু নত্তনা কনাবুসু আশা তৌজদবা ঐহাক্নি, মহাককীদমক্তা পুম্নমক কখোল্লবা ঐহাক্নি, অদুবু লাইবক থিবী ওইবনা নহাকপু…… । লেনগনি ঐনী লেম্নহৌবা পুন্সিসু নহাক্কী মুংঙাইরম্বা রাখল্দা। অদুগা ঐনী চিংনরিবা রাখল অসিদদি নহাক্না শেংনা ঙাকপিরমদুনা লম্বী অদু শেংদোকপীয়ু’।

‘নহাকী নকমদা ঐনা থিবা লমচৎ চৎথিবা, রাওরবা নত্রগা নহাককী নকমদা ইবানিগী ওইবা রা লোৎপা য়াওরব্রা, নহাকনা ঐগী ইকমদা চিংনরিবদু করিনো ?

‘নহাক অসিবু কনানো ! মসিনি ঐহাককী চিংনবা হায়রবদু’

‘অদুদি করম্না থুমগনি, নংনা হংইবা অদু লাল্লব্রা, ঐহাক অসি চৌংনী পাখং অমনি ঞাংনা হাওনি’।

‘নত্তে মদুনা অশেংবা পাওথুম ওইরমগনি হাইবা ঐ থাজদে’।

‘মসি নত্তবা ঐহাক্কী করম্বা পাওথুম লৈরি ?’

‘মীনা হাইনবা— ?’

‘মীনা করি হাইনবা— ?’

‘নহাকপু য়োক্লিবা হাওবা অমদি হাওবী অনি অসি নহাককী অশেংবা পলেম পম্হৌ নত্তে হায়রৈ’।

‘নত্তে মদু ওইবা য়ারোই, কনানা হাইরিবনো ? করে ঙসি অশেংবা থংগনি ঐ চৎলে’।

অহিংগী মতম কনা য়াম্না হৌজনখ্রে, অমুক মুংথিন্দা চাক্তাবা জীবা পুম্বা তুমখুন হুমখ্রে। মীওইবগীসু তুম্বা হিপ্নবা মতম্নি।

মতমসিদা হাওবা অমগা হাওবী অমগা য়ারী শারি। মখোইগী য়ারীহু য়াম্না নুবা ওইনা তৌই, য়াম্না চেকশিন্না অমস্তুং তপ্না তপ্না শারি। অহুবু অয়াবা অমদি সুংঙাইতবা লমজিংনা তুম্বা য়াক্লবা পাথং অমস্তু মখোইগী মনাক ওইনা কমুং অমদা মখোইগী য়ারীহু তাবা হৌরক্লি। হাওবী অহুনা হায়রকই 'ঙসি অঙাং অসিনা ঐখোয়দা হায়ররিবা অসিবু ইনশিনবা য়াওব্রা?'

হাওব— কনানবু ইনশনজকঅমগদগে খংত্রেদকো, মাবু ঐখোয়না মোংমতা মহাককী মথাই সুংঙাইতনবা তৌদে, মানা তৌনিংবতা তৌবা অসিদা ——। মৈবু ফিনা কুপ্না য়াদে হায়বা অহুনি, মীনা ঙাংনবা তাবদগী ওইরমগনিসে মহাককী মমা মপা অহুবু সুংশিদবা হৌনদে।

হাওহুবী— অহুদা মহাককী অশেংবা মমা মপাহু খংদেদো, মহাক অসিবু করম্বা জাতিনো হাইবসু খংদেদো'।

হাওবা— মহাককী মমা মপা অহুদি শোইদনা মতমতদা খোকথিবা থৌদোক্তদা অয়াবা তাখিবশিংহু শোইদনা ওইরমগনি। মহু ওইরবদি মহাককী জাৎ "মৈতৈনি"।

কমুংহুদা তুমলিবত মহাককী মরম পুক্লমক য়ারীহুদগী খংবা ওমলে। মহাককী হুংশিজরবী মুজাহুনা হায়বা চুমলে। মহাককী মমা মপাবু লাকশনবা ঙমদবা মমি সামি ওইবা মওংদা মমাংদা লেপ্লনা লৈবগুম তৌরক্লে। অহুগীসু মথক্তা মহাক মৈতৈ ওই-কম্গনি হাইবা অহুদা অমুকা হেন্না ওকখ্রে।

য়াম্না মথা তারকই 'অহুদি মহাকী অশেংবা মমা মপাহু লৈরকফিগনি হাইনা খাক্কবা ঙমজ্রে। ঐখোয়গী ইচা লৈজদবনিনা মহাকপু ঐখোয়গী ইচা অমুম ওইরবনি'।

অহিংগী মতম অয়াম্বা হৌখিদুনা নোংম্বাই চবুক য়োম্শিন-লক্লে। মাইকৈ থুদিংমক ইচিক চিকখ্রে। রারি শারম্বা হাওবা হাওবীসু তুমথুন হুনখ্রে। নখোইগী রারি তারম্বা পাখং অদু তুমিম্না হৌগৎলক্লে। মহাক্কী থম্মোইসুংদা অস্তকপা ফংলবা মৈচাক অমা চাকলি। মাগী লোইননবা পোৎচৈ খরসু লিরি। থিবা লোইরবদা ময়োম মচা অমা শেমগে। অদুগা ইমুংদগী মপান থোক্লবা হোৎনরি। অদুবু অকাওবা অমা লৈরে হাইদুনা অমুক ইমুংদা চংলক্লুনা হাওবা অমদি হাওবীগী খুয়গী উফুল লৌরি—অদুগা মকোক্তা হাপ্লদুনা শিন্থরকপা পিরাংগা লোইননা নোংমতা অথি রাহৈনা ভাংডক্লবা পলেম পম্বোগী মতৌগুম্না নাওয়োক্লবা অনিদুবু মতম খরগীদমক বিদায় লৌরি 'ইমা ইপা শক্লবা অনিমক ঙসি নচা ঐহাক মতম খরগীদমক বিদায় লৌজরি। রারৌবিগনু—মীওইনা পোকপগী মায়াগী লাংনা কুপ্পুনা ঐনা নখোইগী নকাদা মতম খরদং নাওথি শাজরম্মী। থংদবা কৌবনা নখোইবু শাওবসু ময়াওথি—হুংঙাইদুনা খনবসু য়াওথি—অদু নখোইদি পুকচেন চাওবনি ঐবু ঙাকপিয়ু—ঐদি নখোই লমন তোল্লবনি। অমুক হল্লক্লুনা নখোইবু ইমা ইপা শক্লা সেবা তৌজরথিনি'।

হুংথিলগী হুংঙাইরা মতম হৌখিদুনা সন্ধাগী মতম য়োশনলক্লে। মাইকৈ পুম্বা ইমম মমশনলক্লে। চখোক চশিন উশিনলক্লে—লম্বীগী নাকন্দা রারি শারম্ব অঙাওবী অমদি পাখং অনিদু মমশনলকই হাইবগী খোইদোক্লা চিংনবা পোক...

মখোইগী য়ারিহুদা পুক্নিং চংলমই। মরক মরক্তা স্বয় থবেং থবেং তোল্লি। পিরাংনা অরৎপা নৈতনা শিন্থরি—মতম থরগী মতুংদা মাগী মাগী য়ারি অহু লোইশনখ্রে। মখোইগী মতুংদা য়ারি তারিবা মহাক অহুনা করিগুম্বদা অঙাওবী অমদি মহাকী মক্লপু মমা মচা ওইরমগদ্রা হাইনা থনখি। অঙাওবীহুনা হাইরকই 'মতমহুদা খোকখিবা অহুদি ঐহাকী ইচা ওইরমগনি। নহাক অসিবু করিগুম্বদা ঐহাকী ইচাহু ওইরমগদ্রা?' পাথং অহুনা কুইনা থম্মোইংগুংদা অসাব অহু কুমহুনা থম্বা অম্মতরে, থংহোদনা 'ইমা' হাইরকই।

অঙকপনি হে মীওইবা! করম্বা মায়াগী লাংনা কুপ্পুনা অসুক কুইনা পক্লবা ঈপাক্তা অমম্বা নৈচিনলক্তা ভাওরবা হিয়োইগী থমাইদগী হল্লবা ক্রুথবু ওসি কাওবা লোত্তুনা থম্বী-রবা। মতম কুইনা অঙাওবী মিংখোল কংলুরবী—মথাঙুংদা কোন্দুনা কোন্দুনা মচা সুংশিবগী—মচা পোকপগী সুংঙাইবা কংজত্রবী—অমুক হন্না সুংঙাইবগী পিরাং শিন্থহুনা চিংগী লোত্তগী চেন্থরকপা সুঙ্গাইরক্তা কাইদং কাইদং চেল্লিবী য়াঙ্গলেবী মিং-কমদা ভাইরবী মাগী লম্বী মুংলনি কিক্করবী ইচেন্দো নোংজু থাগী ইমাই চোল্লবা মতাংদা থনজবা য়াথলগুম লাইরবী থাবালদো আশাগী মৈয়ী লংথংনা চাকথংলক্নি। য়াথল থনবা মৈত্রবা মীওইবা কয়াগী মকমদগী অথিবা মিংচং কংলুরবন্থ ওসি 'ইমা' হাইবা মচাগী মকমদগী কজরবা মিংচং অমা কংজরে থনবদা থম্মোইসুংদা সুংঙাইবগী ইচৌ কনথংলক্নি। মসাগী মথাঙুংদা

লজহনা মচাহনা হাইরকই 'মরূপ নহাক্কী নপাম্মা ওন্নি ঐগী চুংশিজরবী কুইনা মাংনুরবী ইমাবু অমুক উবা ফংজরে। ঐহাক অসে নহাক্কীস্তু লমন তোল্লবা অমনি'।

অঙকপা থৌদোক অসিদা ওমহৈত্রবা মপু মাগী খুংশিনবু হয়া হয়া নিংশিংলহন মিৎকুপ্পা পিগী ইয়া চেল্লহনা মহাক্কী মরূপ অহুদা হাইরকই 'মীওইনা পোক্রমা থৌজালগী মঙ্গিক অমা য়াওদ্রবা—মীগুংশি থংত্রবা মহাক অহুদি মীওইশিংদা চল্লব য়াই, মহাক অহুদি শাহিং ওাহিং চাবা জীবশিংগা য়েংনবদা মহাক অহনা থর হেন্না তোল্লি। অতোনবা লাই-রবা অশোন অনাগী মফমদা থৌজালগী লম্বী কাৎলগা মহাক মহাকপু ওস্মীবমথৈ মতেং পাংবিরগা মথোইগী অয়া অনা শক্রক য়াম্বিমরগা ঐথোইবু শেম্বীবা মপুনা ঐথোইবু চুংশিবীগনি মহুনা পাপকী লম্বী থুগনি পুণ্যগী লম্বী লাওগনি। ঐথোই মীওইবা হহিবসিদি থুবাক থুনমতনি, হাইম্বত মক্কমা থোইনা থংবিরমগনি। ঐহাকস্তু ওস্মীদমথৈ মরূপ অমদি ইমাগী মতেং পাংজগনি—হৌজিক্কি থেংত্রগনি য়ুমদা হমবা তোমি অহম্মা ইমাস্তু ঐগীদ নৈবীয়ু মতিক চাত্রকপ্প ওমজবা সেবা তোজগনি, ঐগীস্তু কমা নৈতবনি'।

নোংতাল্লে য়াহৌজনবা কাকশিংগী লানবাও শিনবা হো-রক্লে। কাক্কী লানবাও লোইয়বদা আশা চাওরবা মীওইবগী শন্দোয়রি—অংকপ থৌদোক অমম্তং থোকপদা কক্কবা থৌদোক অমম্তং থোকপদা নৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোকই। কক্কবা

ফজরি। অনৌবা খাতু ওইবনা পামেলশিংহু থোইদোকপা লৈ-
রাং শালি। অনৌবা য়েম্নিং হুম্রকপদা ভাইরিবা উনাশিংহু থোইনা
লৈরাগুম্না নিংথিজরি। মফম থুদিং ইশং শংই। লম্বী লম্পাক
অশংবা নাপিতনা শিন থৃংখ্রি। মরুম ওইবা মফমনা ইমং মংনা
ফজরি। ফুংথিলগী মতম লোইখিহুনা অমুক্তং ফজবা মাইথোং
উৎলগে হোৎনরকপা মতমদা মুক্তা অনিহু তনিক তনিকপা থোং-
থাংদা থোঙ্গান রাংমা লালক্লি। শানৌ অনিগী শারৎ খতুগী
অহিংদা অপাবা লৈচিন্না কুপ্পবা নোংপোক থংবা চিংদোলগী মপুং
ফারে হায়রহুনা তনিক তনিক্লা থোরকপি থাজবু ওমজবী মাই-
থোংনা কনাগুম্বা লম্বেলদা চৎলম্বশিংবু মিৎথকহল্লি। অশংবা
কীজোন থোপ্লবী মহৌশা লাইরেম্বীগী থম্মোইহুংদা ভাংতক তৌবা
কীনা লৈতেংলম্বী মুরা অনিনি। মহৌশা লাইরেম্বীসু মথোইনিবু
ওম্বমথৈ ফজহল্লি। তাগদৌরবা কোরৌরেনবু মিৎয়েং রাংমাদগী
লাম্বোকহনগে হেৎনবা পারপ তৌবা লৈচিন্না সানাগী মচু লৌহুনা
মুরা অনিবু মথোইগী মঙান হেনগৎহল্লি। লম্পাক ময়ামক্তদা
চৎলিবা মুরা অনিহু অরাপ্পাদগী য়েংবদা লংখৎনা উরি। অসি-
গুম্বা ময়ামসে মুরা অনিহুদি থোইনা খল্লুদে, অহুম পরপ পরপ
চৎলি। কনাগুম্বানসু মথোইবু য়েংলি হায়বগী মরমদা রাখল
তৌরুদে। অয়েংবা কাংবুতনা থম্মোই চাক থেক্লরি। কনাগুম্বানসু
মথোই অনিবু য়েংবদা অহল লমন্দা থেংগাইরুরি। অয়েংবা
মথোই মশেনসু থেংগাইনরি জ্ঞান তাবশিংনা 'মথোই ভাওরে'
হাইহুনা থোইনা শাওরমদবসু য়াওই অহুগা থরনা 'রন্নিংতি

কৈরেং কৈরেং য়েংলগ 'হাইহুনা মথাজাইদা থুপাক্না থাজনলকই। অমহু নাপ্রমাগ্নে অচুম অরান শিদনঃ শাওনিংবোই ইকাইবোই তৌহুনা ওনশন্নরগা ফুনরি, থংনরি।

ময়াম্না থংনবা ফুন চৈনবন্ত ফুন্না অনিহু হন্না য়েংলমদনা অস্নুম চংথিহুনা মম ম থবক শুকম য়োরক্নে। থবক থাবা মতম ওইরুম্মহুনা মী পুন্নমক হন্নশ্রে। থাংইগী তুংদা বিজয় অমসুং হিরাচন্দ্র থবক শুরম্বদগী অরাবা শকফমদা থোরক্লি। মখোই অনিন অস্নুম থোরকপদা মুজা অনিহু ওক্নরে। অস্নুম থোরকহিন্নরে, অস্নুম থোরকপদগী থবক শুকংগী ময়াদা লৈরিবা হৈকোনগী মরক্তা হাইনবা তৌদনা হাইজিনখ্রি। সুনিত অমদি হিরাচন্দ্রনা থর অমুক হেন্না চংশিনখ্রি। বিজয় বাসন্তি তুমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌরে। ঙৈহাক লৈরগা বিজয়না মা ভাংবা হৌরকই 'ইবেম্মা ঙসি ঐহাক অসে কনাগুম্বা অমা ওইরুম্মবদি হৌগংলক্লিবা পুন্সিদা মুংঙাইবা ইথক অমদা তাওহুনা নহাকপু পুন্সি লৈপুন শেমহুনা মহুগী অরাংবা অশা কয়াদা মতম লেন্নমগদবনি, অহুবু ঐহাকী মিংগী মাংদা থাহনা লৈরবা লাইরবা হায়বসিগী মগুন্না নোংমতং ঐহাকপু মুংঙাইবগী লম্বীদা খোংদ হন্ত্রি। লাইবক থিবা ঐহাক্না নহাকী আশা তৌবদি হন্দকী মশোকী ওইগনি হায়না থাজদে, অমুক্তা থনবীমু—নোংমা নোংমগী মপুং ফারকপা থাজনা অরোইবা থাক য়োরকপদা য়াম্ন কৌবনা উমহুনা থাজ মগুন শাংহনবগুম থোক্লোইত্রা?'

সেমুংবগী মমোম বাসন্তি, শকহেনবী মুংশি মগুংলাংগীদমক

পম্মৌ চৈরাক থাংগে, তাইবং' ইকাই ইকি লাম্হোক্কে থল্লুবা অরেম্ববু তারগদ্রা ? কনা মুংশিন্নহৌনম্ব, মুংশিবা মহাক্কী মপুক্কদি ময়াবিদ্রে, মুরা পুনিংনা থল্লকই 'হয়া হয় হায়রজহৌনা য়েংগনি য়াবিদ্রগা মহাক্কী মমা'দা তাইবং পুম্সি লোম্বা ওমগনি।' অশাগী মুর্ত্তি কাইরবদা তুমিন্ন' লেপ্পুনা নৈথোকপা ওয়ক্তরে, ইকাই ইকি থাদোকক্তুনা হায়রকই 'ইবুংঙো চংজরকই হায়বগী মতিক চাওথোকপিগনু, চংজরক্লবী অমনি থন্দুনা অমুক্তদি নহাক্কী মুংশিবহৌ উৎপিরম্মু। নহক্কী নকমদগী প্রেমগী ভিক্ষ নিঙ্গে'

'মদোমদ থনগনু ইবেম্মা ! ঐহাক অসে য়াম্না লাইরবা অমনি, য়াম্না তোল্লবনি—জঙ্গলদা লৈবা শোল্লবা মপিজা কনা য়াওদবা শক্তী লাইবা শা অহৌনা করিগুম্বা মুমিত্তা মহাক মশাগী য়েংদনা লমচং শাজং হেল্লুবা মুমিত্তা মহাক অহৌ তমথিরবা অচৌবা মপাঙ্গল কনবা শাশিংনা মথোইগী মপাঙ্গল মথা থাখিনি। অহৌগুম্বা শক্তিদো মিম্না অহৌনা য়েংবিবা ওমগদ্রা ?'

'অহৌগা ইবুংঙো অমরোমদা, মাশেমথক্তা চেল্লিবা তুরেনশিংনা পিকপা চাওবা মারবে হাইহৌনা তাকম তোঙানগদ্রা ? অহৌগুমহৌনা মীওইবসু নংই তোম্সি হয়হৌনা সমাজ লিচং থাদোকদ্রা ?

'চংনবীনি হাইহৌনস্ত লাইবক কবী নহাকপু অশা তোবদি অরেম্বদা মাংদনা তোক্লগনি'

'নথোং থম্বালদা চংজরক্লবা অমনি, তোল্লবী ঐহাকপু লোইনবী ওইবিদ্রবসু নহাক্কী প্রেম মুর্ত্তি অহৌ কাইদনবা মীনাইহুবী অমগুম্না ননাক্তা লেংদনা থম্বীয়ু'

'করে, নহাক্লবু অদু য়ৌয়বদি লাইরবা কোক্সাইন্না মচবসু লধা অতোনবা ওইপ্রবসু ওইপ্রসনু—অদুগা করিগুম্বা অরাংবা থাক্তা ফারগা রাই হাইদুনা মতোন য়ৌদনা লৈহৌবদি্ তৌবিগনু'

'ইবুংঙো নহাক্লবু হুংশিবিরবদি নহাক্তীদমক মুজা পুস্লি মতোন লোম্লবসু লোমজগে—পম্বোগী চৈরাক থাংজগে, নিংথোলগীদি অরেপ্লনি'।

'ওসিদগী ঐহাক অসে নহাক্তী ওইরবনি, লাও চংশিনলক্উ'

বিজয় বাসন্তীগী মথুং পাইদুনা চিংশিনজি। বসন্তী 'হুংশিব' হাইদুনা বিজয়বু কোনশিল্লি। বিজয়সু য়াম্না হুংশিনা মুজাক্লবু কোনশিনবিল্লি।

তাক্তা অসিদা সেজুংবা, চন্দ্রসিং অমসুং থুংবাই পাইবা মী খরগা লোইননা শাওনা মথোইরোমদা চংলক্লি। মথোইগী মতৌ উবদা শাওনা য়েংখি। চন্দ্রসিং তৈহাক য়েংলগা হাইরকই 'য়েংবিয়ু। অওবা মহাক্তী মতৌ অসে'। সেজুংবা খুম্লকই 'উব! থংলে। কৈ মচা চাওনবা য়োক্লগা মপু চাথোকই হাইবদু ঐ ওসিদা থংই'

মথোয়না ওাংনবদু তাবদা বিজয় বাসন্তী ওক্লা কিনা য়েংহৈনা লৈরে। চেনবা য়াদবা মতাং ওইবনা অদুম লেপ্তুনা লৈরে। খর অমুক চংশনলক্লগা সেজুংবনা হাইরকই 'নমজা মচা পিতং পাওংপা নংগুমনসু অংগুবা অশা লোক্তুনা বমজরিবোই—মদু থুনকক থাদোকউ—নপ্রবদি —অদুগা তুপীমচা নহাকসু অদুক তোম্লবা অদুগীদমক নপুক্তি মাংনিংল্লা?'

বিজয় ইকাইবনা অমদি মুংঙাইতবনা মমাই অচু লুকথদুনা লৈ। বাসন্তী অতপ্পা খোম্বাংদা হাইরকই 'ইপা—ইবুংঙো তোল্লবা নচা ঐনা ওকত্রগা মীগী মচ: অমবু পকহনবীগনু ওকত্রবী ঐহাকপু য়াম্নকপিয়ু'

সেলুংবা শাওনা মথা তারকই 'হাই লমজা মচা মৈনা হাইরগা তুমিন্না লৈবা শাই—নহাক্কী ন:তিক চাবা দগু পিগনি'

বিজয় য়াঙাংশিংহু তাহনা কুইথনা লৈবা শুমক্তরে। ঙসাই মথে বাসন্তীগী য়েংহুনা লৈরম্বনি, হংথবা হমক্তরে। ফজরবী শুমহৎনবী মহাক্না মাংদা লৈরবসু য়েক্লবনা মাংদা লেপ্তুনা চৈরবদা অশাওবনা শরুক হেনগৎলক্লে। মিৎকুপ থরম্বুগী মতুংদা লমন শিংবগী অশা অহুসু লাক্লে, করি তৌগবনো হায়বা অমা কাওরক্লে। মহাক্কী অশাওবা অনিংবা পুম্নমক ফোংদোরক্লে 'সেলুংবা! ঙসি ঐনা লমজা মচা ওইহুনা অথিবা মিংচৎ কয়াগা লোইননা অয়াবা থাংজিবসি, মরম নাং থংলিরোই। হায়বিগে তাক্কো—ঐনা লমজা ওইবগী মরমদি নহাক্তি, ঐহাক অসে কনানো হাইবসু নহাক থংত্রি। কুইত্রবনি, নহাক ঐহাকী ইথুত্তা থা.শাং পাইহুনা নঙক অহু কত্তুনা মালেম থক্তা থাদরগা তাইবং থাদোকপ্রবা ইপাগী লমন শিংগদবা—'

শেলুংবা মীয়ামপোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই 'চন্দ্রসি [illegible] ঐগী অশেংবা য়েরবনি। মহাকপু কাও—মাবু মাংনবা [illegible] হৌরিক কাওবা হিংদি'

চন্দ্রসিং অমসুং মাগী লোইনবা মী খরনা বিজয়বু কাগে হাইদুনা চংলক্লি। বিজয় ময়ামদুবু উশিন্তুনা হাইরকই 'ঐগী ইনাক্তা চংবা য়ারোই'। মহাক ফিবম শেমদুনা লৈরি। বাসন্তী কিথি কিরুম তৌনা য়েংদুনা লৈরি। চন্দ্রসিং বিজয়বু কাগে তৌবদা বিজয়না শাফু কন্না য়েংথংবা মচুবাদা কিন্না থিল্লক্লুনা লৈমাইথক্তা ভুখ্রে। মী খরনা অমুক চংশনলক্লুনা ফানব লাক্লরি ময়ামদুনা বিজয়বু লাইনা হেক কাবা ঙমদ্রে! মনাক্তা তারম্বা চৈ অমা পাইদুনা ময়ামদুগা লাম্বা পারক্লি। অশাওবনা অমদি ইকাইবনা চন্দ্রসিং বিজয় তন্না অমুক নাকন্দগী থাংশাং শত্তুনা পাইশনখ্রি। বিজয় ঙম্মথৈ ময়ামদুবু ফুদংলগা চন্দ্রসিংগা লাম্বা পারি। চন্দ্রসিং বিজয়গী মথুত্তগী চৈদু ককথংলগা মহাক তন্না থাং অদুনা থিনজনখ্রি।

বিজয় লৈথোক লৈশন তৌদুনা খাংলি। ঙৈহাক কনা কুইনা লাক্লরবা তুংদা চন্দ্রসিংনা লাকচক্রে। মথবাক্তা থাং থমদুনা 'থংব্রা' হায়রকই।

বিজয়—থুংলাই য়াওদবা মী অমদা অদুরা নহাকী নথৌনা?

চন্দ্রসিং—মাম্নি, নহাকী নরানগীদমক। শুপী অসি কনানো নং থংব্রা? সেলুংবগী মমোম বাসন্তী চন্দ্রসিংগী খন্নাইনি।

অসোমদা বাসন্তী মপাগী মথোং পাইদুনা বিজয়গী মথাই কুমবা হাইজরি। সেলুংবা করিমত্তা নাচুংদে। ঙসাইমথৈ হিরাচন্দ্র তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। বিজয়গী মথৌনা উবদা ঙক্তুনা ঙৈহাক য়েংদুনা লৈরম্বদগী য়েক্লবশিংনা লাকচখিবুদু, হিরাচন্দ্র লোন্না

কোইনা চংলক্লুনা মতুংগোমদগী চন্দ্রসিংবু কোন্নগা মখুত্তগী থাং মুল্লে। মাগী মভোৎ উবদ সেলুংবা চেনশনলক্লি। হিরাচন্দ্র অমদি বিজয়না চন্দ্রসিংবু ফুদৎলম্লগা চেনখ্রে। চন্দ্রসিং তুরম্বদগী হৌগত্লুনা মখোইগী মতুংদা তান্নরি। মাখাই অনিদি মখোংনি অহৃগা য়েন্নবনা শগোলনি। মখোই অনি অসুম চেল্লম্বদগী তাঙ্গা য়েংহনা মরুম অমদা লোৎহৌরে। লাইগী নোংদমদগী মখোইগী অরোনবা মী খর থেংনহনা অমুক চংপা হৌরক্লে।

বিজয় অমদি হিরাচন্দ্রবু কংদ্রবদা সেলুংবনা শাওনা হাইরকই 'চন্দ্রসিং মখোয় অনিসি শোইদনা ওইরগনি, মখোইবু থুনমক ফারগা ইনিংশোদা পিথোকনি, লাকও হল্লসি'। চন্দ্রসিংনা মহৃ তারগা অমুক হাইরকই 'অমুক্তা ভাইবিখো মখোইগী অরেপ্পা অমত্তা থংখিসি' সেলুংবা 'করি অরেপ্পনো মখোই শোইদ্রবনি।'

সেলুংগী মমোম বাসন্তী মপাবুংগী চৈরাক খাংহনা সুংশি মতুং ইনগে থনজবদা ওম্লরোইদ্রা হাইবগী খোইদোক্লা অম্রাবা পোকখি। অহৃবু সুংশি মহাক্তী মভোৎ উরগা শরুক চামা চামা হেন্না সুংশিখি। মশামক মশাবী মাগীদমক্তা মহাকপু পোকপা পম্বৌগী য়েক্লবা ওইনা থন্দুনা অমুক অমুক তুক্তচবম্ পোকখি। মহাক্তী মপাবুংগী চৈরাক মতুং ইন্না মহাক ইমুংদগী মপান থোকখিদ্রে। অহৃম ওইনমক মহাক্তী রাখলম্দি মপান্দা লাপ্পা থোরক্লুনা সুংশি মাবু থিরক্লি, পামু থোজনুন লিরক্লি। হে। সুংশিবা নহাক্লা মীওইবা পুন্সিদা শাবী শানৌশিংদা চংলগা লাইগুম নিংলগদবা মপা মমাবু হঙ্গাইরা থল্লবদ সমাজগী মকমদদি করি ওইকম থোক্লপগে?

## ১৩শুবা মতাং

ঐকনা ভোকপা পোকপ হাইবা পাওরোঁদা মমা মপা অহল ওইবশিংগী লমচৎ, শাজৎ মখোনা অহু মচা ওইবশিংনা লৌই। মতুনা অচুম্বা ওইরবসু মমা হিংচাবীনা মাচা সাধু পোকই, হায়বসি চরানবা নত্তে কনাগুম্বা সাধু ওইবা মমা মাপাশিংনা মচা ডাকু পোকই, অহুগা মাপা ডাকুনা পোকপা মচানা জগৎ শিনবা থুংনা ফাওরবা মহাত্মা ওইরকপা-রারি রাকোক থেংনৈ। মীহাৎ মীপূন হয়ান চীম্বিতনা থল্লবা মপাহুগী মচানা জীববু হুংশিবা লমচৎ কজবা অমসু ওইরকপা য়াওই। সেন্দুংবগী কত্তব, অকিবা তুজুংলব। থবক কয়াহু পাংথোকপদা য়াওথিবা য়াদবকী অকিবা অঙকপা পাপকী মশক ওইরবা থবক-শিং অহুদি যুগ কয়াদা তাইবং কয়ানা কাওবা ঙম্লরোই। অহুগুম্বা থবকশিংহু মশাগী মরলগী লম্বী লাওথোক্লবা হোৎনবদা পাংথোকখিবা ঙাক্তনি। মহাকী মরালাদ অঙকপনি—মীহাৎ মীপুন অহুত নওন', মরুপ অমবু মাংহনব', বিশ্বাস লৈতবা কয়া-গীসু তিল্লবনি। অহুম ওইনমক মহাকী মচাদি হিরাচন্দ্রদি মহু নত্তে, মপাগী অকিবা লমচৎ অহু চত্তে। মহুগী মহক্তা মশাদা মীওইবগী হুংশিবা হায়বা অহুনা য়োমশনলি, হুংশিবা অহুসু জগৎ স্নিনবা থুংনা হুংশিবিবা ঙমদবগুমতৌরক্লি। মাইকৈ মরিদা থৌজ-লগী থবক কয়ামরুম পাংথোরক্লি। মরুপকী মকমদনা কয়াদা মমল য়াম্লবা থবক তৌখিবা। মহাক্না থাজখি মীওইবগী অমক্তা ঙাইবা, অথোইবা লম্বীদি জীববু হুংশিবনি, থৌজানবীবনি।

মহাক্না চৎলুবা ধর্ম্মগী মরিদা মখোংগীনি হায়বা কনাস্থু লৈজত্রবা থম্বাল মমা মচাবু মাগী ময়ুমদা থমখি। মমা মচাগীদমক অন্নাবা কয়া থেংনরে। অহুবু মহাক্না খল্লি—মীওইবগী খোংচক্তা অন্নাবঃ থেংনদবা য়াওদে। মহাক্ন মহাক্তী মপাবু ফওবা থবক ভোবগীদমক্তা হুংঙাইখিদে, মহুদা চিংশিনখিবা সেলুংবস্থু মতিক চাবা মরাল লৈ হাইনা থনখি। তৌইগুম্বস্নুং পাক্লবা ময়াগী ইরোম্নুংদা লুপ্তুনা লৈরবা মীওইবদি ফওবা থবক শন্দোকপাদি থুই অহুগা অকবা থবক্তি পল্লি! পুকচেন চাওরবা হির চন্দ্রগী মীহুংশি, থৌঙ্গান অসে অথংবা থরদনা থংলবস্থু মী অয়াম্বনা থংদে। অহুগা মহাক্তী থৌজালগী লম্বীস্থু খিংনবা লাক্ল'রে। অহুগা ফত্তবা ভোরিবা সেলুংববুদি লৈবাক শিনবা থুংনা থংনৈ।

সন্ধ্যা মতুংদনি, লাইরবী থম্বাল মাগী ভোগদবা মখৌ ভোহুনা লোইরবা মতুংনা মপারি অমদি হিরাঙচন্দ্রবু হুংতিগী থবক থাবা মত্তম হেনখিগদৌরে হাইহুনা তনিক তনিকপা থম্মোইনঃ নল্লহুনা হাইরি। মপারি অনিনা লাক্তুবদা মথস্তা অমুক রাথল মচা পুখোরক্তুনা মহুদা থম্বা হৌখি। অমুকস্থু মপারিবু নিংশিংলকখি নোংমা কাইনবদা চহি লিশিং লিশিংগী অন্নাবা ফংগদবগুম তৌই। হৌখিবা পুন্সি মতেক অহুস্থ হুংশিজরবা মপুরোইবা অমদি মচাশিং কাইনবনা জ্ঞান চোইক্লরবনি অন্নাবা থাংখ্রা হকচাংগী শরুক কিন্থ্রবনি। মপারি মাবু উবদা মাবু হন্দোকপি রম্লবা মপুরোইবগী মৈচাক অহু থম্না কোকচবনি। অহুবু মপারি মাদি হন্নকত্রি। হন্নক্তুবদা হুংঙাইতবা রাথল কয়াদগী হৌর-

ভু.না: মতম কুইনা কাওথোক্রবা পুম্নিগী শরুক কয়া কয়া নিংশিংলকখি। মহাক্না চৌখিব: পুম্নিদ অরাবা কয়া খোক-হনখিবা মীওইবগী মায়াগী পাপশিং অদুন' মহাক্কী অমত্তা' ঙাইজরবা মপারিবুসু নোংঙাল্লমদাইদা থোকপা শক্তিক কৌবনা চৈহাক মতম অহিংগী অরোনবদা তাইবং বনা উইন্দনা অতিয়া মকোইদা ঙাল্লম্মগা কোয়ৌরেন মৈশা যংলগ: মকম খংদনা মাংখিবগুম মাংহনখত্রা থনবদা থোইদোক্ল অরাবা থাংবা ঙমত্রদ্রুনা স্বর ফুইনা ফুইনাহোন্দুনা থাংজরি। খল্লু খল্লরগা মপারি মাবু ফুংশি-বা, পাম্মুবা শরুক হেনগৎলকই। ফুংশা থিবগু হেনগৎলকই। মপারি মাবু শোইখিনি কিবনা মমুবা চৈরক থুল্লক্লা চত্তুনা থিক্লরসিরা হাইনসু খল্লকই। অতবু কনানসু শক খংবিদবনি। কনানা পাওথুম পিরক্নি বনানা মপারি মাবু ভারক্নি। অরেপ্পা খংজদবনা থৌনা কবা ঙমত্রবী হকচাংগী পাঙ্গল য় ওত্রবী লাইবক থিবী মহাবী রাথলদি ফুংঙাইবা পাম্লবা অরাবা মশক খংদবা অল্লাংবু পামদবা মীওইবা কনানা খংবিগনি।

মপারি মগী রাথলদা মপুরোইবা মাগী ফুংশিবগী য়াওত্রব্রা হাইবদা মপুরোইবা মাঁদা নত্তে—মপারি অংনগীসু রাথল লিশিং লিশিংনা য়োম্লবী থম্বালনি। মপারি পাঙ্গল চাওরবা মতমদা মপুরোইগী মকমদা ফুংশিজবগী ঙারি শাহুনা ফুংঙাইবগী মতোং থরদা কাওবা কংত্রে থঙবদা মরাইবক থিরবী মহাক্কীদমক্তা মথাই থাত্রবা মপুরোইববু ফুংশিবা শরুক লিশিং হেনগৎলক্তুনা থিংলুদগী প্রেমগী ইরানা অতৎপা চৈতনা শিহুরি। মপুরোইবা

মহাক লৈত্রবস্থ মপারি অনিহুদং শুরম্রবদি মহাকী থরবস্থ শাক-রমগদবনি, অদুবু লাইবক থিবনা পুম্নমক ফংত্রে থঙখি। লাইবক থিবী মহাকীদমক্তি হুংঙাইবা তম্নম্মোই হাইনস্থ থম্মুনা ঈশ্বর মঙোন্দা নিন্দা তৌখি। থল্লুবা থুদিংদা হু'শিবা শরুক হেনগৎলক্কুনা শিঙ্গরক্লিবা পিরাংগা লোইননা থুত্তা মৈরা পাইহনা থিবা চৎপগী থোংথাং য়াল্লকখি। মহুগা লোইননা মমি শামি ওইবা রাথলদা মচাহুনা মমা অশোনবী মহাকপু করিগীদমক অস্থক থওইত্রিবনো হায়না রয়োখি। অদুবু, মহু থুদক্তা মরু ফংনা মাংখি। থোইনা লমহেনবা মচা নত্তে, হাইনস্থ থঙহুনা মথন্তা থেমজনজখি।

মৈরা পাইহুনা থোংজিন মপান য়োরক্লে—থোংহু হাং-দোরক্পদা শুংলোমদা কনাগুম্বা থর মুরুম মুরুম শোনবা তারি। মপান্নি লাক্লবোই নিংলহুন. "হবুংঙো নথোই লাক্লব্রা" হাইহুনা মাঙোন্দা য়েংথোকলকপদা ফিমু শেৎপা মমাই মমিৎ থুমজিনবা কনাগুম্বা থর মথুত্তা থাং তা পাইহুনা লৈরম্বা উয়ে। থম্বাল মহু উবদা ঙৈহাক চক্লম্মী। মম্নামহুগী মরক্তুগী অমনা মম্নামবু ইঙ্গিৎ পিরি। থম্বালন লুচিংলিবহু পুকচেন কত্রবা সেন্দুংবনি হাইবা থুরক অহুমক্তদা থংলে। মমাংঙৈদা থোকখিবা থোদোক কয়া সিংশিংলক্কুনা মকোক অহু উরু উরু লৈরক্লে। মহাকী অমম্বা রাথলদা মতম কুইনা উখিত্রবা মপুরোইবনা মমাংমক্তদা মিপাইনা কৌবা উরি। চংঙক্লিবা মম্নামহুনা থম্বালগী মশা পাইহুনা চিংখি। অদুবু থম্বালদি মথুত্তগী মৈরাহু থাদত্রে—মশাহু জ্ঞান য়াওবা লৈমাই থক্তা হাইথত্রে। ফুংশি হৈতবা কাবুহুনা থোংপাক্তা

কাওহনা, 'নচা কদাইদা চৈংবগে' হাইনা হংলি। অমনা অমুকে চংলক্‌না 'নথাই কনবিগে তাকউ' হাইরম্লি। অহুবু জ্ঞান য়াওরবা মশা অহুদি থরো থরো ওম্লি। থুম্‌রক্‌বদা সেনুংবদো শাওবা হেনগৎলক্‌না 'থংগে ভাম্রোই, লৌনম চাওখীনি, মানা ওম্লগা তাক্তসন্থ থংগনি। উথোং অসিদা পুনশিনদু পাপ চেল্লবা মশা অসে মৈ থাদোকে 'ময়াম চংহনা জ্ঞান য়াওরবা মশা অহু উথোংদা পুনশিনলে। মহাক্না পাইরম্বা মৈরা অহু প্যাইহনা য়ুমহুগী শাইজিন্দা চুবা হৌরক্লে। চাকপা হৌরক্লে—থম্বালদি মহু কাওবদা জ্ঞান তাত্রি। সেলুংবা অমসুং মাগী কাংবুহু ঙৈহাক য়েংলম্মগা 'কামদে' হাইহনা চংনক্লে।

অথাম্বা লম্বেলদা রাজকুমার বিজয়, হিরাচন্দ্র অমসুং মথোই-গা লোইনবা মী খর রারি শারহনা লাক্লি। রাজকুমারহনা বিজয়গী মমা থম্বালবু শক লোংতুনা থম্বা হাইখি। মহুগী তুংদা বিজয় অমদি হিরাচন্দ্রসু কিবম চানবা হোৎননবসু থম্বখি তাঞ্জা অহুদা মথোই পুম্নমক মৈতাল উরহনা খোংথাং য়াংখৎলকখি। মথোইনা য়োরকপদা কনা য়ামা চাকশনলম্মে। বিজয় ময়ামগী মাংথানা চেনশিনখিহনা মমাবু কৌরি। অহুবু করিগুম্বা পাওথুম অমত্তা কংত্রে। খর চংশনলগা উথোংদা পুল্লিবা মমাবু উরে মমাগী মতৌহু উবদা মথুত্তা থাং পাইহনা পুল্লিবা অহু ককথংলে। মমাবু মৈমুংদগী পুথোরক্লে। মমাহু হৌজিক কাওবা জ্ঞান ভাত্রি, মশাসু খর শেক্লে। বিজয় মমাবু কোম্লহনা 'ইমা নচবু কনাদা শিম্লরম্বগে? ঐগী হন্না য়েংবদা কনা উত্রবদা ইমা নংগী পুক্ষক

নয়াখং অত্থনা ইপাগী লমন শিংগী রাৎলা মখোং শোল্বনি, তদুবু হৌজিক্তি করি থোক্লবা ?'

ময়াম মরক্তগী খরা অহল ওইবা অমনা বিজয়গী মনাক্তা চংগকত্থনা হায়রকই 'ইবুংঙো ইমা ইবেম্মসে কৈস্থ থোইদোকপা তৌরোই। মৈশা খর ফংহনা তৌবনি। অমুক হয়া জ্ঞান তারকখিনি' বিজয়না অমুক হয়া হায়রকই 'পুম্নমক অসি ফজরবা মহাক্লনি—মহাক্কী মথক্তা লোইনা হৈগনি। মহাকপু নোংমনা মখোং কক নোংমনা মথুং কক তৌগনি। মহুত্তনা মহাক্কী মতিক চাবা ওইগনি.'

লাইরবী থবাল মতুংদা রাজকুমারন পুখিহনা নিংথৌকোন্দা য়ৌখ্রে। লাইকমহনা মশাস্থ ফজ্রে। রাজকুমারগী অরোনবা মনাইশিংগী মরক্তা লৈখি।

———

# ১৪শুবা মতাং

নোংমা শরৎ ঋতুগী হোগংলকপদা শাবান কঙ্গরবী পাঙ্গেল-শিংনা লৈতেংলবা চিঙ্গোল অমদা ভৌরুনবা মচুনা লৈতেংলবী থাজ মান মাগী লৈজবা মঙাল লংনা ফুদোরক্লি। থাজ মাগী মঙালদা অমম্বা কৌরী লাইরেম্বীগী মগুণ মাংখিহনা মফম খুদিংদা মরুম ওইবা নত্তনা ইঙাল ঙাল্লি। ঋতু মাগী তুংইন্নুনা লাইজ অরিক মরিক্লা শেম্লবা লৈচিনস্থ পারপ পারপ তৌনা পাইরি।

চিংগুং অহুদা তারিবা থুন অমথক্ত থাজ মাগী মতাম পিথোরকপদা মথৌ ভোত্থনা লোইথোক্লবা মীপুম কয়া কয়ামা মহৌশা। লাই-রেম্বীগী ফজবা শককম য়েংগদবগী ইমুংদগী মপান থোরক্লরি। মরা কয়ামা রা রা লাওনা চেন চোংহনা শাররি। অহম ওইবশিংনা মাঙোন্দা কমহুনা থাজ মাবু য়েংনা থোইদোক্লা ক্লুদবা রাখল কয়া কয়া থনবা লাক্লরি। মহুনা তাক্লি মীওইগী হকচাংদা রাখলগী অহাংবা মতম লৈতে। মথোইতুগী রাখলতু ইচম চম্বা কয়াস্তু য়াওই। থরদনা জগৎ শেম্বা মপুবু থাগৎপা য়াওই। শাবী শানৌ ওইবশিংনা তুংশি তু ওনগী ইচেন্দা থাবলগী ইপোমদা কাওহনা চেম্নুবদগী ইচেন অহু কনবা হেনগৎলকই। কনাগুম্বী তুজ্ঞাশিংনা মশাবী মাবু মিংশিংলহুনা ইমুংদগী মপান থোরক-হুনা! ভুমাং থেলোংদা কাইদ কাইদ চংজি। থরনা মতাম্লোই থর থোমহুনা রাষী শারি—থরনা কৌস্তু লংমরি। থাজ মাগী মারথোং য়েংলুবদা পেন্দবা য়াওবা লমজেন য়াংলবী লৈচিনশিংবু অমুক য়েংলুরি। অতুগা পাখং ওইবশিংদি মসিবু থওইক্লদবা নত্তে। মথোয়গী পুজি বসন্তগী অয়ুক অহুদা তুংশি ইচেননা চেহ্নবদা করম্না পুক্লিং নৌদনি। ইমুংদগী থোরক্লুনা লৈরক থুমক্তা ইশৈ ওংহনা চংজি। থবনা মথোয় মশেন য়েংহুনা মারি শারি। মারিদি থোইদোকপা নত্তে, মথোয়গী হৈনজরবা তুংশি তুংওনগী মারিহুনি। মতাংসিদা বিজ্ঞানগী মরমদা কত্রগা মীহাৎ মীপুনগী থোইদোকপা তুংঙাইবা লৈতে। থরনা মশাবী মায়কৈ পাংহুনা তাঙা য়েংলি।

অসিগুম্বা মতমসিদা হাইকেং চাওবা য়ুম অমগী মাঙোন্দা পাখং অমনা কমহুনা থাজ মাগা মিং চাররি। থাজ মাবু য়েংনা

য়েংনা থ:ম্মাইজুংদা জুংশি ইচেন কাইহৌরক্লিবী দুময়াদা হৌবা মধুমতি পারিজাৎনঠিংবা অহিংগী লৈরাংশিংনা লৈনম পিথোরক্লুনা পাথংগী থম্মোইবু ইহন পিরি। পাথংচু মচুদা করি থম্লুবনো ওল্লি হাইনবু খনব্রা নত্রগা কনাগুম্বী মশাবী মনাক য়োগে হাইনবু খল্লব্রা—ইমুংলোমদা ওনশন্দুনা 'ইম: ঐহাক অমুম অস্বাইদা চৎথোক্লগে' হাইরক্লগা থরাই থোঙ্গান লাক্লকুনা অমুম লাকপনা চিংয়াদা নগুনা লৈরিবা চিংলম্বেল অনগী মনাক্তা য়োরে। মকমচু য়ৌরগ নিংজিং মাংজিংনবা হৌরক্লমী। অচুবু হনবা লৈতবা পাথংগী রাখলদা অচৌবা অশা অমা পোক্লকপগুম মাগী চৎকদবা লম্বেল অচুদা অমুম থোংখাংজিনলক্লি। অমুম লাকপনা থুন অচুগী থুম্লাকপগী মরানয়াই য়োরে।

মতমদো থুম্লাকপগী মখোমচু মমামবী কয়া থোম্লগা খাবলচুদা কৌওু লৈনরম্মী। ময়ামদো হয়াও মথোই কাখিচুনা কনানা কাপি ভৌচুনা নোকই, কনানা য়ারি শাই। তম্বা থয়না কৌ কয়া ওরি—থয়না ইশৈ শকই—

হো চিংমুংগী চেক্লা তায়াও!
বসন্ত রাণীনা মালেম থোংদোই হল্লকপদা
চেক্লা অংগী মুংশিবা থোম্মাংনা
তাইবং গুম্বা উরগা
নিংতোল পুক্লিং থোইরাংই।
নিংতোল পুজি বসন্ত অয়ুক্তা
অশাগী ময়োন চোংলকপদা

চেক্লা নংগী থুম্বা নপাওখোম্না
অশাগী মখোং শোম্নীয় ।
নিংঙোল রাখলজুংদা
অশাগী মপান কাওরবদা
জুংশি মকা য়োজহনা
পুক্সি মতোন লোমজগে ।

লাক্লিবা পাখংজ জুক্ত্রহুগী ইশৈদো তায়গা লোইশনলকপদা জুক্ত্রশিংহুগী মনাক য়োথ্রে। লৈরম্লিবা জুরাশিংদো শকথংবা পাখংনি হাইহনা তরাম তরাম ওক্রে । ইমুংদা চংখিহনা খুম্লোকপগী মবোমশোই পাখংগী ফিদা লোথোক্লুরে । ময়ামগী মতৌ য়েংহনা মহাকসু কল্লি। মরক মরক্তা মখোইগী চম্বা রারিজ য়াওরি ময়ামগী মথো লোইরগা কৌশুরবী জুরাশিংদো 'ইবুং কমহোখো' হাইরম্লগা চৎথ্রে। ময়ামগী মতুংদা শাবী শানৌ অনিদো পম্বোগী ইংখোল অচৌবা হৈরাং লৈরাং মরক্তা লখী ওইরক্লি। খোংথাংনা তাম্হা ওইহনা জুরা মপাও তম্লকই 'ইবুংঙো মীওইবগী অশা হাইবা অসিসু অঙকপনি। পাক্লবা ইপাক অমদা থুত্তা নোংমৈন পাইহনা হোম্লিংবা মাইকৈদা হোনবগুম্বনি —করিগুম্বদা ইপাক অহুদি লমথুংকম লৈরমগনি, তৌইগুম্বসুং অশাদি অমুক অরেপ্পা লৈতবনি অহুগুম্বা অশাগী তুংইন্দুনা খোইমু ওইবশিংনা লৈহি চুপথোকখ্রবা লৈরাং অমনা—খোইমুহনা অতোপ্পা লৈরাং অমা তমথ্রবদা করাদা কোক ভাওনিংঙাই ওইবা ? মহু তায়গা পাখংহনা অমুক হায়রকই 'ইবেম্মা ! অশা লৈ হায়হনসু মহু পাংখোক হেক খোকপা

য়াবা নত্তেদা। অশাঙ্কু হেনলকপা মহাক অদুবু ফত্তবা হাইনা সমাজনা কয়া থিনা ৬াংনরিবা। খোইমু অতনা মীচুংশি থংদবা ফত্তবা অউ অউবদা পামগনবা অমা ওইরবদি মতুগী শরুক লৌথিবা য়াই। মতু পুন্নমক ওইগনি হায়্ন পংথন থনবীগনু মুয়া পুন্সি অরেম্বদা লৈমন চনগনি। অদুগা ইবেম্মা নঙোন্দা য়া অমত্তংগা হাইজগে য়ায়োমবিগদ্রা?' পাথংগী ওইনচাওবা য়াঙাংতু তায়গা মুয়াহুনা অমুক থুমকই 'লাইবকথিবী ঐহাক্তি মুংশি নহাক্কী নপাওজবু নোংইন কৌবী চেক্লানা থাজ মঙান ভাইজবগুম ভাইজবী অমনি।' মুজাহুগী কোইদবা পাওখুমতু তাবদা পাথংনা মহাক্কী অনিংবা কোংদোয়কই 'য়েংউ ইবেম্মা? অকাশথক্তা ৬ান্নিবা থাজ অসে অপাবা লৈচিম্মা থজহুনা মমি ওয়না ৬ান্নিবসে, পাথংগী থম্মোইমুংদা লৈজরিবা অশাগী মুক্তি অসিমু অসিগুম্বনি। মুংশিজরুবা ঐনা থজরবদগী হৌগংলকপনি। অসিগুম্বা মুক্তি অসে সমাজগী মিনোক অমদি কয়ক য়েংথিবগী নোংলৈগী লৈচিম্মা লান্নগা থুমজনলবদা অশাগী মমি তংথিহুনা মথক্তা অদুম মুংচথিগনি, অদুবু ইবেম্মা নহাক্কা মসিমু ময়েক লানা পাথংগী থম্মোইমুংদা থম্বীবা ঙমগত্রা? ঙসাইমথে পাথংজুগী য়াঙাং তায়গা মুজাহুনা স্বর অমুক্তং শাংনা হোয়গা মতুগী দমক্তি মখাক্তি লেপখ্রকীনি, হাইরকই।

অদুওম্মা অহিংদো ফমুংথক্তা হিগুনা বিজয় নিংশিংলকখি। মতুগা লোইননা তুজা মহাকপু মুংশিবগী ইপোম হৌরক্তি। মুক্তা মহাকপু অয়াংবা লোইবী চিংগী লমদমগী লৌরকুনা

পুক্সি নৈপুন শেম্লসিন্না হাইনা খনখি। অতগা অমুকস্থ সেলুংবগী মমোম বাসন্তী অহুবুন হন্দোকলম্মগন্ত্রা হাইনা খনখি। চিংগী মুন্না অহুদি সমাজগী মিংয়েংনা য়েংশনজ্জবদা চিংনবা অমদি ইরৈ মরৈরি। অহুগুম্বা মতাংদা বাসন্তী মহাকপু কন্নম্বা থাদোকনি অমরোমদা মহাকীদমক্তি পুক্সি কৎথোকে হাইনা য়াশকখি। অহুথু মশা লোংলবা য়াথলদা মহাকী পুক্সিদি করম্বনো?

নোংজুথাগী শেংলবা অভিয়া মকোইদা পুর্নিমাগী থাজনা ইরাং লংনা থোক্লি। থাবল অহুনা পাখংগী মিচং থোংদা চংগুক্লনা মূনা মূনা য়েংলরি। বিজয় মহাক্কী য়াথলগী ইচেম্মা মশা মথন্তবু কাওথোকখিহুনা মহাক কদাইদা নৈঞ্জবগে হাইনা খিন্নকপদা থাবলগী মতানগা মিং চানহুনা নৈরম্বা থেংনখি। মথন্তা অতাওবা য়াথল থন্নে হাইনস্থ খনখি। হিম্না য়ারক্তুহুনা হোগংলক্লে। নাকন্দা থুংলায় মানশন্দুনা মপান থোরক্লে। মহাক্না থোক-খিবহু থোইদোকপা কনা উহৌক্লে। অস্তুম থোরক্তুনা সেলুংবা মন্নানন্নাই য়োরে। মহাকী থোংচং অসিবু করিনো? সেলুংবা মহাকী মথক্ত:—অহিংহুদা মী কনা উদনা লমন ‘শংলগে হাইহুনা খনক্রা নওদনা হুংশি মহাকা উন্নহনা হুংশিনা চিল্লোক্লগে খনক্রা? সেলুংবগী থোজান লোললম্মে। নাকন্দস্থ চেকপম্না য়াংনা থান্নি। মকুংদস্থ মীনা অন্নংপা নৈতনা মহাকী ময়ুমহুবু শংই। চংবা য়ানবা মপাদি খিন্নি। অস্তুম থিন্নকপদা দলান মথক্তা মমি শামি ওইনা কন্নিগুম্বা পোং থন্ন উবা ফংলে। কন্নিগুম্বা মী ওইন্নমহুনা

থংখিবা থোক্লবদি অরাবা তাগনি হাইবগী চিংনবস্থ পোক্লি। অহবু তাঙ্গা য়েংহ্নুনা চেকপন মহুং লানশনখ্রে।

হুমিত্তু ঙন্দুনা পোথানবা মতম য়াংলিব্রা। নহ্রগা মশাবী মহাক্কী য়াথলনরা সেল্লুংবগী মোমলোইস্থু মমপান থোক্লুনা হকচিক লাংলমলি। অস্থুম য়েংলহবদগী করি থল্লুবনো মমাইহু লৈথরকপদা বিজয়না চেকপন কাবহুগা তাঙ্গা চারুহুনা উরখ্রে। কনাগুম্বা অমা লাক্লে হাইহুনা মরুম অমদা লৈশন্দুনা লৈরে। অশোমদস্থু বিজয় মহাক্না উথিবহু শোইদনা মী ওইরমগনি থন্দুনা কীনা চংলক্লি। মথং মথং চংলকপনা বাসন্তীগী কাদা চংলক্লে। অহবু মহাক্তি মকমহুদা লৈরমখ্রে—কদাইদা চংখ্রবগে হাইহুনা কনা থিরে। অহু ফাওবদা উবা ফংখ্রে। বাসন্তীদি মপান্দা লোম্না তৌরিবা পুম্নমক অহু য়েংলি। মীশক থংলহুনা চংলকই। বিজয়হু মী ওইরবোই নিংহুনা ক্বিথম শেম্মী। মহাক্কী মতৌহুদা বাসন্তী নোকমি নোকমি তৌহুনা তয়াম্না কৌরকই 'হুংশিবা!'

অমনা অমগী ইক্লিং থংনরহুনা অনিমক মপান থোরক্লে। কাল অশাংবা অমদা কমহুনা বাসন্তী বিজয়গী মথবাক্তা ওাথরি। বিজয়গী মথাহুংদা ওনশন্দুনা মমায় থর হাইগংলপ্না হাইরকই 'হুংশিবা!' বিজয় লুকথহুনা পাক্ৰবা হুয়াগী লাইবক অহুদা অমুক্তং চুপ্লিরি। বাসন্তী মহাক্কী থোংলবা মথুংচাশিংহুনা বিজয়গী মাইথোং অহুদা নাম্লহুনা মোমোন নোক্লপা মিনোক্না লোইনবা অমুকম হাইরকই 'হুংশিবা ঐহাকপু থাদোক্লপিগনুকো'।

পাথংহন মহাক্কী থাঙ্যাংহ তারগা থুম্নকই 'ঐহাক্না নহাকপু মুংশিনবদি থাদনা লোইবা নত্তে, অদুবু ঐহাকপু অভাওবা জ্ঞান য়াওদবা অমা হাইবহ ওইরোইজনে—লাইরবা ইশুং লাংগীদমক পন্থৌগী চৈরাক অকনবহ প্যাথং মিৎনা য়েংবা ওমজরোই। থাসন্তী শোম্বগা খোমাংনা মথা তারকই 'মহুগীদমক্তা থোইদোকপা থনবিরগনু। মহুগীদমক ঐনা হন্না হন্না হাইজগে। ইবুংঙো নহাক্না তাকপিয়ু হুমিত্তা নহাক্কী তুংইনবা ওমজগনি'

# ১৪শুবা মতাং

নোংমুয়াগী অশংবা ফিজোন য়োম্লুবদগী অইংবা খা চংলমদ্রাই ওইবা য়তুনি—থানা মেয়ানি। ইহৌ কনবা নোংজু থাগী অনৈবা ঈশিং লোইখিহনা অরেম্বা মওং থংলবদা মুনা লংলবা লাইরনা নৈতেংবা পাং পুঝিনচিঙ্বদু থখাল থরো থারিক-থানচিংবা লাইরথকী নৈরাংশিংনা তনৌ তনৌনা শাথনি। অমুক্কী লংলবা অতিয়াদা নোংপোক থংবা মাইকৈদগী কোকৈরো খরংবা মঙাল পিথরকপদা লাইজথকী ইয়াইদ্বা য়িরুবা মশিং নাইদবা ইরিকশিংনা শেম্বা মনিল অহনা ওরাং য়োমুগী থয়াজ কয়ানা য়েকরদা হুংশিরমা নৈনম থাদেহনা য়রাও মোমোন তোহনা অমুক অহদা লাকপা থোইমু কয়াবু ওত্রি, নৈরাংশিংগী

মনাক্তা হোৌবী থয়া খেজোংশিংছুগী মরক্তা লুরবা লাইজনা ভুংছনা লৈবছু ইংলবা মলয়ানা হুবদা খাংবা ওমত্রছনা পাংকী ইয়াইদা তাখি। ইয়াইদগী কারকপা ইনিলশিংছুগী মরক্তা থরনা খেজোং-শিংছুদা মরিক মচা মচা পক্লনা লৈরি। অছুগুবা ফজরবা পাং অছুদা পাখং অমগা মুরা অমগা হি মচা অমা ভোংলছনা অমুক্তী ইংলবা ইরিকশিংছুগা লোইনরবা লৈনমছুগী মরক্তা লাক্রি। মুরা অছনা পাখংগী মাংথংবা হকচাংদা ওাংখরি। অতুগা মরক মরক্তা মনাক নকপা লৈরাং থম্বাল অমা অনিসু হেক্রি। পাখংছনসু লৈরাং য়াম্না শাংপা মকমদা পুশনজি।

তশেংনা মুংশিবা হাইবছু লৈবনরা নত্রগা লৈরাং থম্বালগী শককমগা মাইে হায়নবু থনত্রা মুজাছু লৈরাং অমা কেকে ভোবদা মথুং অছু নিক্লছনা হেকপা ওমদনা হনজনলক্লে। মছু উবনা পাখংছনা য়ানা হোল্লগা লৈদি হেক্তনা করিগীদমক চিক্তা ভোইনা লৈরিবনো হাইনা হংলকই। মুরাছনা অমুক মুজা ওইবী মপোক্তি পাখং ওইবগুম খম্মোই কন্দে হাইরকই। মছু তারগা পাখংছনা মপুক্লিং থয়া মুংশিনা অমুক মরৈ হোৌরক্লে হাইরকই। পাখংছুগী মপুক্লিং মুংশিখিবছু উরছনা মুরাছনা মহাক্তী মপুক্লিংগী য়াছু কোংলোরকই।

পাখংছনা লংনবা ওইনা হাইরকই "লৈরাং অছু কয়া কন্দুনা হেকপা ওমত্রিবনো?" মুরাছনা নোকফেং ভৌরছনা মশাবী মাগী পাওখুম পিরকই 'লৈরাংনা শোমবা নত্তেরে, শোম্নবী লৈরাং ওইবী মশোইগা মুজা ওইবী ঐবোইগা কম্নি খেংনবা লৈতে। পুন্সি

ঘসন্ত অমুক্তা থোংনা নোনা লৈরাং লৈশাং তমজ্জরকপ পাঙ্গন শোনবী লৈরাংশিংনা হরাও মথোই কাহুনা তাইবং মীনোক য়েংদনা, মীওই লমচং অমদি কল্পক য়েংখিবগী রাখল তোরুদনা খোইরুম মোমোন নোক্কুনা কৌশনলুবা মীচুংশি য়াওদবা খোইমুশিংহু অনৌবা 'অপংবী লৈরাং উরগা অমুক পাইখিবদা অরোইবা পিরাংগা লোইননা তাইবং মহাবিদাই লৌবহু য়েংবদা হুজ্জা ওইবী ঐহাক্কী রাখল ইয়াইদা অয়াবা কয়া ফাওরকই। অয়াবগী মহৈহু ঐহাকসু নোংমা নত্রগা নোংমদি ফংলবা য়াই খন্দুনা লৈরাং মহাকপু হেকপা ওমজ্জদবনি'

মহু তারগা পাথংনা অমুক হায়রকই 'ইবেম্মা! লৈরাং ওইবী নহাক্কনা চুংশি শমাই লৈখিহুনা শুন তরংদা অয়াবহু ফংবা য়াই তোইগুম্বসুং ময়া সংসারগী খোইমু অমনি হায়না খনবিরিবা ঐহাকতি লৈরাংহুগী অরোইবা মতমহু য়োরবা ফাওবা অনৌবা অশা অমা পোকনি হাইবগী অশা লৈজদে। লৈরাংগী অকেনবা মনাশিংহুনা ইয়াইদা তাওথখিহুনা চাইনা চংখিবহু য়েংহুনা তাইবং রাখল লোইবা ফাওবা নিংগমহোদবগী পিরাংশিন্থহুনা লেনজগনি। লৈরাং লৈনাহুনা ইথক অতুগী মথক্তা লেংবগী পাঙ্গন অহু পিরাংনা অমুক ইচেন কনথংহনগনি'

পাথংহুগী মহাকপু চুংশিবগী রাহৈশিংহু তারগা মথাইহু থর অমুক চুংঙাইজহুনা অমুক মোমোন তোনা হাইরকই 'নহাক্না অহু য়োনা নিংদে হাইহুনা ঐহাক্না ওইনজবা নত্তে, অহুগা ঐহাকপু অরোইবা মতম ফাওবদা থাদোকপিগনি হাইবন্থু থাজদে। অহুয়দি

ওইরগা ইশাগীনা লাইরবা মীয়া পায়রবা মীওইবগী কন্নবা নোংলৈ অহুনা লৈনাদা শাক্ন কয়া হুন্নবদা থাংগদবহুগীনি খোইমু মহাক্না থাদোকনি হাইবা খল্লুদে—নোংদম্বা মহাক অহুবুনি। লৈয়াং ওইবী পঙ্গল শোনবী য়াখন থেনবী মুজা ঐহাক্না কিজবদি পাথংহনা অমুক খেমজনবা ওইনা হাইরকই 'অহুগীদি ইবেম্মা! তাইবং পানববু শেগ্নীবা ঈশ্বর হাইবা অমসু লৈরিদো। মীওইবগী অচুম অয়ান মৎতো অক কত্ত হাইবহু অহুম মশিনলকপনি। মহাক্নী থুৎশেম অহুবু ঐখোইনা য়েংশনলুবদি মহুনা ঐখোইদা পাপ হাইবহু চংগনি। অমরোমদা অহুগুম্বা মপুগী ওইখোকপা য়াবা অকিবা থুৎশেমহুবু নিংশিংহনা তাইবং অশা মাংহনবদি মপুগী লিলা কম্পাক অসে মপুং ফারোই। অহুগী মহুত্তা ইবানিগী পুজিদা অহুগা মরুপ মপাং কনাগীদমু অয়া অনা খোক্তনবা ঈশ্বর মহাক্নী মকমদা হয়া হয়া প্রার্থনা তৌজসি'

মতাংহুদা কমাগুম্বা অমা লাকপা উরহুনা মুজাহুনা হাইরকই 'তাদা বিজয় লাক্লে।- চৎনবা তৌবিরো কংকানলোমদা হোনজনবিয়ো।'

মখোইনা কংকানলোমদা, হোজনবদা লাক্লিবহুনা হাইরকই 'ইবেম্মা লৈহৌরো মরুপকা থবক অমা চৎপা তারে; অহুগা কনাগুম্বনা উরবদি নখোইগী কত্তবা খোকপসু য়াই।'

মরুপ অনিহু মুয়া অহুদগী বিদায় লৌহুনা চংখ্রে। পাথং অনি অহুগী চৎথিবা উরগা মিংলুদা জুংতাইবা অমদি হয়াকবগী মরক্তা কাইরবগী পিয়াং শিন্দ্রকই।

## ১৫ শুবা মতাং

রাজকুমারহু মহাক্কী নিংবা থুংনবগীদমক অহিং নুংখিৎ থাইদনা লোম্না মী থোমখি। থুংলাই মশিং শুনা পৈশিনবা লাকরিং মহাক্কী লাম্মী মশিং হেনগৎহন্নবা হোৎনবদা নত্তনা লাম্মীশিংগী মপাঙ্গল অমদি থুংশা হৈনবনচিংবসু হোৎনরি। মহাক্না কমা হোৎন-রবা মতুংদা কোম্লুং মন্নুংগী লাম্মীশিংগী মপাঙ্গল অমদি মথোইনা লাম্না কদাই য়ৌনা হৈ শিংবা হাইবহু অমুক-য়েংনিংখি। অতুনা নোংমা দরবার লোইশিনবদা অঙম অথোৌশিংনা হন্নবদা নিংথৌগী কাদা চংহুনা মহাক্কী অনিংবহু উৎলুরে। নিংথৌহুসু ইচম চম্না মহাক্না নিংলিবহু কৈদৌবগে হাইহুনা য়াবিরক্রে। মপা অচানা মহুগী অকবা হুমিৎ অমসু লেপ্লে। অতুগা নিংথৌহুনা অমুক 'থাইদগী কনথোৌবা নিপাহু লৈবাক অসিগী অনৌবা সেনাপতি হাপকনি' হাইরকই

কোম্লুং মন্নুংদা অকন অথোৌগী কুম্মৈ ভৌগনি, মসিদা য়াওনিংবা পুন্নমক য়াওবা য়াগমি হাইহুনা রাজকুমারগী য়াথং মতুং ইন্না লৈবাক শিনবা থুংনা পাও শন্দোকখ্রে। পাও অহু তাবদা মীওই থুদিংমক মাপী মাপী লৈজবা মপাঙ্গল ফুদোকখিংখি। অহুবু সেলুংবগী মনাই চন্দ্রসিংগী মতৌ উগদবহুদা নাই চাম্না চাম্না হন্নখি। চন্দ্রসিংগী নাপল অহুদনা সেলুংবা অহুনা মথোই হাপ্পি। মহাক অসি সেলুংবনা লুনা চাম্না ভৌবদা নত্তনা নিংথৌনসু মহাক্কী নাপলগীদমক লুনা ভৌজৈ—লৈবাক অশুবদা

মহাকপু সুংশিবদি মখোই অনিনা লোইরে। চহি খুদিংগী অকন অথৌশী কুম্মৈদা মহাক্কী মথক থোংবা কনা থোরকত্রি, অদুবু মহাক্কী নাপল অতুপ্পীদমক মহাক্কী মপু অনিহু নত্তনা কনা অমত্তনা থাগৎপিদে। মহাকপু উবদা ময়াম্না কী তুক্কচবগুম তিম শিংলি—মহাকপু মতম পুম্বদা শিংতুনত্ত লৈ।

কুম্মৈ সুমিংনি, লৈবাক্কী অকন অথৌশুনা তিল্লরে। সেল্লুংরোম্বগীসু শুম্না তিল্লরে—বাসন্তী মতারোই সু'নভাগা লোইননা ময়ামগী মাংদা ঙানথোইররে। হেম্রবা লৈতনা কজরবা, পাক্লবা সমুদ্রগী ইয়াইদা লক্ষ্মী সরস্বতী অনিনা থগ্নাংননা লেপ্পগুম্বী শকক্তম অনিনি, অউবা মীপুম খুদিংনা 'হংস' হাইদবা য়াওদে। মখোইগী মরক্তা নিংথৌগী মচা ইবেম্মা দময়ন্তীসু লাক্কুনা কল্লরে। মখোই অহুম কুম্মৈ হৌত্রিবৈদা য়ারি মচা মচা শারি।

অসোমদনা মনম্নালা, থাংহৈবা, তাতৈবনচিংবা পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ পাংথোক্লবা শেম শাবা হৌখ্রে। ময়াম্না শেম শাবা লোইরবদা মথং-মথং কুম্মৈ অসুম চথরক্রি। থাং তাগী কুম্মৈদা চন্দ্রসিংগী মথক থোংবা কনা অমত্তা য়াওক্রে। মহাক ময়ামগী মাংদা পোংবা হৌরক্লে। মী কৈথোকপা হৌরক্লে। মাগী হৌনবী মী থোরকত্রবদা অকোইবদা লৈরিবশিং অতুগী মরক্তা চংহনা থাং তম্বীগে হাইহুনা চিংথোকপা লাক্লরি। য়াত্রবদা 'বুদ্ধ' হাইহুনা থীনা চৈরম্রি। অতুদগী সেলুংবগী মমোমপোমদা ওনশন্দুনা কনা লৈরিবগে হাইনা কোইরাও লাওবা হৌরক্লে। বাসন্তীদা নত্তনা মনাক্তা কম্লিবা মতারোইশিংসু

খোইদৌ শাওগৎপা হোরে। মখোই মশেন ওনশনমছুনা 'মসিদা শিরবদি কনিদা' হাইছুনা রাম্নি য়াকোক হৌদোক্লগা মথা অছুম চথরে। চন্দ্রসিং মখোইগী মতৌ উবদা ইকাইবগা নত্তে-অমুকা হেন্না লাওবা হেনগৎলক্লে। মথন্তুদু থজরি-'সেনুংবগী মমোম অসবু ঐহাক্তৌ নত্তনা কনাগী ওইগনি' অমরোমদা নিংথৌগা সেনুংবগসু মহাক নত্তনা কনা লৈরোইদা হাইনা রাম্নি শান্নি।

রাজকুমারছুদি খোইদৌ শাওগৎপনা লোইরে। হৌগৎলগা মীয়ামলোমদা ওনশন্দুনা 'ঙসি চন্দ্রসিং অসিবু মাইথিবা পিবা ঙম্বা য়াওজরব্রা ? হাইছুনা লাওরগা কোয়েং য়েংলি। অনিরক অহম্লক লাওম্লকা কাওবদা কনামত্তা খোরকত্রে। মহাক নিংকা কাইরছুনা কমকমদা হঞ্জন্দুনা মরাই লুকথনা কম্লি। মতু উবদা সেনুংবদো হৌগৎতুনা হাইরকই 'মচা ইবুংঙো! খোইদোকপা মনাই ঐগী ইনাইসিগী মথক খোংবা কনা লৈরোইদোবোইনা' চন্দ্রসিংগী মাপম অমদি রাজকুমারছুগী মুংঙাইতবতু মীয়ম্বা লোৎতুনা লৈরিবা বিজয় অমসুং বিরাচন্দ্র খোবক্তুনা কুম্মৈতু য়াওনবা থংনলুরে। রাজকু-মারছুগী য়াথং মতুংইন্না বিজয় চন্দ্রসিংগা লাম্বা ওইরে। সেনুংকছু বিজয় উবদা মমাই মকশনরে। মশাতু অশাওবনা পুমকুপ কুপরে। অছুবু কোংদোকপা য়াত্রছুনা অছুম তুমিন্না য়ৈশন্দুনা লৈরে। কুম্মৈকা য়েংখিত্রে মহাকপু কয়াম্বা পাম্বৈনা মাংহনবা ওমগদগে হাইনা খন্দুনা লৈরে। মীয়ামছুদি অনৌবা অমা লোয়রক্লে হাইছুনা অনৌবতু লোম্না মঙল পিরি। ওসামথৈ চন্দ্রসিং বিজয়বু থাজবদি

নকশময়বদা নাপলগা পোইননা হাইরকই 'নহাক' মহাকী মতৌহ্ উরগা বিজয়না উশিন্তনা 'ওসিদি হুপা মচা থৌদাং য়েংনসি ইমায়বা মশেন্নি চেম্নগুমসি' হাইরকই। চন্দ্রসিংনা অমুক খুম্নকই 'পাংদবা নহাক করিগী নহান ইমাংদগী চেন্নি'

'হান্না নাপন কাগম্ন মতুগী মতৈ নহাক থংত্রি নাপন কারবা য়াত্তোম্না কয়াদা কাকী অয়াবা কংথিবা, মীওইবগী মাইথোংনা ফজবা মহেন্নে হাইনা নাপন তৌবদগী মাইহিং অমদি উরিংনা মাংহল্লি মহ নিংশিংহনা নশাগী নাপন্দু য়ৈথংচৌ '

ঐহাক্না কাবা নাপন অসে অচম্বা নহাকুম্বা অমনা কাবা য়াবা নত্তে। ঐহাক অসিময়াম পুম্নমক্কগী হেন্দুনা কারিবনি। অহুগা নহাক্না সেলুংবগী মথোম বাসন্তিগী অশা তৌরিবহ্ ওসিদগী খাদোকউ'

'এ! নং মহুগীদমক শাওবনা নপুম থিত্তুনা শিজবা তারে। শাওগম্ন মহাক্তি ঐহাক্না য়াশরুবা কুইরে। নত্তোপ্পা শুকয়া য়াদবনি। হৌজিকসু মশানবু য়ারবদি হেক্তা লৌজখো অহ্ নম্নবদি নহাকীনি হাইহনা উরোং খিনবা নত্তে। কায়দে য়ায়াম ওাংবনা অকনবা শকন্থ মসিদা মহ য়ারোই ''

'হাইবিগে তাজহো, নহাক্না ঐহাক্না লাম্বা পাবদি নমাই খুহনত্তা তোক্তনি'

'অহুগী নথৌ লৈত্তে নহাক্না পাগনি হাইহনা থোক্লকপা ঐহাক্নি, নহাক হৌজিক হুমিংকী মমাংদা উম্না তাবা দথাহ্ কংলগনি'

বিজয়গী য়াওাংদু তাবদা চন্দ্রসিং উশিত্তবগী নাপনগা লোইননা লাম্পারয়ে। বিজয় য়াম্না ইংনা মহাক্কী নাপন অদুবু মাংহনবা হোৎনরি। অমনা অমবু লাকচবা ওয়ত্রি। মীয়ামদু মথোই অনিগী থাংগী লালদুদা মিৎ কুপত্রি। বিজয়বু ওমহন্নিংবনা ময়ামগী মরক্তুগী থরদি মহাক্কী মতৌ তম্বদা মণ্ডক মরু পৈনরে। অমরোমদা চন্দ্রসিংনা লাকচবা মতাংদা নিংথৌ অমদি সেন্দুংবা মোমোন তৌদুনা থাগৎলি। ময়ামদুগী মরক্তা সেন্দুংবগী মমোম-লোই বাসন্তি অমদি মতারোইত্ত ছুমিম্না লৈবা নত্তে। ময়ামদুগী মরক্কুগী কাহেম্না বাসন্তি মশা অপুম্বা হমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। মমিৎ অচুনা কুপ্পা লৈতনা লাল অদুদা মিতারি। মমাংতৈগী মতমদা রাম রাবনগী লালদা হনুমাম্না রাবন্দু ওাইরে। বিজয়না লাকচবা মতাংদা মণ্ডক মরু য়াওনা ইরে। অসুম্না মহাক্কী কুমৈদু য়েংবদা অণ্ডকপা অমা ওইরে। মুম্না য়েংলম্বদগী থংইন ইরে. মতাংদুদা বিজয়না চন্দ্রসিংগী মথুত্তগী থাং থক্তোকপিরে। মহাক্কী মাইথেংদু অয়াবগী হমাং মরক্তা হুংওাইবগী মালং অমা য়েররে। মাইকৈ অকোইবদম্ভ নিংথৌ মপু মনাই নত্তনা হুংওাইবা কোং-দোক্লরক্নি। থাংদু অমুক থুনহনলবদা চন্দ্রসিং হন্দক্তি থংগনি হাইবগী মতাগুম অমুক ইনৌ নোমা লাল হোয়রক্নি! অদুবু হন্দকন্ন হায়গুম্না মথুত্তগী থাংদু থক্তোকয়ে। বিজয়না থাংদু মথবাক্তা থম্লগা হাইরকই 'কদাই নহাক্কী নাপলদু পুথোরকউ থাংনা করে'। মদু উবদা রাজকুমারদু কমকমদগী কুমথরক্লা থামলরে। চন্দ্রসিং মমাইদু ইচপমুক ওাংনা থোকথে। রাজকুমারনা

বিজয়বু নিংথৌদা লৈবাকী লুচিংবা অমা ওইবদা মত্তিক চারে হাইখি। নিংথৌনসু য়ারে। মতু তেক উবদা সেলুংব শাওনা হৌগৎলতুনা হাইরকই 'মহাক লৈবাকী য়েন্নবনি' মতু তাবদা রাজকুমারনা শাওনা হাইরকই 'করম্না?' সেলুংবা—'মরম লৈ' নিংথৌনা হংলকই 'করি মরম?

'মহাক অসি জঙ্গলগী ডাকু অমনি'

রাজকুমারনা য়েংলকই 'নত্তে মহাক লৈবাকী প্রজানি'

রাজকুমারনা কম্না য়েংলবা অতুদা সেলুংবা মহাকী কশেংবা হাইদোকপা য়াদবনা তুমিন্না য়ৈশন্দুনা মচিন খিবা তাদ্রে।

---

# ১৬ শুবা মতাং

পাক চাওরবা সম্রাজ্যনি, মাইকৈ খুদিংগী লৈবাক খুদিংগী ১শুং চিংগী লৈবাক কয়াদগী লোইপোৎ কারকই। অতুবু নিংথৌ মাগী অমদি অঙম্বশিংগী কত্তবা থবক লমচৎ কয়াদগী মাইকৈ খুদিংদা পেন্নদবা তুংঙাইতকা পোক্লরক্রে। লৈবাক খুদিংমক মহাকী রেক্সবা ওইতুনা মনিং তম্বা লৈবাক অমমম ওইরবা অোন্না শেন্ন শাবা হৌরক্রে।

খোইদোক্না চাওদবা হাও লৈবাক অমগী নিংথৌনা অহানবদা মনিং তম্বা ওন্নবা হোৎনরক্রে। অতুবু লাম্মীদি খরদনি, লোকনীতি মশিং নাইদে—দৌশিং নত্তনা অত্তোন্না পাম্বে লৈত্তে।

মহাক্লা মনাই ১বু খাহ্না নিংথৌবু ঙুম্বিং খরদং মহাক্কী অতিথি ওইবিনবা হাইহনলুরে। নাপল চাওরবা নিংথৌ অহুম্ মহুদা হরাওন য়াথোকখ্রে। হাও নিংথৌ অহুদি মহু তাবদা হরাওনা মাগী পাংথোক্কদবা পুন্নমক শিনবা লোইখ্রে।

অকবা ঙুম্বিং অমদা নিংথৌ অহু খাজবা মনাই খরগা হাংওথুন অহুদা হরাও মথোই কাক্লনবা থৌরাং লোইখ্রে— কোহ্নংগী থখক অয়াম্বদি রাজকুমার অমম্বুং লেমহৌবা অঙম্বা খরনা পুহৌরে।

চীং লম্বী অমা লাম্থোরক্লুনা তম্পাক ওংবা মকম অমদা নিংথৌ অমম্বুং মাগা লোইনবা অঙম অথৌনচি বহু হাওরৈবাক তম্না চৎলি। তম্পাক অহুগী মকম খরদা নত্তনা মকম অতৈদি জঙ্গলগী শরুক ওইনা লৌই। লম্বী লমশাং চৎপগী অরাবা শরুক থুংলবা মীপুম ঙাক্কনি। অহুবু তাইবং ময়ানা কুপ্পবা লমাক্তগী অপাম ঙুংশি কাওরবা, অহুগুম্বগী শক্তি লৈরবা, কজবা নিংথিবা হাইবা পোৎশিংহুগী মফুংদা ঙসি বসন্ত রানীনা মহৌশা লাইরেম্বীবু অনৌবা ফিজোল পুথোক্লুনা অমনবা ফিজোন থাদাকহনবা মতমদা জঙ্গল অসিস্থু শরুক লৌহুনা মীপুম কয়া কয়াগী মিৎয়েং চি শিন্নবা লাক্লরি। মকমসিদা চৎলিবা মীপুম খুদিংমক চোকথরবা ঙাক্কা ওইরবস্থু কজবশিং অহু য়েংদনা থর পেলবা পোক্লুনা বশা অহু খর তেকথৎহনবগুম- লৌই। মীফুংশি খংদবা মী খরগী মকমদদি কজবা হাইবসি অপেনবা অমা হাইবহু ওইবা ঙমদবনা অশেংবা ওইরবদি নিংথৌ অমম্বুং

মহাকপু কিবা য়াওরে। করিগুম্বদা জঙ্গলগী শা ওইরমগংদ্রা হাইনসু খম্নবা য়াওরি। অদুগা নাপন কাবদা হৈনজ্ররবা চন্দ্রসিং ময়ামগী মমাংদা খোরক্তুনা নিংথৌগী য়াথং লৌরগা ময়াম্না কিরিবত্তগী মনাক্তা চংগ্রে।

মহাক অদুবু কোইরে লৈদুনা য়েংবা হৌগ্রে। মহাক্কী মথৌদু কনামত্তনা থামজ্রে। ময়ামদুগী মরক্তগী খরনা খল্লি 'মসিনা উশিত্তবসি ওম্মোক্লা উশিন্তেদা, কনসু হৈকাহৈবা য়াওরবনিকো চন্দ্রসিংগী মতৌ উরগা অঙকপা ফিবমদুনা মশাদা নকশনহল্লিং-দবগী মথৌগুম ওইনা খংলাও লাওরকই। চন্দ্রসিং মহুগী খৌশাদে, নাকল্দগী থাংশাং শংদুনা হেম্না নক্লা চ শন্দুনা কদম তৌরুরে। অমদুনা শাওনা থাংদুবু খত্তোক্লগা কিম্না শাকু কম্না খিল্লকখি। চন্দ্রসিং থাংবা হুমত্রদুনা মথুত্তগী খুংলাই থাদোক্লগা লৈমাইথক্তা হাইথক্লরদগী অমুক হৌগৎচরকপা মতাংদদ নিপাদুনা অমুক মখুৎ অনি চংদুনা মখৌরি মেৎপা হৌরক্লে। মদু উরদা নিংথৌদু পাথৎপগা লোইননা লাম্মী খম্না থাজন্দুনা অচানবা মনাইত্তবু কম্নবা হোৎ-নরক্লে। চংশনক্লিবা ময়ামদু উরগা নিপাদুনা চন্দ্রসিংবু থাদো-ক্লমদুনা ময়ামদুগা লাম্না পাবা হৌরকই। নিংথৌ মনাই'শংদু মথুত্তা মত্তিক চাবা খুংলাই পাইরে। মখুৎ মথুত্তা পাইল্লিবা থাং অদুনা নিপা অদু তম্না থিংজনলি। অদুবু ময়াম মরক্তগী লাম্নো-কপা তম্নবা শরিং শরাং য়াম্না হৈরম্লে। অমুক্তং ওইনা থৈদোক্লগা অমথক্তগী খুংলৈ খুনা তা, অমা মুন্নগা ময়ামদুগা অঙকপা কাংলমা লাম্না পাবা হৌরক্লে। চন্দ্রসিং ময়ামগী লুংচিংবা ওইরি। অদুবু

নিপাচুনা ময়ামগী খুংলাইচু পুন্নপ ওইনা য়ৈথংলগা থর মু, থরনা মথুত্তা পাইরিবা খুংলাই অচুনা তাম্নচুনা খিনব্বা হৌরক্লে। ময়ামচু তানা খিনংস্নু য়াওরে মপাক্কা য়ানবস্নু য়াওরে। ময়াম পুন্নমক ইহি-নাইহিং শারে। নাপন চারবা চওন্দ্রসিং মাগী মীশিং-চুগা লোইননা চেনবা হৌরক্লে! মচু য়েংবা ওমত্রচুনা নিংথৌচু অনৌবা মী কয়ামুক অমুক থাজনলক্লে। হন্দক্তি নিপা অচু ময়ামচুগা লাম্বা পাক্রে। উরি অমা হায়রা হান্নরচুনা উথক য়োঞ্রে। মহাক মাইকৈ মরি ওন্দুনা লাওবা হৌরক্লে। লাম্নী পুন্নমক উথক্তা মাবু কানবা কাখংপা হৌরক্লে। ওৈহাক্কং অচুনা উথক্তা অকনবা লাল অমা অমুক তৌরে। নিপা অচুনা উ অমদগী অমদা চোংলচুনা ময়ামচুবু থেংনরি। অস্নুমা উথকুগী লাল লেপত্রি। অচুবু মথারোমদা অমুক রা বা লাওনা কাইচুনা চেম্নরক্লে। মাইকৈ মরিদগী চাওর চাওরবা শামুগী তেক্লোম্না মীয়ামচু তাম্নবা হৌরক্লে। লোইনা কাইচুনা চেম্নরি মথক্তগী অচুনা নিপাচুনা ইস্বরক্লে। মথক্তগীচুদি অমক্তা হিংব্রে—লোইনা শিরে।

কাইচুনা চেম্নুরবদা ময়াম পুন্নমক অচু অমুক হন্না পুনশম্নরে। বিজয় হিরাচন্দ্র মথোই অনিদি ময়ামচুগী মতোচু সুংশিন্নচুনা ওলাই নৈলেখোক্তুনা নৈরুবনি, হৌজিক অমুক পুন্নরে। নিংথৌচুদি মাগী নিংবা কাইরচুনা হাওরৈবাক অচু য়োৎরুগী অশা নৈরে। কোন্নুংরোমদা হন্নবা থৌরাং তৌবদা লেপ্লে। অচুবু চুসিং-থোংজম্নরচুনা মকম চাবা য়েংচুনা লেকরুম চাকম অমুক লেক্লে।

অহিং ওইরক্লবদা কনা অমত্তা কিবনা চংথোকপা ঙমনদ্রে। সত্রিশিংতদি মমিং মনা ইথক থক্লা মাগী মাগী মথৌ পুরি। মনাক অতুরাইদা শোরোং শরাং লাওরকপদা নিপা অমদি মথুত্তা পাই-রম্বা তা অতু কিবনা মফমতু তম্না লংশনদ্রে। অতুবু করি থোইদোকপা অমত্তা তৌদ্রে—মাগী অতু লৌরুগদবসু কিরে। নিংথৌতুগী মনাক্তা চংতুনা অনৌবা থুংলাই লৌরুগদবসু কিরে। অহিং অতু থুংলাই য়াওদনা থক থক নিক্লা লেনবা তারে থনবদা লরাইদ শম চপ চপ মুংথংপা হৌরে। ঙসাইগী কিবমত উতুনতা লৈরে। মহাক্তসু নত্তে অয়াম্বনি। কনাগুম্বদি চন্দ্রসিংবু শাওরি। অতুবু ঙাংথোকপদি য়াদবনা মমিত্তনা 'মহাক্লা লংনরুদনা তৌরিবনি' হাইনা ইঙ্গিং তৌনরি। নিংথৌ কাওবা চন্দ্রসিংবু কয়া মুংঙাইত্রে চন্দ্রসিংদি শাওবা হম্বত্রি, পঙ্গল্দি থর হম্বদ্রে —নাপনতা ঙাইরে।

ময়ামগী মরক্তা সেলুংবা ইতোপ তোপ্পা ঙক্লি। মহাক্লা ময়ামতুগী মরক্তগী থাইদগী হেন্না মুপাতুবু কানিংই হাংনিংই। মকমতুদা মমাংঙৈদা থোকপ্রবা থৌদোক থন্না নিংশিংলকই। অতুগা নিপাতু উরগা অমুক্তা হেন্না চিংনবা পোকই। চহি থরগী মমাংদা নৌরবা অঙাং অনিনা কপথিবতু নিংশিংলক্লে। অনিতুগী মরক্তগী অমদি হান্না থংদ্রে। মসিনা অতোপ্পা অমত্ত ওইরমগনি হাইবা তশেংনা খংবা ঙমদে। মহাক মতু থনবগা লোইননা পোথাবা হায়বতু মশাদা পোকপা ঙম্লক্তরে। হোগংতুনা কোইচং চংপা হৌরক্লে। তুম্বা য়াত্রে মমাংদা অঙাংশিংনা কপ লাওবতু

হৌজিকমক থোক্লবোই নিংলে। মবৈদা জ্ঞান তাশনলকত্রবনা মথন্তু মুরুম মুরুম শোনবা হৌরক্লে। খনকম থোকত্রবনা 'কনানবু অঙাওবা অদু ফারুগবনো, মথন্তা ঙাওদনা মীরক তিল্লরোইদবনি মহাক অদুনা ঐগী ইথক্তা—। কৈ:দৌঙৈদসু ওইররোই'

ইরোই হেক লোইবদা নিংথৌগী মচা ইবেম্মা দময়ন্তীসু মহাক্কী মরমদা খনবদা শরুক থর হেল্লি। অদুবু ময়ামগা মহাকদি মান্নদ্রে; মহাক্কীদি থোজানগী ৱাখলনি, মীতুংশিগীনি – 'মহাক অদু কননো' হায়বা অ'সিনা মহাক্কী অমত্তা ওইবা ৱাখলনি। মহাক্কী শককমদু উরুবদা মহাক্কী থম্মোইদা মথোক কারকপগী অপাম তুংশিগী মমি অদু তাথ্রে। মহাক্কীদমক সংসার অসি থাদোক্কে হায়বা ৱখল অমসু ইথং খংহৌদনা পোক্লক্লে। অদুবু ম'সমসু খনখি 'মহাক তাইবং মী অমরা ?'

নোংঙাল্লে, মাইকৈ পুম্বা ইশেং শেংনা উরক্লে অদুবু হৌখিবা তুমিত্তা থোকখিবা থৌদোক্তু নিংশিংলুবদা কনা অমত্তা মপান থোকপা ঙম্নদ্রে। ময়াম্মা হৌগৎনদ্রিবৈগী মমাংদা নিংথৌগী মচা ইবেম্মা দময়ন্তী কনা অমদা তাক্লমদনা মপাং কনা য়াওদনা ছিপকমদগী থোরক্লে। অয়ুক্কী মলয়া নামিবা জঙ্গলগী হৈকোন লৈকোন কয়াগী হৈনম লৈনমগা লোইননা তুজা মপাও শন্দোক্লি। অয়ুক্তা পোমশাংনবী লৈরাং কয়ানা তুরা মাবু উবদা খংনবদা চিরোন তৌদুনা হাইহমলি। মখোই অদুসু তুরা মহাকুম মানা মানা পামজবা খোইমু কয় ঙাইরি হাইবগুম খোইরুম মোমোন

ফৌরি। নৈরাংগী মতৌ উবদা হুরা ইকাইখিবনরা নৈরাংনক্তা চংশনন্দুনা লৈনা পাইহুনা চিংলম্মী। অমুকস্থু নৈরাং চবুন অমা চুবাদা চিংশিনলি। নাকন অমদা ওম্বোক্লুবদা পোম্লিবী নৈরাং কয়াসু পোমশাংনবী নৈরাং কয়াগী রারি তানিংবগুম হুরা মাঙ কৈদা ওনশনলক্লি। পুম্নমক অদো মিংনা ইঙ্গিং পিরম্লগা হুরা অহু খোংলৈ থুনা জঙ্গলগী লম্বী অমদা প্রপ প্রপ চংলি। মাংদা শ'জ মচা, শঙাই কয়াসু মহাক্লুম নিংতম্লবনি হাইবগুম চোং কন্দুনা শ্যাম্নরি। খোইনিং লাবা অমোম অনিনা অপুংবা পামেন অংগী উশাদা তোংহুনা চিল্লোক্লরি। অমুক পুম্নমক অসে য়েংলম্লগা করি থম্লুবনো হুরাহু নৈহাক পন্দুনা রাখল মচা মচা খল্লি। করি রাখল ওইরিগবা লোনম চাওবা তাইবংনি খনব্রা? নিংথৌ মচা ওইনা পোকপগী সুংঙাইগদৌরি হাইনবুরা নত্রগা অতোনবশিং সুংশিবগীরা? পুম্নমক অসি নত্রগা হৌখিবা সুমিত্তা উখিবা মুঙ্ও অহুবী অশাগী পাম্বী হৌহুনা সুংশি উহৈ য়াম্লব্রা?

জঙ্গলগী ময়াই ওইরম্ল তোবা মক্ম অমদ লৈবা পাং অমগী মপান্দা কমহুনা নিংথৌগী মচা দময়ন্তী পাং অহুদা হৌরিবা থরো থম্বাল থারিকথানচিংবা পুম্নমক অমত্তা চিথদনা য়েংলি। পোমশাংনবী থম্বাল অমদা খোইমু অমা পাইরকলগা নৈহি চুপ্পা লাক্লরি। নৈহি চুপ্পা লোইরগা খোইমু অহুন মপুং কানা শাংলবা অম্মা অমুক তোংলুরে। হন্দক্তি খোইমুহু নৈহি চুপ্তুরে— শাওনা গুনা পাইখোরকলে। মহাক্কা হেক পাইখোকখিবদা থম্বাল অহু মখোক লোইরমাক্লে মনা অমা অনি ক্লিহখিহুনা

ইমাইদা তাগ্রে। মতু উহদা সুরা অতু করি অমুক থরুহনো মমাইত্ত লৈমাইথক্ত লৈথতুনা যোমোন নোক্লি। মহাকসু থোইমু ওইবশিংগী দশা কংগনি হাইনা থক্রা ?

সুরা অতুনা মমাই লৈথরিঙৈদা মতুংলোমদগী কনানো অমনা কাররে। সুজাতু থংবনা 'কনানো ?' হাইনা লাওরকই। অতুবু পাওখুম অমত্তা কংগ্রে। লৈথোকুনা ঃয়ংবদা হৌখিবা সুমিত্তা উখিবা মহাক অতুনি হায়বা থংলে। শককম অতু সমাজগীগা পুমথেং থেংনরে। মী অনি থেংনবগী সুংঙাইবা অওকপা—নত্তনা মশাদা নোকপা ইকাইবন চংবা করিমত্তা য়াওদে। থুদক অতুমক্তদা দময়ন্তী সুপা অতুগী মনঙন য়োগ্রে। থুংলৈ থুনা অয়াংবা উ অমদা কাথংগ্রে।

হৌজিক নিংথৌগী মচা ইবেম্মা দময়ন্তী করি থক্লি ? পামজবা মনাক য়ৌরে—হয়াওরব্রা ? মহাকপু পোকপা—পীলেম পম্বোবু থাইনতুনা সুক ওইনা পোকপগী মপোক হৌনশানি হাইবত্তু ইশেং শেংনা উৎকে হায়নবুরা ? অমরোমদা মীওইপোকী লমচং থাদোক্লবা ভঙ্গংদা লৈথ শা ঙাগী লমচং লৌরবা মহাক অতুবু পুক্তিগী লোইনবা ওইনিংবা পোক্লিব্রা ? মহাক পুম্নমক অসি লোইনা থর থর থনবগুমসু তৌই। অতুবু মহাকী অশেংবা অমত্তা ওইবা অঅশাদি—মহাক অতুবু মীওইবগী সমাজদা তিনহন্দুনা মহাকী মনাক্তা লৈবা কংজব্রা য়েংগে হায়বগীনি। শাবী শানৌ ওইবগী সুংশিবা হায়থা পোৎ অতু য়াওরবসু অতো-নবশিং—অপংবা জ্ঞান য়াওদ্রবশিংবু সুংশিবসু য়ওাব্লি। সুপী মচা

ওইনা পোক্লবস্থ নিংথা থুনাইদমক্তি —অগাবা কোঙ্গাই থাংগে, অনংবা শক্লক মায়োক য়াগে থল্লি। মহুনা, মহাকপু হুপাহুনা ফায়বদা থোইদোক্লা য়ানিংদবা য়াওদে, মহাক্লা পুবা মকমদা চৎক্লি।

অসোমদদি নিংথৌ, অওম্বা পুম্নমক লোইননা কোম্নুংলোমদা হম্নবা থৌরাং লোইরে। নিংথৌহু মযোমলোইবু উবা ফংজ্রদা কোইথি থিবা হৌরক্লে। মমৈথংদা মকম থুদিংদা 'মচাইবেম্মা মাংগ্রে' হাইহুনা কোইরাং লাংনরক্লে। মকম কৈদস্থ থিবা ফংজ্রে। নিংথৌ অহু তোকম থংদ্রে। মনাইশিং থাহুনা অনকপা অহু-রাইদা থিবস্থ কংবা কৌবা লৈথিদ্রে। মমৈথংদা মথোই ময়াম চংহুনা থিবা হাইনা লেপ্লরে। ময়ামহু কৌবনা কোইনা চথোকপা ওয়দে। কাংবু কাংবু ওইনা দময়ন্তীবু পীবা চংনরক্লে। অহুবু মকম কৈদস্থ থিবা ফংথিদ্রে, অহিংগী মতমস্থ ওইশনলক্লে। তোকম থংজ্রহুনা মুমিং অহুস্থ জঙ্গল অহুদা অহুম লেকপা তারে।

নিংথৌগী মচাইবেম্মা দময়ন্তী নিপা অহুনা পুথিবা মাইকৈদা অহুব চৎলে। অয়াংবা উথক্তা উরি য়ারিনা কোইশনবা মকম অমদা পুশন্দুনা থল্লে। মহাক্লা অমুক চৎথিহুনা চানবা উটৈহে রাটৈহে থর অমুক হেকউরে। মহাকী মতৌহু উরগা হুজ্ঞা অহুনা উটৈহে থর লৌরহুনা চাবা হৌরক্লে। চাবহু উরগা মহাক অহুস্থ হয়াওয়া উংলি। ময়ক ময়ক্তস্থ কোইটৈ লৈহুনা হুজা অহুবু মুয়া য়েংলি। চাবা লোইরবদা অমুক—পুরক্তুনা অশোংবা য়ারক অমদা পুশনলে—মকমহুদা চেনবা তুরেন মচা অমগী মপান্দা থমলে লৈহোক অমুক লৈরগা হুজাহুবু ঈশিং তয়া ইম্বথে। মরুপা

লোইননা মহাকসু চোংথরে। মী অনি শুবগী সুংঙাইবদু মহাক কংজরে। ভৈহাক লৈরগা সুজাতু কাওগৎক্লগা নিপাদুবু 'অসিদা লাও' হাইদুনা নোকমি নোকমিবা মিনোকা লোইননা কৌশনথি। মীওই লোল থংত্রবসু খুংকী ইঙ্গিৎ থংলদুনা সুজাতুগী মনাক্তা চংখে! সুজাতুনা খংলে—মহাক লোল থংত্রি, তম্বীরবদি হৈগনি। ভৈহাক রাখল তৌরগা হাইরকই 'নহাকী নমিং বিরেন কৌরনি, ঐহাক কৌরগে থুম্মু'। নিপাদুনা মঙক হাইরদুনা রানিংবা উৎলি 'নহ.কপু রা ঙাংবা তম্বীগে নহাক ঙাংবা তম্মুসে—ইমা!' হায়দুনা নোক্লা নোক্লা হাইরকই। .'ইমা' হাইবা রাহৈদু তাবদা নিপা অদুনা ইথং থংহৌদনা মরৈ ইকা ফানা হাইরকই 'ইমা!'

———

# ১৭ শুবা মতাং

নোংঙাল্লে, নিংথৌদু মচা থিবা কংত্রবদা রাখল জাং জাং থনবা হৌরক্লে। করিগুম্বা জঙ্গলগী ভমথিরবা শাহিং ঙাহিং চাব-শিংগী রাথা থাগ্রব্রা নত্রগা কনাগুম্বা অরোনবা মীশিংনা কাঞ্জব্রা? কবিগুম্বদা মচাদু উগনি হাইবগী অশা অমত্ত লৈথিজ্রে, অদুবু ভমথিরবা মীসুংশি মচেৎ অমা ফাওবা রাওত্রবা, পাঙ্গলতগী মপান্না পাক চাওরবা সত্রাজ্য অমা লিংথংলিব', মহাক্কুবগী পুকচেন চেনবা অমা নঙন্না কনা অমত্তনা থাগৎপিত্রবা নিংথৌদুসু মচা সুংশিবদি থংলিমাল্লে। মাংগ্রবা খোংজুল লিবা কংত্রবা মচা অদুবু হেক

ছন্দোকুনা চৎপা ওমত্রি। মহাক্কী অঙম অথৌশিংনা চৎনিংবগী মওং উৎলবস্ত্র মখোই অহুবু কাথহুনা জঙ্গল অহু শিনবা থুংনা থিনবা থোৗরাং তৌগ্রে। থাঙ্গৈশেংবা অমা থংলবদা চৎকদবনি হাইনা য়াথং পিগ্রে। মীশিং তু মাগী মাগী কাংলুপ থাইদোকুনা মাইকৈ থুদিংদা চৎনরি।

অশোংবা জঙ্গল মনুংদা কোইচৎ চৎলুরবা কাংবুশিংদে. মুমিৎ য়ুংথৎলকপা অহুদা চোকশরহুন' অমুক হন্না চৎপা ওয়ত্রে। চাক ঈশিং চা থক্লগ: অমুক থিরসি হায়না লেপ্লরে। অসুম তৌহুনা মচি মচি খুদিংদা ময়াম পুন্নমক পোথানরি।

অকুংরা জঙ্গলগী লম্বীনি, বিজয় মপাং কনা য়াওদনা নিংথৌগী মচাহু থিরি। মহাক্কা অসুম কোইচৎ চৎলুরবা মতুংদা সেলুংবগী কাংবু য়োৗশনলক্রে। সেলুংবগী কাংবুনি থংলহুনা মকমহুদগী অমুক হন্না অতোপ্পা মাইকৈ অমদা চৎখ্রি। মথং মথং অসুম চৎলম্বদগী মোংশোংনা ইকোই কোইশনবা লোক অমদা পোথাবা ওইনা ঈশিং থকে হায়হুনা কমথগ্রে। ঈশিং থক্লবা মতুংদা মকমহুদা ঙৈহাক কমহুনা পোথারি। কম্না কম্না মহৌশাগী কজবা য়েংহুনা অসুম লৈরিঙৈদা তুংলোমদগী কনাগুম্বগী খোনকম অম্না তারহুনা য়েংথোক্লরে। য়েংথোক্লবদা নিংজবা লৈকোম্পা অপাম্বা লৈরাং চারা অমা থাজবদা লৈরাং মশক অহু পামজহুনা ভাই-জবদা তমথিরবা মাহিক মরাং-শিংনা চিকথংথিহুনা য়াথলভনা পামজবদগী উরবা অহুগুম্বা থাজদবা য়াথলগী ইয়োংনুংদা পোন্নবী মহাক্কী অশা তৌরুবদা থম্মোইদা অয়াথা কোলাইক্না নম্নবী,

মহাকী মাইথোংতু উবদা অঙকপা ইরেন্দ্রা ঙাওহনবী ওইথোক্নি খম্নুঙবা সেলুংংগী মমোংলোংঙ বাসন্তি বসন্ত রানীগী মাইথোংদা পাখংগী মিৎমাংদা লেপ্তুনা লৈরম্লে ! মুরাগী শকখম অদু উবদা পাখং অদু অঙকপা শরুক চামা চামা থম্মোইদুংদা ফাওরক্লি মহাক্লা ঙকপগুম মুঙ্গা অদুদি হক্কে, অদুগা মহাক্লা মুংঙাইবগুম মুরাদুদি চাং হেন্না হরাওই—অদুবু মাইথোংদি মহাক তনিক তনিকই—মিৎলুদা ইন্না চেপ্লি। মমৈথংদা পাখংদুগী অঙকপা অদু মখি শাল্লক্লে—কপ্পদগী থৌগৎনা মোমোন নেকপা মাই-থোংনা মুরাদুবু ওক্লি। মুর অদুসু মশাবী মনাক্তা চংদুনা মুংশি চিরোক্লখ। পাখংদু তুমিন্না লৈরম্বদগী হাইরকই 'ইবেম্মা ! নহাক অসিবু করিগুম্বদ মুংশি মহাকপু উনিংবনা, পামু মনাক লৌনিংবনা অরাওবা অহোবা ত.ঙ্গা .য়ংদুনা পোম্পগী নাম্থোরকখী চেক্লা অমগুম ননিং ভৌনা পাইরক্লব্রা নত্রগা করিগুম্বদা লাইবক থিবা পাখংবু মীমাংদা ইকাইবা পিহিগে তৌবিরিব্রা ?' পাখংদুগী রাহৈশিংদু তাবদা মুঙ্গাদু মুঙাইরম্বা মাইথোং অদু অরাবগীনা মহৎ শিন্দুনা হাইরকই 'করি রানো ইবুংঙো' নিঙোলবু করিগীদমক অদুক তোইনা ওৎপিরিবনো ? মুঙ্গা ওইবী ঐহাকসে পাখং নহাকী মুংশিবদু মল্লেং ঙাহন্দুনা থাদোক্লবগী মন্না তৌবিরিব্রা ? মদু কাও-বদা ঐহাকী থম্মোইদ হনবা লৈয়রোই। নহাক্লা থাজবিত্রগা চিংনবা অদু কোক্লবা নখুক্ত। পাইখ্রিবা থুংলাইদুনা লাইবক থিবী ঐহাকী ইমিং অসি মুথৎপিরো' পাখংদুনা অমুক হাইরকই 'শাওগত্র ইবেম্মা ! ঐহাক অসে চহি খন্না খা খরাগী অমাংদা

ইচম চম্বা তাইবং সনাজগী থৌরম কয়া থৌওইরমদব অমা ওইরম্মী, হৌজিক্তি মতু নত্তে। য়েন্নবনা মিৎকুপ খুদিংগী হেনগৎ- লকই—পুংজা খুদিংগী য়েন্নবনা ভুং ইন্নি। মতু ঐহাক্কী পুজিনি ইথন্তগীনি। ইথন্তগী অহূগী মথক্ত নহাক্কীসু অমুক য়াওরক্লবদি পাথং পুজি অসে থর রাবা হেনগৎকদরা হাইবা অমা লৈ'

পাথংহূনা মাবু ওইনহূনা লৈরিবা সুজাহূবু মথুং পাইহূনা চিংশিনবিরগা সুংশিনা কোনশিনখিরি। অমুকসু লৈথহূনা পাক্লবা লাইবক অহূনা হয়া হয়া চুপ্লিরি। সুজাহূ সুংশাগী মণ্ডাপ্লা পথবী খুক্লংগুম লৈথখিহূনা পাথংগী তম্পাক্তা হিপথপ্রি। মাইথোং অহূনা পাথং অহূনা মিতারি। সুজাহূগী মাইথোংহূদা পাথংহূসু মিতারি। চোইনা তারিবা শন্নাংশিংহ খোংমগৎপিহূনা অমকপা লৈত্রবা মাইথোং অহূদা তত্তনা নানবিরি। সুজাহূনা পাথংগী মথুং অহ্ কাহূনা মথাসুংদা কোনশিনজখি। তাঙা অহূদা মথোইগী মনামক্তদা মাংশ্রবী নিংথৌগী মচা ইবেম্মা দময়ন্তী জঙ্গলদা লৈবা পাথংহূগা মকমহূদা লাক্লে। দময়ন্তী পাথংহূগী নুংশী চোংথরক্লুনা রাংলবা পাথংহূবু চিংথহূনা হয়া হয় সুংশিনা চুপলি। মথোইনিগী মতোইত উবদা বিজয় বাসন্তী ইওক ওক্লা নোক্তুনা য়েংলি। মথোই অনি উহল্লনা মরুম অমদা লৈশল্লুনা লৈরে। অশোমদা পাথংহূনা দময়ন্তীবু কোনশনলুরে। সুজাহূনা পাথংহূবু ময়ানা চিকথৎপন্নগা চেনুরে। পাথংহূ মাবু অমুক তায়রে। দময়ন্তী পাথংহূগী মথুং কায়গা হায়রকই 'বিয়েন নহাক ঐহাকপু সুংশিন্না ?

মতাংছু পাথংছু মরোন থর থোরে, হুংশি হায়ত্থনা পাওথুরকই। মহু তাবদা হুজাছু নিংবা থর থুংলে থল্লহনা পাথংছু চিংহনা পুরে।

বিজয় বাসন্তী ঙাওরবা মখোই অনিগী মতৌ [illegible] হুংশিবা পোক্লহনা নিংথৌগী মকমদা তাথোক্লহুসি হায়বা লেপ্লরে। মখোই অনিস্তু চৎলসি হাইনরে। অছুবু মখোইনা হেক হৌগৎল-পদা মতুংলোমদগী থুৎলাই পাইবা লাম্মী কয়া অমা চোংথোক-ল্লক্‌না কোইশনখ্রে। বাসন্তী মপাছু ইথক থকৎখ্রে। ময়ামছুনা বিজয়বু কাগে হাইদুনা চংশনখ্রে। বাসন্তী মশাদীবু কোন্দুনা ময়ামছুদগী ঙাকথোক্লে হাইহনা হোৎনরি। বিজয় মহাক্কী য়াওরিবা থাং অছু শক্তুনা ময়ামছুগা লম্বা পাবা হৌরক্লে। অসোমদা লাল শোক্লরি। সেলুবা চংশনলক্‌ন বাসন্তীবু লাক্কুনা চিংথোক-খ্রি। ময়ান্না লাংবছু বিরেন দময়ন্তীস্তু তারে। দময়ন্তী মরুম অমদা লোত্তুনা লৈহৌরে। বিরেনস্তু মরুম অমদা চংশল্লুনা ময়াম-ছুগী লালছু য়েংলি। বিজয়না ময়ামছুগা লাম্বা পাবছু উরগা মহাক অপেনবা অমঃ পোক্লি। বিজয়না লাকচবা মতাংদা মহাক ময়ামছু উশিত্তবা ওইনা লাওনা নোকথোক্লুরে। ময়াম পুম্নমক মাবু য়েংহুন লৈনরে। বিজয়স্তু মহাকপু য়েংলুরে। তাঙ্কা অছুদা সেলুংবা বিজয়গী মথুত্তগী থাংছু থত্তোকখ্রে—থুৎলাই য়াওত্রবদা ময়াম চংহুনা কারে। বাসন্তী মপাগী মথোং কোন্দুনা থাম্মি। বিজয়বু ময়ান্না লাকচখিবছু উবদা বিরেন ময়ামছু তম্না চোংশনখ্রে। ময়ামছুগা মহাক্কা লাম্বা পাবা অমুক হৌরক্লে। ময়ামছুনা মাবু কানবা অমুক হোৎনরে। বাসন্তী লোয়া বিজয়বু থাদোক্লে।

বিজয়স্থ বিরেনগী মিচং চংদুনা মরাম অদুদা লাম্মারক্লে। ময়ামদু থাংবা ভমদ্রে—হৌদুনা লোইনা চেন্নখ্রে। সেলুংবস্থ চেনখ্রে। লালদু লোটরবদা বিরেন বিজয়বু মুম্না য়েংলমগা অদুম চংখ্রে। বিজয় বাসন্তীস্থ য়েংহৌরি।

মতুংদা বাসন্তী মহাকপু মকমদু থাদোক্লবা হায়জরি। অদুবু বিজয়দি মহাক্কী নিংবা অদু পাংথোক্লবা ঙসি অয়োইবা ওইরবস্থ মকমদুদগী লৈংলরোই খল্লে—বাসন্তীনা হায়জবা অপুম্বা অমত্তা য়াদ্রে।

তাঞ্জা অদুদা হিরাচন্দ্র স্থংশা মপি হোল্লদুনা চেল্লক্লে। সেলুংবনা অনৌবা লাম্মী খরগ' লোয়ননা অমুক মাবু কাবা লাকহৌরে—থুনমক মকমদু থাদোক'সি হায়ররে। অদুবু বিজয়দি মহাক্কী অনিংবদু কোংদোরক্লে। মহাক্কী য়াথঙ্দু খংলদুনা মদুগী মতম য়াংলি—হোংনখিবা অপুম্বা অরেম্বদ' মাংবা ত্তারে হায়রি। মরূপ অদুনা য়াত্রবদা বিজয় বাসন্তীদগী বিদায় লৌরি। মদুদা বাসন্তী মহাকপুস্থ পুখিনবা হায়রকই। মদুদা বিজয়না হংয়রকই 'ইবেম্মা! মতম অসিগী চংনবী অসিদি ঐহাক নহাকপু মতম খর থাদোক্লুনা ইনাক খুনবা কয়াগী য়েনখাদা লৈরুখিগে। মতম অমদা য়েরুবগী লৈচিম্না অকাশথকুগী মাংখিদুনা অত্তিয়াসি লৈংলক্লবা মতমদা সমাজদা অমুক মাই উৎলনবা হোৎনগে, অদুবদু কাওবদি নহাক ঐহাকপু ঙায়রম্মু।'

'নত্তে! নত্তে, ঐহাক ঙমজরোই।'

'মতমবু, নুমিৎ থাবু হুইন য়েম্না চাগদবা নত্তে, হৌজিক্তি নহাক্না ঐহাক্তদি পাক চাওরবা সমক্রুপী ইপাক্না কোরোৗরেনপী মৈশা খাংবদা রাবরবা পিক্লবা ইরেন অদুগা পাংখক্লি'

মখোয় অনিনা ভাংনবহু তারগা হিরাচন্দ্রনা হায়রকই 'য়েংউ য়েক্লবশিং অসি য়াম্না নকশনলকলে। চংনবা থৌরাং তৌরসি, অদুগা, ইবেম্মা! নহাকম্ন শৈহোরো মতম থরদনি'

বিজয় বাসন্তীবু কোনশল্লগা হম্না চুপ্লিরি। বাসন্তী মায়খোং পিরাংনা ইচোং চোংনা অরোইবা ওইনা বিজয়বু য়েংলি। অমুম য়েংলম্বদগী পংথক্রে। বিজয় বাসন্তী কোনখৎতুনা হম্না চুপলি। মতুংদা মহাকপু অমুক কোনখৎপা শংক্রে, হিরাচন্দ্রনা মহাকপু লাক্তনা চিংক্রে। বাসন্তীম্ন মপাগী মী লাকতুনা পুক্রে।

---

# ১৮-শুবা মতাং

'অপাম্বনা হেল্লবা মহাক অদু—
ওনশনলকলবনি অরোইবা মতমগী ইরাইদা'

নিংথৌহু জঙ্গল শিনবা থুংনা মচানুপীবু থিরকপা থা অমরোম হেনজলক্লে। মকম কৈদম্ন থিবা ফংদ্রে। সেলুংবগী মমোম অদুদু কিন্নর কচ্ছনলক্তরে। মতুনা মরম ওইতুনা মমুমদা হৱবা থৌরাং তৌরকলে। মচা মাংখিবগী অরাবগী মথক্তা চিরোন কল্লবা সেলুংবগী কয়বা মরৈ অদুনা থংতুনা অয়ানবা পিশনবা

হিরাচন্দ্র অমসুং বিজয়গী অশাওবা অচনা থুমহৎপদগী মীপুম খুদিংমক নত্ত নত্তবা য়াঙাং শাঙাং কয়ানা চৈ থাংবা হৌরকই। সেলুংবা মশামক কাওবদা অথি য়াহৈ কয়া তারে। মহাক্না মথোয়চুবু থাদোকখিবনি হায়চুনা অমুক্তা হেন্না শাওরি।

মথোয় জঙ্গল অচু লাম্হোরকচুনা অতোপ্পা জঙ্গল অমঃ অমুক লানশনলকলি। মথোয়গীদা য়াওরিবা লাম্মী পুম্নমক সম্রি নত্তনা লোইনা চন্দ্রসিংনা লুচিংচুনা মাং থাগৎল্লে।

অসোমদা নিংথৌচু শাওনা কনাগুম্বা অমদা অমুক ঙাংবা শকপা তৌখিব্রে। মনাইশিংচুসু মাবু কিবনঃ য়া ঙাংদ্রে। মতুংদা অসুম অসুম ইম্নরি। নিংথৌচু করি থল্লুবনো য়াথলগা তোকথোকচুনা ঃয়ামদা ওনশিন্দুনা হায়রকই 'আদগী অসি করিনো অমুক্ত য়েঙউ।' মচু তাবদা মনাই অমনা মানা তাকপা মকমচুদা চংশিন্দুনা য়েংউরে। হন্নক্লগা শগোল অশিবা অমনি হায়না তম্লরে। নিংথৌচু চিংনবা পোক্লে। নিংথৌচুগী চিংনবচু উরগা সেলুংবনা হায়রকই 'ইবুংঙো থোইনা য়াবিরুম্ব জঙ্গল ওইচনা তৌরিবনি।' থর অমুক চংলগা মী অমা কোয়েংকা লোইনন্না শিরম্বা থেংনরে। নিংথৌচুনা খংলে—মচু মহাক্কী শগোল তোংবা লাম্মীনি। থর চংশনল্লগা অশি অনা অমুক্তা হেন্না থেংনররে। চিংন চিংননা অসুম অসুম চংশনলক্লি। লম্বী ময়ামক্কুদা মী ২০ মুক মকি মরোন য়াওদনা মশা ইচোক চোকথনা উ থন্নদা পুনশন্দুনা লৈরম্মী। মশা মশাচু ইহিং নাইহিং শারে। নিংথৌ মহাক্কী লাম্মীশিংচুনি হায়বা খংলচুনা পুম্নিবচু থাদোকহল্লে।

ময়ামমতুগী মরক্তগী থরদি তুখিবসু য়াওরে। মথোয়গী মচিন্দগী নিংথৌতুনা থংলে--মাগী হান্না চংখিবা লাম্মীশিংতু বিজয় অমদি হিরাচন্দ্রগী লাম্মীনা হাংলম্বনি। থুদক অতুমক্তদা নিংথৌ অতুনা লাওথোরকই—মথোয় অনিবু কাবা ওম্বা মীনা মনা চাওনা পিগনি নিংথৌতুগী নাপন চাওবা য়াওাংতু তারগা অশোকপা মী অমনা হায়রকই 'ইনিংথৌ মথোয়গী মী কনা য়ামগ্রে কাবা য়ারগনি' মাগী য়াত তারগা নিংথৌতু অমুক শাওনা হায়রকই 'য়ামসু কাগনি মথোয় কদায়দা চেনগনি'

মথোয়না ওাংনরিঙৈ তাঙ্গা অতুদা বিজয় অমসুং হিরাচন্দ্র ময়াম মাংদা চংলকই। মতু উবদা নিংথৌতুনা লাওরকই 'মথোই অনিসি নত্র। ঐগী মী মাংহনবা ?' বিজয়না খুম্নকই 'মানি'। নিংথৌতুনা মাগী মীয়ামদা ওনশন্দুনা লাওরকই 'কনা লৈ ? মথোয় অনিবু বন্দি তৌ।' মাগী মতৌতু উরগা হিরাচন্দ্রনা ময়াম মাংদা কপ্লতুনা হায়রকই 'হৌজিক ইবানিবু কাবিনবা মী পোকত্রে, হৌজিক নিংতম্লবনি।' মতুগী তু'দা-মথোয় থাং শংতুনা লেপতুনা হাইরি। নিংথৌগী লাম্মী থর মথোয় অনিবু কানবা চংশনলুই, অতুবু তাঙ্গা অতুমক্তদা নারক্তগী থুংলাই পাইবা ময়াম অমা থোরক্তনা নিংথৌগী লাম্মীশিংতু থুংলাই মুল্লে। ময়ামমতুগী মরক্তগী অমনা থর শক তাথংপা লাম্মী অমগী মথক্তাইদা থুবাক্লা থাজনলুই। অমতুনা থংবোই কৈবোই তৌতুনা হায়রকই 'করিগী অতুক কম্না থারিবনো ?' থারিবতুনা খুম্নকই 'হুংশিদনা তৌবনি —অরানবা কত্তবা মীগী মীচং চংবা অতুদ।'

নিংথৌছ মখোয় অনিগী মীয়ামছ উবদা ওক্লে। ওক্লিবৈদা হায়জনলকতুনা মশাদা য়াওবা থুজু থুংলাই পোং চৈ ফিরোন লোইনা মুল্লে। সেলুংবনচিংবা পুম্নমকতু কি অমমমদা ওাইরে।

নিংথৌছ শাওনা হায়রকই 'সেলুংবা! নহাক্না নহান মথৈ হায়বত্ত চুমলে, নহাক্না হায়বা ডাকুশিংত্থ মখোয় অসিনি, ঐহাক্কী ইচানি হায়ত্থনা লৈহৌবা মহাক অত্থ ইচা নত্তে, য়েক্লবনি। কৈ মচা চাওনবা য়োক্লগা মপু চাই হায়বত্থনি। মহাক ঐহাক্কী য়েক্লবনি ইচা নত্তে'

বিজয়—নশানা থাকচবা লাং নশানা থুজবনি অপংবা নিংথৌ

সেলুংবা—স্না মাংদা অত্থম্বা ব্যবহার——।

বিজয়—নহাক অফবা ব্যবহার পামলি, শাগুম্বা নিংথৌ অমগী মফমদা ব্যবহার তৌবদি নথোই শানা তৌগদবনি।

নিংথৌ—করি?

বিজয়—শা মীওইবগী লমচং থাদোক্লবা, সত্তি ওইবীগী লমচং থূগাইবা, মীগী মপুরোইববু হাত্তুনা ওমই—কল্লি হাইত্থনা নমত্থনা মরৌবা। ওম্মবনি, অচৌবনি হাইত্থনা অতোনব, অশোনবশিংবু নৈবা, মরৈ অনি লোংবা মীনাইশিংগী মপুক থংদবা জ্ঞান য়াওদবা শাগুম্বা নিংথৌবু শা হাইত্রবদি কনাবু শা হাইগনি? মত্থদি জঙ্গলদা লৈবা শাশিংনা মমিং হোংবা মতমদা নথোইগীসু নমিং হোংগদবনি, হৌজিক্তি নথোইগী মিং শা নত্রা-মত্থদগী হোংবা লৈত্রি।

বাসন্তি ওসাই মথৈ লোংতুনা লৈরম্বনি—মহাক তৌকম থংদনা য়েংহুনা ঙাংনরিবা পুন্নমক অদু তারি। বিজয়দু মহাকপু উরুবদগী তুমিন্না লৈখ্রে। মঙহাক লৈরগা নিংথৌহুন হাইরকই ‘ঐগী ইনাই করম্বা মরৈ লোংবা য়াওবগে?’ বিজয়না তুমিন্না লৈখ্রবদা হিরাচন্দ্রনা থুন্নকই ‘নহাক মদু খংদ্রি য়েংউ’ সেলুংবদা থুদোনবীনা থিন্দুনা ‘মহাক অসে নহাক্কী অশেংবা মনাইনি-নহাক্কুম্না মপুরোইবা লৈবা সুপীবু পামজবীনি। নহাক্না ওংপগী থাংবা ঙমদ্রহনা য়ানা থাংনরিঙৈদা মহাক্না অমদি অতোপ্পা কয়ানা অমুক মথা চথ্‌রি। লাইরবা প্রজা কয়া কয়াগী মীকপ মীয়াও খোলনা মাইকৈ থুদিং পুনিল নিল্লি। নহাক খংদ্রি, নহাক্না চংলিরা হাওথুলদু নহাক্কী মরুপ্নি হাইনা খল্লি-মদু নত্তে, নহাকপু নমথম্নবা থংত্রা? নহাক হৌজিক ঐখোইগী থুং চল্লবনি, ঐখোইনা তৌনিংবা তৌবদা অপনবা পিনবা কনা লৈতে। অদুবু নহাক্কুম অশোন অনা লাকচবা পামদে। নহাক হৌজিক চংপা য়ারগনি। নহাক্কী নরল নথুম কন্নবা ননাইশিং কন্নবা শেম শাক্লরো, ঐখোইদি থৌয়াং লোইরবনি’

সেলুংবা—নহাক্কী করি নতিক লৈ?

হিরাচন্দ্র—অপংবা নং ঙাংগনু-নহাক ইপাগী মরুপ্নি, অদুবু ইপাবু মীহাংপদা পুশনবগীদমক নহাকপু করিমত্তা থাগৎত্তে। অশেংবা ঐগী অমদি মরুপকী য়েক্লবনি।

নিংথৌ—মহাক্না কনা হাৎখিবা—?

হিরাচন্দ্র—নহাক মহু থংজি, মহুনসু নিংথৌ ওইজবা শারি। ছুংশিন্নবা ঐগী মরূপ অসিগী মমা মপাবু কাইনহনবা মহাক্নি, মীগী হুপি পান্নদগী অহুগুম্বা শা অহুনা — কান্নদে হৌজিক নখোই লোইন চংপা য়ারগনি। নখোইদগী লৌহৌবা পোং অসে নখোইগীসু নত্তে, প্রজাগীনি। লৈরিবা ময়ামসে প্রজা ওাক্তনি মখোইদা দান তৌবনি।



# ১৯শুবা মতাং

চিংলাইবক্তা পোমলিবী!
লৈরাং শাবান কাত্রিবী!
মালং খোঙ্গাও থিংওমজিবী।
চংনবী' নোংলৈ কিজরবা?
অশাগী পামেল তেক্লনি থন্দরবা?
অকাও নাইবা তাইবংনিনে শকহেনবী!

মীওইনা পোকপগী অকাওবা অওকপনি। অকাওবা কয়ানা শরুক ওইরবা মহাক নত্রগা মখোই অহুদি মীওইবা সমাজগা লৈবদা থর অরাবগী মশক্নি। অকাওবা কয়াগী মীওইবা কয়া মথাই মাংনরি—কয়া অরাবা নংনরি, ইকাইবা নংলি। অকাওবা অসিনা মশা মশাগীদা নত্তনা মীয়ামগী, সমাজগী কয়াদা

অমাংবা, অরাবা, ফত্তব', ইকাইদা নংলিবা। অদুগুম্বা অকাওবা অদুনা ওসি মুংশিরবা শৈশক কয় তাবা ফংগ্রি। শৈশক অসিদা মু.শিরবা থুম্নবা ইচেন কয়.গী মরক্তা সমাজদা ভোরা পোকপগী নিংবা থুংদব কয় কয়াগী পেন্দবগী শিন্থরকপা পিরাংগীসু য়াওরি। পিরাং অদু অচম্ব ওইরবসু সমাজনা করিগ্নু থওইদনা থম্নবসু নিংবা কায়রবা মহাক্কী মফমদদি কয়াদা থম্মোই শোকপগীনো হায়না থম্নবা ওন্নদি মীচং মীথাই নাইরবা সমাজ অসে লৈবা ওমলোই।

তেম্নবা মীওই পুন্সিদা মুংগাইবা পাম্বা ওাক্তনি। মাই ওইনা নিংনরবা মহাত্মা কয় অদুসু মুংগাইবদু তাম্নরিবনি। মথোয়না শেল থুমগী মপাম্না মু গাইবদু পামদে। দান তৌগনবা মীওইবগী সেবা তৌগনবা, জীববু মুংশিবা মহাক অদুসু মানা মানা তৌরিবা থবক অদু তৌবদা মুংগাইবা পোকহনবা ওমত্রবদি দান তৌবোই, জীবগী সেবা তৌরোই, মীমুংশি থংলোই। অদুম তৌদুনা মীওইবা থুদিংমক মুংগায়বা হায়বদু পামই। মওংদবু মমদে। অদুগুম্বা মুংগাই পাম্নবী মুজা অমা লৈরি। মশাগী মুংগাইবা অদুবু করিগুম্বদা চংনবীগী ইপাক্তা লুপথিদুনা সমাজগী চেকপন রাংমদা লৈব্রগত্রা হায়নবু কীজবী অরাংবা চিংদোম্বা লেপদুনা মিংয়েং রাংমদা লৈরবা তম্পাক লমদম তরা মুমিং থুদিংগী শিন্থরকপা পিরাংগা লোইননা তাম্না য়েংজদুনতা লৈজবী মুজানি। পাংম্বে কয়ামরুম মাংগ্রবদা মথন্তা তেংথাজে--লোইদাম থাবুম য়ামশনলক্লে—মুমিং শিংবুম কয়া কয়া হোথ্রে, পাম্নু

চেংলো উথিদবা। পাক চাওরবা সমুদ্রগী ইপাক্কী হৌখিবা ইংলবা মালংনা পুখিবা থুমহিগী শরুক হন্দোক্লম্লবা লাইজ ইরিক-শিংছবু করিগুম্বদা হল্লকপা উদবগুম সুজা' থরাই কংপ্রবা মহাক অদু পুম্নি অসিমগী মিৎয়েং য়াংমদা অহুম লৈপ্রগত্রা ? মীওই-পোক্কী সমাজদা চৎনবী নিংশিংছনা অপাম সুংশিগী মরি অদু ককথৎপ্রব্রা নত্রগা লৌনম চাওবা খোইমু ওইবনা মহৌশাগী শাজৎ কাইদ্রব্রা ? অদু পুম্নমক নত্রগা মশাগী অশা অদু মংকানত্রব্রা ? তেল্লবা মীওই পুম্নিনি মহাক্কী অশা অদু নমশন্নুনা অত্তোপ্পা অমগী অশা অমুক তৌসিরা—অদুম্নু করম্না ওইখোক্কনি। থরাই হকচাং পুম্নমক মাগী মকমদা কৎখোকপ্রবনি, করম্না ইনিং তৌগনি। করিগুম্বদা মপুন্থ ইথং থংহৌদনা লাকপদি ওই-খোক্লরোইদ্রা ? মতমদুদা করম্বা কিবম ? য়াপ্রেদা সুজা মপোক য়ানা লোম্মো তমপ্রবোই।

শাবী শানৌশিংগী ওইরবা, সুংশি য়ারি হৌদোক্লকম ওইরবা কাইনা মৈচাক হেনগৎহল্লবা ইংলবা পুনিমাগী থাবল কয়া হৌপ্রে। য়েংবগী অপেনবা নাইত্রবা থাগৎনকম ওইরবা ঈশ্বর মাগী থুৎশে-মদা য়ুংওপ্রবা বসন্তি য়ানীগী মতম কয়ামম্নু হৌপ্রে। য়াক্লবা সুংশানা পৃথি অসি চাকথেক্লবা, ঊনা শিংনা কেন্দুনা উপান থাপান কয়ানা অশা কাইনা লেপ্পবা মতমদু য়ৌরক্লে। অকাশতনা কুমগী নোংহৌ লাক্লুনা কজরবী শরৎকী থাজম্নু ইংলবা মঙালগা লোইননা মাংহনখ্রে। সুজাগী থম্মোই ভাল্লম্বা থাজ অহুম্নু কাইন' মৈথুনা থুমজনপ্রে। অদুবু মহাক অদুবুদি কাওবা ঙমজদ্রে।

মহাক অতুবু ঐহাক্না কয়াদা হুংশিজখিব', হৌজিকসু হুংশিরি। থরাই হকচাং লৈরিমখৈসু হুংশিখিগনি। ইমাই চোম্না লুররী তুরেনগী লাইজদা অচিকপা অহিংদা তনিক তনিক তা'রবী শরংকী থাবলগুম হুংশিরবা শককম্নি। অতুবু মহাক অতু মাংগ্রে, মহাক্না হল্লোকপিরম্বা লুমিংত্তু, করম নিংশিংসিগে। ও! কত্তবা নোংনম থোক্না হতুনা পুখ্র i!

রাখল চাওবী, মীপুংশি থংবী মতারেংই কয়া কয়ানা হুংশি মৈচাক কংলবী অতুবু অরাংবা চিংথক্তা পুতুনা, অচিকপা মকমদা লমজি হুনা মীয়াম তিনবা য়াওহন্দুনা, অরাবা থবক কয়া শুহন্দুনা শৈশক কয়া শকহন্দুনা হুংশি মৈচাক অতু কোকখিনবা হোৎনৈ। অতবু পুম্নমক অতু লুরাগী মকমদা ওম তৈনবা অসা ওইরে। অচিকপা মকমদা, অইংবা রাখলদা মহাক অতুবু তত্তনা উরকই। তোইনা তাইবং মংলাপ্পা লাকই মীয়াম তিনবা মকমদা ময়ামত্থু ইহাং হাংনা উই। অরাবা থবক শুম্নিদা মশাবী মহাক্না লক্লবতু নিংশিংলকই, ইশৈ কয়াদা মশাবী মাবু কৌহুনা তেংথাজে ময়াম তিনবা য়াওখিত্রে চাবা থকপা থওইখিত্রে। হকচাংগী মগুন হেনগৎহন্নবা থৌরাং তৌখিত্রে। অকে অমৌ পাম্নত্রবদা অতাওবী অমগী ফিবম ওইরক্লে। অচিকপা মকমদা কমত্থুনা মংত্তা মুক্লম মুক্লম শোন্দুনা মিৎয়েংগী থাজনবতুম থোইনা শেম্নি।

মহাকী অহগুম্বা মতৌহ উরগা হুংশিজরবী মতারোইশিংহু তৌকুম থংত্রহুনা পাওহংলকই। মহুগী পাওথুমসু পিরক্কে,তকশন-

লুরগা হাইরকই 'অসির ইতাশ মীওইনা পোকপগী দুখ়ভাইবা হাইবহু? নখোইদি থংত্রমাল্লে—থংকমসু খোক্তে, নখোইগীদি শান্তি হাইবহুমা নৈরিদো—শন্তি নৈবা মকমদা অসিগুম্বা প্রেম অসে তুংদে। অহুপা ইতাশা! প্রেম অসে ঐভোম্দ' নৈবা মরম্মা শান্তি ওইবা ঙমদ্রিদো' মতাশিংহুগী মরক্তুগী অমন' অমুক হাই-রকই 'দুপা ওইববু মহাক মতোমন্তরা নহাকপু নশক্তুগী য়েংনা করি রাংপগে'। অমনা অমুক মথা তারকই 'ইতা মহাক অহু লাক্লরোই হাইবা অশেংবদি থংদ্রিবনিনা রাক্‌থন্দা' মতারোই-শিংহুগী রাহৈশিংহু তারগা অপুনবা পাওথুম অমুক পিরকই -ইতা মীওইপেক্কী ময়া সংসারদ সমাজগী পন্থংদা চংনবীনা য়েংশনবা দুজ্জা ওইবী মপোক্লী। অথি ঋংচং তাল্লগা সমাজগী রাংমা লাল্লকনি—মতমহুদ। ইশা অসে অমাংবা হায়বহুম ওইরোইদ্রা। অহুদসু নত্তনা ঐহাক অসিদি মহাক অহুগী মকমদা থরাই হকচাং কংখোকখ্র বনি—মপু অহু থদনা ইরমাই থবক চথরবদি মপুগী মীচৈ হায়বা অমসু মরৈরি। ঐহাকী থরাই মগা অসিদি ঐহাকী হকচাংদা নৈরবসু পুনকমদি মহাক অহুগী মকমদনি। পুনকম অহু নৈত্রবদা থরাই অসে ভাওবা নত্রনে, অহুগুম্বা অভাওবা অহু কাখনবা ঐহাকী শক্তি নৈজত্রে'

মহাক্কী মতোহু উবদা নিংতোল পোকপি পনেম পন্তো অহু নৈকম চাকম থংলকত্রে। নৈরি চারি হাইবগী দুংভাইকম থংদ্রে। মচাগী মতৌ উরগা রারহুনা মতারোই কয়াগী মকমদগী অশেংবা থংহুনা মশাকী মাগী খোংঙল লীবা হৌরক্লে। অহুবু মকম কৈদসু

ফংত্রে। কনাগুম্বগী পাওনিলখোন ফংখিত্রে, তেঁফম খত্রেবা পলেম পম্বৌ মমোম মাবু থেমজিনবা নত্তনা করি লৈরি। নিংথৌল মহাকপু অশা অহু থাদোক্তুন অত্তোপ্পা অশা অমা খিরো হাইরক্লে। অদুবু মহাক্তি মহু পুম্নমক অরেম্বদা তাহনখ্রে। কংলব মশা অহুদা চপনবা মাইথোং অহু তম্পাক লমদম রেংহুনা থোক্লবা মিৎকমদগী পিরাংনা অরৎপা লৈতনা শিম্বহুনা লৈরি।

---

## ২০ শুবা মতাং

হুংশিবা অহুতনা,

নিংইবা অহুতনা

তাইবং পোরম শুগনি

মপুগী শিম্বা পাংগনি।

ইহৌ কল্লবা পুন্সি বসন্তগী মতাংদা হুংশি শকতম লৌবনা পামু মাগীনা কনবনা পুন্সি লিলাগী যুম্ফম ওইরিবা নত্রা? শকতম অসিতনা পাকচাওরবা মীওই সমাজ শেমগৎলিবনি। শকতম অহু থুংলমদবা কয়াস্মু অপাম্বনা থেৎচনলি। অহুগুম্বা মহাক অহুনি তুংদা মীনা তুকচনফম ওইরবা থৌরম কয়া পাংথোক্লিবা। হুংশিবনা কনবদগী মমা মপা ওইবশিংবু থাদোক্তুনা মাগী বাথলগী মতুংইনথি। মমা মপা অহু হুংশিবগী মওংস্মু লৈ, অদুবু মহুদগী হেন্না মাগীদি শক্তি লৈরি। তাইবং লৈপুন শেম্বা

মতাংদা কয়া কয়ানা থরাইগা হকচাংগা তোথাইনহল্লি। কয়া কয়ানা মুংশিবা মহাক্কসু থেংনজ্রিদৌ থাংকম খংজ্রবা কাইনা মৈশা লাংছুনা ভাংলবা পুল্লিবু করিসু লৈতনা থমছুনা লেম্নরি। অসিগুম্বা মমুংশি অসি লাইবকথিবী সুনিত্তাগী মকমদসু থুংলরে। মশাবী হিরাচন্দ্রবু ক্যাইনবনা নিংবা কাইবগী পিরাং শিম্বত্তনা য়ারা তেংথারি।

মুংশিবা অচুগী কল্লব খোঙ্গাওনা—ইকাই ইকি মুপি ওইবগী মেংলবা লমচৎ থর থাদোরক্রে। মচনা সমাজগী মিনোক চংলক্রে পম্মোগী চৈরাক থুংলরে। অচুগী মথক্তা মতারোইশিংনা থিংলবীন পাঙ্গন লৌশিং য়াওজ্রবীনি। চাদ থক্তবন মতোং অমসুং শক্তনা মীওই হকচাং শাগৎপনি হাইত্থমসু ময়ামদা উৎলিবনি। মীয়ক তিনবগী মরক্তা উথিবা মাইথোং অচু নিংশিংলুবদা নাইতোম লেনজরবীনি, অচিকপদা হৈনরবীনি। অশংবা অতিয়া মকোইদা অঙাওবা মমিৎ অচুনা মিক্তারুবদা রাখলচু মাংখিচুনা অশাগী মুর্তি অচু থোরকই। তমথিরবা রাখলচু অমুক লাক্লবদা মশা অচু মাংখিবা মকম অচুদা অতুম লৈরম্বা থেংনরি। মুর্তি অচুনা অতুম মাংখি।

হৈহাক কাওবা থাদোক্লিংজ্রবা মহাক্লি—অচুবু থাম্বা য়াদবনা মীগী মীথা পোনবনা মচুদি ওইথোকপা য়াখিজ্রে। য়াদবনা চৎজ্র-বসু মতমগী মথা পোল্লবা সংসার ওইবগুম মশাবী অচুদি হল্লকপা থেংনখিজ্রে। চৎমিন্নখিবা অপুম্বা হম্মরক্লবদা মহাক অচুদি কাওর-ক্লে। মহাক অচু কণ্ডবা কয়ানা অকনবনা অচুম্বা শকই,

ঙাংব কনবন: অশিংবা ওই হায়বগুম্ব লৌনম চাওবা সমাজদা লৈরুবদগী মরান পিশন্দুনা মীরক তিনবা য়াহনখিদ্রে। মীরক তিনবা উবদা অশাগী শকতম অদু উরদুনা মীওইবা অপোক লোইহনগদবগী লাক্রিরি। করম্বা পান্থনো নুপা ওইবী মহাক্না পাইগদবা? থম্মোইশুংগী অরেম্বা লৈত্রি।

কনাগুম্বা চংনথিবা হল্লক্রবদা মচা, মচিন মনাও কয়া কয়া থোরক্লুনা ওক্লরি। নুপা মহাকস্তু করিগুম্বা মহাক অদু য়াও-রম্লগদ্রা হাইনা চিংনরি। চিংনবা অদু কোক্লবা হাইদুনা থোরক্লি চিংনবা কোক্লে, অদুবু কদাই মহাক্তি মীরক অদুদ য়াওরক্লে, মীয়ামা মহাকপু চৈবগী অয়াকপা থোনকখত্তু ব্রজ তাশনলকপগুম তারি। অমরোমদা সমাজগী মীনোক অমদি নুপা ওইনা পোকপগী নোল্লুকপা লমচং ঙাক্লবা হোংনবদা য়া'র।

নোংমা মউগত্র মউদে, নোংমা মর'ক্লদ্রা মরাক্তে, নোংমা মপাও তাগত্রা মতাদ্রে, নুপা থোইরাং থোইশাওনরক্লে। মদুনা পাঙন কনথংলক্লে। নুংঙাইতবা অমা য়াওদা মশাকী মনাক য়োনক্না মকম কৈদা লৈবগে থিগে থনলক্লে। অদুবু মতুদি ওইথোক্তবনি, মদুনা রানা তোংথাদুনা লৈরে।

ঙাংনরিবা অদুনা অচুম্বা ওইরবদি নুপা ওইবগী পুক্নিংদা অমাংবা অমা হাইবদু মমি তাবা হৌরক্লব্রা? অকাওবগী শক্যা-থক্তে হিপ্পুনা নুপা ওইবীশিংগী নুংশিবা অদুবু লৌনম তোগে থরক্রা। নত্রগা কত্তবা করম্বা ইরান থেংনথদুনা অমদি কুম্না লমচং চংলুদুনা মহাক্না করিগীদমক অমুক কুইনা হন্দোক্লিবনো?

কম্লবা পাথ.গী থম্মোইদা মুজা ওইবিশি:দি মুংশি ইরেম্দা তাওথ-রবদা লেমদৈ ওাশিংনা লাইজ ইপান লাংদনা পুন্সি যোংলেংবা ওমদবগুম ওই হাইবসি থংবিত্রব্রা ? মহুনা খংদবা থোক্লবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি মু শি লৌনমহুনা শোইদনা লাকথিনি। অহুবু মহু নত্তহুনা খংনা খংনা মুজ ওইবিশিংবু ওংপা ওইরমহুনা মুজাগী পুন্সি বসন্তা অমম্বা হৌনব: সন্ধ্যা মতম য়েৌরক্লব্রা ? য়েৌরকঅম্বা থোক্লবদি বিথিনা কংওমত্রব্দা মীওই মপোক করি মুংওাইরিংবনো হাইবহু অচুম্বা ওইগনি। মহুনা অচুম্বা ওইরগনা লৈবাক্লা শাবা হকচাংসি লৈবাক্তা তিনহন্নুনা মীওইবা থুদিংমক অহৌবা পুন্সিদগী নিংবা কয়া থুংদনা পুন্সিগী মিং উইশনলকপা মতম কাওবদা কপ্তুনা লেনখি হাইবসে উৎলমগে। অমরোমদা মহাক ঐহাক অসিবু থোইনস্নু নিংশিংবিদবা, চানবিদবা নত্তে, পুকচেন চাওরবা মহাক্লি। মহাক্তী মকমদা লানখিবা য়াওরবস্নু মহাক থোইনা পুকচেন পিকপা নত্তে। অহুদি মহাক করিগী লাকত্রিবনো অকবা তানবা লাইরবশিংবু চানবা মহাক অহুগী মাইকৈ অকোইবদা য়েক্লবা কয়ানা থত্তুনা মহাক অহুবু ময়াগী লোংউপনা উপ্তুনা লৈ হাইবস্নু থোইনা লানবা তৌরোই। অহুম অহুম ওইনমক লাইবক থিবী মুজাগী পুন্সিদা নিংবা থুংনবগী লম্বী মাংপ্রবনি। অরোইবা থোংচৎ তানবা নত্তনা করি থোইনা কাম্লবা লৈরি।

মীওইবগী রাখলনা মুংওাইত্রবদা মহাক অহু পুন্সি মরোং তারবনি। অমরোমদা রাখলগা চিঙাকা মরি য়ায়া লৈনৈ। রাখলগী কত্তবা মতাংদা চাবা থকপা মহাও থংলক্তে, চানিংবা পোক্তে।

ফুংশি ইখো লাংলবী পূর্নিন্তা মথংলেন হিরাচন্দ্রবু উরকত্রবদা নোংম নোংমগী চাবা থকপা থওইরকত্রে। মশাগী নোংমা নোংমগী কংশনলক্লে। মকম অমদ' থরা অমুক কম অমদা অমুক লেপ শুন তর দ থরা য়েং অভাওবী হাইবিগী কিবম অমা ওইরক্লে। নিংভোল পোকপি পলেম পঙ্গো অনিমক ফুজাগী করি মনিং থুংত্রবনো থম্ভুনা লাইরজরবসু অমত্তা পোকপি ওইবনা কেনা মৌনা হোৎনবদগী অৱাবা শরুক হেনগৎলি! মযোম মহাকপু মিকুপ থুদিংগী পুংজা থুদিংগী ৱা কয়া হংলি! কয়া কয়ারক হয়া ফুংশি ৱাহৈনা পুকমেন পাওমেনজরি। অমুকসু চৈহনা য়েংই, অহুবু অরেম্বনি। লাইবক থিবী ফুজাসে, সেলুংবগী মযোম-গুম অকে অযৌদা লুপ্তুনা ফুমিং থুদিংগী উনশা লংনবত্তা হোৎনবী অমা নত্তে, অচৌ অশাং মচা ওইবগী ৱাঙাং কনবী থৌরম কয়াদা হৈশিংবীসু নত্তে। সমাজগী মফুংদা লৈরবসু মত্তাই ওইনা চৎনবী কয়া য়াওনা ঙাংনিংবা কয়া ইকাইবনা লোৎচহনা থমজবী হিরাচন্দ্রগীনা ফুংশি লমথুংকম য়ৌনসি হায়না ৱাশক পরৈনবীনি।

থম্মোই ফুংগী অকাশথক্তা পাইরিবা নোংলিকশিংহু থাজদবা কয়া কয়াগী লিচিংনা শেমলবা লৈকংলা মরুভূমি অমমমদা মাংখ্রি। মাংথিবা লাইজ ইরিকশিংহুনা ফুংশি প্রতিমা অহু অমুক অমুকসু কাওরকপগুম ' ভৌই। অহুবু ইরিকশিংহুনা মাংখ্রবদা ফুংশি প্রতিমা অহু অশাগী মরুম অহুতদা থুপথিবগুম অহুম ফুংগী অকাইবা কয়া য়েংহনা লৈরি। অশানা মাংথিবগা

লোইননা প্রতিমা অমদি মীওইবগী কল্লকফম ওইরবা উনশাবা কুপ্পা শাদোং অহুসু লৈবাক্ত তিনখিনি হায়বদি নিত্তোল পোকপি পলেম পম্বোনা খংবৌম্রা—নত্রগা চৎনবীগী অফা অপুন্না ভাও খিতুনা ফুংশিরবা মযোমবু লোনমতুনা মীওইবা ওয়না পোকপগী য়েক্লবা রান্তে, লমহাংদা থানবা অশাগী মুৎলিবা থাউমৈ মরম্লাই মথন্তা অতৈ মাইখন য়াওদবা অহুবু কল্লক য়েংখিংগী নোংলৈনা লায়না হুমদোকপা ভমই হায়না খল্লুনা বসন্তগী অয়ুক্তা শাগৎখিবা অরংবা অশাগী কোরোরেন অহুবু পাক চাওরবা নোংচুপ সমুদ্রদা অমকপা মাইখোংন কুমথখিবগুম ওইনা থোকহল্লগত্রা ? অহু ওইরবদি শুজা ওইবীগী পুন্সিদি ফুং অনিগী মরক্তা হা……। পন্তুনা পুমহুনা মাংলোইত্রা ! কমলা মপুম অহুবু খায়দোক্লগা মগুং কয়া কয় লৈরম্মী, অহুগুম অমত্তা ওইবা শকফমদা মীওইবগী মওং কয়ামরুম ফংই—রাখল কয়া কয়া ফংই। মচাওরুম কানিংবা ওইরম্বা য়াবা পলেম পম্বোন। কনাবু অশা তৌরি ? পুন্নমক অহুবু অচুম্বা ভাক্তনি থনবস্ত্র লানগনি। মীওইবগী রাখলগী মশা কয়াহু য়েংলগা হায়বনি--থাঙ্গেশেংনা মথোয়না কোংদোক্লকপা নত্তে, চুমত্তা মচা ওইবগী অরাবা য়েংশা ভমদহুনা হায়বনি। অমরোমদা মত্তমবু, শুমিৎ থাবু হুইনা য়েম্না চারোই খল্লবস্ত্র রাই।

রাকচিং থাদা উলেন থানা ভাবনা হৈপান লৈপান থুদিংদা অকংবা মনা কেনখিবনা পামৈলগী মরুওইবা শরুক লৌশিবা বসন্ত মুহুবু ভাইজবগুম নোংমদং কাইনবদা চহি কুমজা কয়া কাইনবগী মৈচাক কংবী ফুল্লাদো, পুন্সি ইরেন কংখিবনা হাল্লগত্রা

হাইনা অরৎপা লৈতনা থল্লি। মুংশিজরবা পলেম পম্বোগী য়াৱা অতুদি লৈকংলা মরুভুমিগী ময়াইদা অহিংগী অথেংবদা অগাং লমদগী মহৈ লৈতবা লিক্ল। তাবগুম মুজাগী নাকোংদা ঠৈরবসু থম্মোই কাওরা ঙমখিদ্রে। থম্মোইগী মৈচাক্তি মিকুপ থুদিগী শরুক চামা চাবা হেনগৎলকই। মুজাগী কিবম অতু উবদা পলেম পম্বো অতুবু ঙাওরত্র নত্রগা মুংশি কাইনবগী লাইনাদ ইরম লেংদবগী লাইনাগী মাইবশিগং চাৱবা ঙমদে হাইবগী জ্ঞান থাংলত্র মুজাগী খোথল থাই চিনহল্লি।

যুমদা লৈ লৈকম খংদে, চাই চাকম খংদে। অচিকপা লৈকোম্দা কম লৈ—চনিং তানা কপা ঙমদে। থাবল কবা অহিংদা অৱাপ্পা মকমদা খোংবা চেক্লা অমুবীগী খোঙেল তাবগুম, মোংকমদা থাবল কবগুম রাখলমুংদা খাংঙমদবা মৈচাক অমা অকিবা কংনা চাকপত্নম হেল্লি। অচিকপা অহিংদা অঙৌবা খাজগী মঙাল্দা লিক্লাগী ইংলবা ইরিকশিংদ কমতুনা ইংলবা অকাশ থক্তী, ইংনা তপ্পা তপ্পা পাইরিবা লৈচিন কয় উরগা ইংগত্রা হাইববু মৈচাক খোইনা হেনগৎলকই মুজা খাংকম খংদ্রে।

মুজা মাগী পলেম পম্বোনা কৌরকপা মাইবা অতুনা মুজাতুবু অনাব কোকুবা হাইতুনা হিদাক পিরমবতুনা কৈদৌবৈদসু কগৎহল্বা ঙমদে। পলেম পম্বোতু তৌকম খংত্রে, নিংঙোলগী মতৌ রেংবদা অৱাবা পোক্লে। কাম্রত্রে খংলবা মাইবীশিংতুসু মাই উৎলখিদ্রে।

মুংশি কাইনবগী খাংকম খংত্রবা মুজাতু মমুমদগী মপান খোরল্লে; বসন্তগী কজরবা অমুক অতুদা মুরা অতু মহাকী পুক্তি

বসন্ত অদু থাজহৈত্রবা অমম্বা কয়া লাক্লুনা খুন্নরে থনবদা হুংঙাইতবা পোকলুরি। য়েন্নিং হুন্নকপা লৈরাং পাম্বী শিংদা লৈরাংশিংনা ঊনারক্তা লোৎতুনা অয়ুকী ইংলবা ঈশিং মরিক য়াওরবা মালংবনা হুম্বনা চেপথ চেপথতুনা নোকপা উরগা লৈরাং-শিংহুবু থম্মোইহুংদা কয়িগী তুংগী থন্দনা হরাও মোমেন নোক্লুনা শাৎলুরিবনো, তুংদা মহাক্লুম অত্রাবা হুংশি কাইনবগী মৈশা লাংঙ-কনি হাইবা থংদব্রা হায়না রাররি। প্রেম সংসারদা হুংঙাইবন্না শৈহোনি অরাবনা পোলোইনি, তত্তনা চেম্বুরক্লিবা য়াংলবা হুংশিবগী ইচেন কল্লবা য়েংথিবনা তোর্বান্দা, অরা অনাগী পলনা অবুৎপা লৈত্তনা থংলি হাইবা থংলবা কনাগুম্বা অমনা মতু থংবা ওম্বা নত্তে মরমদি প্রেম রাজ্যবু কনান জয় তৌবা ওম্মুবগে? অতুগুম্বা অরাবনা পোলোইনি থম্মবা হুঢাদো অরাবা মতমদা কজবা পোৎ থুদিংমক য়েক্লবা ওইনা থনগ্রে। লম্বী অস্তুম চৎপদা মশা অতু ইহাই হাইবগুম তৌই, রাথলনা মকোক অতু লুমলি। ময়ুমদগী অস্তুম থোরকপনা মতারোই বাসন্তী থোইগীদা য়োরক্লে।

হুক্তা অত লাইবক থিবী ওইনতা থোক্লমাল্লে। মতারোই মাগী মনাক্তা য়োজহুনা হুংশি রারি কয়া লিজহুনা কাইনা মৈচাক কয়া মুথৎপা ওমগত্রা থজবা ওয়তৈময়বা ওইনা থোকপ্রে। অনাবীগী কিবময়া লৈরিবী মতায়োই, অচৌ অশাং মচা ওইক্লবদগী লোই-নয়িবা মনাই কয়া মনাক্তগী হেন্দোকখিত্রে। মক্লপকী নিংবা কাইথতু উবদা বাসন্তী মনাইশিংত্থু তাম্মোকপ্রে।

মাগী মাগী ফোংদোক্লরকপা অরা মৈচাক কয়াহুবু তাম্নরগা পেন্নবা তাইবং, অস্থুম তৌবা হৌনব্র অমস্থুং ঈশ্বর মহাত্মা শেন্ন-কপা সুংশি খৌরিহু মতম কুইনা চংনবগী মহুত্তা মরৈ কয়া তাশনলক্লগ তংলকনি হায়বা অমস্থ নৈ, হাইনা সুচা অনিমক্লা থন্নরে। স্থনিতানা হাইরকই ' ইতা তাইবং অসিবু মীনা হাইনদাই য়াম্না হুংগ্রাই হ.য়ন, বীধিনা ফংদে। অহুবু ইত ঐখোইগীদি কদাই ?

'ঐখোইনা লম্বেল লাহ্নমাল্লে, সুংঙাইবা অসিদি ফত্তবা থবক তৌরগা সুংঙাইগদবা ওইরমাল্লে। সুংশিবনা ঐখোইগী য়েক্লবা ওইরমাল্লে'

'.হাই ইতা। পুন্সি বসন্তগী অয়ুক্তা সুংশি ইপাক অহুদা অশাগী হিরেন তোংহুনা হোল্লকপদ: কল্লক য়েংথিবগী নোংলৈগী শাকুনা ইপাক অহুগী লমথুংকম য়োত্রিঙৈদা হান্না হুমদোক্লগনি। অহুগা লমথুংকম অহুবু য়েংহুনা ইয়াই অহুদা লুপকেং লুপকেং তৌনা অরোইবা পিয়াংনা মাইখোং পুমচোং চোংনা লোইগনি হাইবসি ঐ.থাইগী লৌশিংদা য়াওরমত্রমাল্লে '

'অহুগ: ইতা! মীওইবগী য়াশি হাইবা অসিমনু অঙকপনি মহাক য়াওকবা অহুদি সুংশিবা য়াওদে, মখোইগী মমাইহু ঐদি তুকচল্লে'

'ইত: মহুতনা নিংঙোলগী অশা ময়োন চিকথংলিবনি'

'কামত্রবা উজাও থরগী মরক্তা হৌবা মমল য়াম্নবা পামেল ফমচাহু উজাওশিংহুগী পথ পুমথরকপা মতমদা অঙকপা ফংনা

চাওরকনি, অদুগা কনানসু পিকই হাইদুনা শিংথাবিরমদ'দো মতমদুদা মচাকপু মমল কয়া কাহনব'। অদুবু অদুগুম্বা মতম অদুদি অচুম্বা ঈশ্বরগী থুংশেমদা শোইরোই। অদুবু পাংজদবী মুজ্রাদি মতমদু য়ৌথনবগী শক্তি লৈজত্রে'

'পাংজদবী মুজ্রা ওইবি এথোইদি বসন্তগী হৌরিব অশাগী পামেলশিংদু ইথং থংহৌদনা থুইর্থবদা অমুক তেকথংলক্কনি হাইবসু থাজদে, অদুগা অমুক অতোপ্পা অশা অমা চোংলকান হাইনা থনবসু ওইথেক্কনি'

'মুংদা ঈশিং চাইরা!' মুং অদু পেংহনবা নত্রগা অদুম চেংহনবা ওন্নবদি মীওই সমাজসু ফিভম অমা হোংলমগদবনি। মুংশিং অদুগী অকুংবা চাং হেল্লি—অদুগুম্বা মকমদ ঈশিং চ দে। মীওই সমাজদসু ঈশিংচংবা ওমদব মকমদু অচুম অয়ান থাইদে লৈথোক লোইনা অশা চাওনা পোমজরিবদুনা থোইমু কয়া কয়া শক থংজরবা লৈরাংদুবু শাংত্রিভৈদা থুজিন্না শিকতংতনা মাংহনবা ওম্বা মহাক অদু মুংদা ঈশিং চাইবদ মুং অদুবু চোংহল্লবগী থবক অমা চাওনা তৌরি। মতম চুপ্পদা মুংশিং অদুবু চোত্তনবা কয়া ওাকশেল্লি।

মুজ্রা ওইবগী মকমদ ফত্রবা চন্দ্রসিং মুজ্রাগী কাদা চংদুনা য়ারেম ওাংবা হৌরক্লে। বাসন্তী মহাক্কী মতোংদা তুকচব উত্তুনা লৈথোকলে। অদু কাওবা চন্দ্রসিং অনম কনবা উংলি। সুনিতা মহাক্কী মতৌ খেংনিংত্রদুনা মতারোইগী মকমদগী মুনিং অদুগীদমক বিদাই তৌথরে।

ওহোকপনিদা ! চুচাশিংগী পুন্সি হসন্তদা নি জবা লৈকোন কয়: কয়া শেম্মুববু, নিংখিবা কজবা লৈরাং কয়া থারুববু লৈহাও রাংলক্র ? কয়বা পাযেলদা করবা লৈরাং পাম্বীদা হৈরাং লৈরাং পানগদগে শাংলদগে ?

——

# ২১শুবা মতাং

' তিং তিং চাওরো চুমিংনা কারিভৈদা কাহোরে, থবীনা চাওরিভৈদা চাওহোরে.' হায়বা য়াহৈশিং অতু তাবদা মমা ওইব-শিংনা মচাশিংবু কয়া থুনা চাওহনিংবা হাইবতু থংবা ঙম্মু। কনাগুম্বা চুংঙাইবা মশক থংজত্রবী লাইয়বী মমা ওইবিশিংনা মচা চাওরগা চুংঙাইগনি হাইনা অশা তৌনবা কয়া অমসু থেংনৈ । চুংশিবা ঙাক্তনা মচা ওইবশিংবু য়োকপা নত্তে, মওং অসিনসু থরদসু পাংবা ঙম্মি। অতুগুম্বা চুংশিবগী মথক্তা য়াথল অতু পক্লবা মমা ওইবীশিংনা মচাশিংবু কয়াদা হেন্না চুংশিজবা ? অতুক চুংশিবা মীচুংশি অহু লুপ্রা ওইবী থম্বালগী মকমদা লৈতবা নত্তে হাইবতু থংবিদবা সেলুংবনা মচা অনিতুবু যাংহনব্রে । অতুগা লাইবক ফবনা অমদি থেংনজরে । ফংলিবা অতুবুসু অমুক হন্না যাংহনবনা মহাক্কী মথৌনি হাইবসি থম্বাল অতৎপা লৈতনা থল্লি। নোংমতং থেংনা হল্লকপদা অরাবা তাখিগত্র থনবদা মথক্তা মনিংদোন পোমজন্নি অংরোমদা কন্নিগুম্বা মহাক্কী মচা অতুবু

লৈরম্বিগদ্রা নত্রগা মথাই মাংলমগদ্রা, মহাক অহুবু কুব্লিগুম্বদা থিরুম্বদা ফংগদ্রা থল্লকই। মতোম্দা মচা নিপা বিজয়ন, মমাংদা তাথিবা জগনবা থেংনখিরু মহাক্কী মচা ওইরবা য়াই থল্লি। থল্লকপদা মহুগা পোইননা মাগা লোইননা লৈরিবা মচাগা তারগে থল্লক্লে। মচানা চংখিবা অহু ভাইদনা লৈরে।

নোংমা মরাক্তদ্রা মরাক্তে, হুমিং ৫/১০ নি হৌজনদ্রে। নোংমা নোংমগী মিপাইবা হেনগৎলকই।

থা অমগা মথোই কাবা হুমিংনি, নিংথৌ অমম্ভুং মহাক্কী অত্তম অংথৌ পুম্বক থুংলরে। থম্বাল মচা ওকপা থোরক্লি অহুবু নোংদম্বনা শিনবা মীওইবা। থম্বাল মচা কাইনৌ তমথ্রবোই, মচা য়াওরকপা উদ্রে। চিংনবা কোঙ্গাই কয়াগা নিংথৌগী মনাক্তা চংজরক্লে মরাই লুক্না থুরথহুনা। হায়জরকই 'ইনিংথৌ ননাই তোল্লবীগী ইচা অমদি ইচা শক্রবা হিরাচন্দ্রনা মকম কৈদা লৈহৌরবনো, করম্ব হুমিত্তা মকম অসিদা য়োরক্কদগে?' মতু তারগা নিংথৌহুন হায়রকই 'নহাক! হুপী নং বিজয়গী মমা? নচানা লম হেল্লগা মথাদা তাইনগনি হায়বা নহাক খংদ্রা? নহাক নচা লমহেনবা পোকপগী হুংঙাইবা খংদ্রি। তাউ নংগী নচাহু ঐহাকপু পৌনমহুনা ঐহাক্কী কম্না মাংনবা তৌরগা চংথ্রবনি। মহাক্কী মরম শেংনা তাকউ অহু নত্রবদি নহাক ঐহাক্কী ইকমদগী দণ্ডি, নহাক খংদ্রা?'

থম্বাল—ঐহাক্কী ইচানা ইনিংথৌগী মকমদা করম্ব অকাইবা তৌথ্রবগে? —— করম্বা অকাইবা?

সেলুংবনা অমুক হাইরকই 'নহাক্কী নচাহু মফম খুদিংদা থিগনি, অফংবা মফমদা মহাকপু মকোক্কা ভোঙাম্না মশানা ভোঙাম্না লৈহুং চনগনি' থম্বাল—তুমিন লৈয়ু! পুকচেল ফত্রবা—নহাক্কা ইপুরোইববুসু মাংহনগ্রবমক্তদা অচৌবনি হাইহুনা ইচাবুসু মরান পিশনবা নহাক্কা মীহাৎ মীপুনবী বিচার লৈতবা শা ঙাগী লমদা চাওজবনি।

নিংথৌ—তুমিন লৈয়ু! মপুরোইববুসু মহাক্কা হাংথি, নহাকপুসু, নচাসু লোইনা হাংকদৌরিবনি।

থম্বাল—ফত্তবা নিংথৌ! নহাক্কা পানবদগী লৈবাক অসি করি ওইরবা নহাক থংদ্রি, সুপী ওইবগী লমচৎ মাংহনবা, মীগী মপুরোইবা লৈবা সুপীবু লোদা ঙম্ব—নহাক্কা অঙম্বনি হায়রহুনা মীরাথোক্তবা নত্র! নহাক্কী অসিগুম্বা পাপকী, লৈবাক অসিদা লৈজনিংদ্রে, ঐহাকপু থুনা হাংলু।

চন্দ্রসিং—কৈ, নথোইগুম্বা, অতোনবা ময়াম লৈরগা লৈবাক অসে চাওখৎপা রাংলি। লাইরব নথোইনা থবক্তি শুদনা মীঙোম্দগী নিগদৌবত হোংলৈ। অহুগী শরুকপুদি শিজথে, শাগে জাৎসু ফত্তবা নহাক্কীনি হাইবসু কনা লৈতবা, নহাক্তি লৈবদা সুংঙাইরোই, ঐথেই ফত্রবসু অমা মরাইনা লাকচনি।

নিংথৌ—কৈ হাংকনি, নচাহুগী অশেংব ভাকউ অহু ওইরবদি নহাকপু কনগনি।

———

# ২২ শুবা মতা

পাক চাওরবা মরা পুক্সিগী ইরেন্দা কল্লক য়েংথিরুবগী নোংলৈনা হুম্বত্তগী শাকুনা ও খিবা মহাক অত্তনা নোংলৈ অত্থ কদোমদগী লাকপনো থংহোবা নত্তে, থজহোবদি নোংলৈনি হাইবা অসিতনি। অমরোমদা 'মীনা শিনবা অমা লাইনা শিনবনা অমা'। কনাগুম্বা অমনা অরোনবা অমা তৌবত্থ ঈশ্বর মাগী থৌরমদ. মৈব্ কিনা কুপ্পা য়াদে হাইবত্থ নোংমা শেনা অত্থম মউংলকই। অদুগুম্বা ঈশ্বরগী থুংশেম অত্থজি অপংবা মহাক অত্থ থংলমদে। মহাক্কী অরোনবা অত্থ অকবা থবক্কী ওইরবস্থ তাইবং মীনমলুংগী মতম থরদং ওইরবস্থ অরাবা ফংকম থোকপ্রা ?

রাজকুমার অত্তনা অরোনবা থবক কয়া তৌহনা মরেংবাক্কী অমদি মহাক্কী কিভম চেংনবা হোংনরি। থাজবা থরদগী নিংথৌ অত্তনস্থ নিংথৌগী থবক পুম্বা মঙোন্দ শিন্নরমল্লি। বিজয় অমদি হিরাচন্দ্রগী মতৌ উবদগী মহাক্কী পুক্সিংদা থর চিংনবা পোক্লবস্থ থোইদোক্লা থোইজংলুদ্রবনি। অত্থবু সেলুংবনচিংবা অওম্বা থরগী মচিন্দগী রাজকুমার অত্থবু থা'জৈশেংনা রাজবিদ্রোহি ওইনা থল্লে। বিচার তৌবা তৌদবা নাইদনা মহাকপু হাংপা হাইনা লেপল্লে। কারগুম্বঃ মহাক্কী অরোনবা অত্তনা অচুম্বা তাকথোক্লবদি দণ্ড থর তৌরগা মথ্থাই কনবিগনি। মহাক্কী অরোনবা থংনবগীদমক মমা মহারাণী অত্থবু কৈগুমশং মন্নুংদা লৈরিবা মচাগী মনাক্তা থারক্লি।

কৈশুমশং পায়বা খুদিংমক রাণী লাকপা উবদা য়াম্না নোম্লুকপা উৎতুনা মফুংদা পুশনলক্লে। রাজকুমারতু মমা লাকপা উবদ লৈখোক্লুনা লৈরি। রাণী অতনা হায়রকই 'কুমার ইমা লাক্লি'

রাজকুমার—কনানো ঐহাক্কী ইমা লৈতে।

রাণী—নহাকপু পোকপা মমা ঐহাক্নি।

রাজকুমারতু মমায় লৈখোরক্লুনা শাওনা হায়রকই 'নহাক ঐগী ইমা! অদু ওইরবদি ঐহাক্কী ইপা কনানো? হায়মু ঐহাক্কী ইপা কনানে? রাজকুমারতুগী হংলকপা রাহৈশিংতুগী পাওখুম পিবা ঙমদ্রে, তুশিন য়ৈশন্দুনা লৈরে। কুমারনা অমুক মখা তারকই ' নহাকপুদি ওক্রবীশিংগী মশিংদা চনহনবা কুইরে। পাপচেনবা নিংথৌ অসিতনা পামজবদগী রাণী হাপ্পনি। ঐহাক নহাক্কুম্বা ওবত্রবীশিংবু নিংদে চৎপখ্রে।'

রাণী—নহাক মতোইনর?

কুমার—মরাল লৈজত্রবা ঐহাক্কী ইপা অতুবু ঙম্মি কম্না হাইত্নুনা নমহংখিব, অতুগা ওকত্রবী নহাকমু অচাওরম কানিংবা মীমুংশি খংদন; নশামক্কী নপুয়োইবমু মীখুত্তা শিন্নখোক্লুনা নশাগী মুংঙাইনবা য়েংবা, অতুদমু নওনা ঐহাক্না তৌবা খুদিংদা য়েংশন্বা। মীওইবা হাইবসিদি মশাগীদা য়েংলোইদবনি। য়েংবা তামনমু মশাগীমু কনবা সমাজগীমু কনবা... অতুদি নওনা নশাগী য়েংবদা সমাজবু উৎ ওইনা উরি। সমাজগী মকমদদি নহাক্কী করি থনবা নত্তে, কত্তবা থবক তৌরবদি মহাক অতুবু সমাজনা কয়া থিনা ঙাংনবা নহাক থংত্রি।

রাণী—নহাক্কী অহুগুম্বা নপাবু উশিত্তবা, মমা মশক খংদবা অমণী মপাবু ছনবগী রাঙাং অহু ভাগে হায়হনা লাকপা নত্তে। ঐহাক অসে কনানো পংত্রা? ঐহাক লৈবাক অসিগী মহারাণীনি। নহাক্কা নিংথৌগী শাগৈদা পোকপসু নত্তে। ঐহাক্কা য়াদবা মুমিং অমদা খংলেদন.........। নহাকপু ইচানি হায়হনা মুংশিবগী পাংভৌ ভৌবনিদা, নহাক ঐহাকপু খংলমত্রে, অহুবু ঐহাক্কি কাইরম্লোই নথাই হিংনবা ভৌজহৌ। নহাক্কী অরোনবহু ভাকউ—ভাকু অনিহু কদাইদা লৈ?

কুমার— ওক্তবী মপুরোইবা মশক খংদবী নহাকপু খংগত্রা? ভাজো নহাক রাণী ওইরবসু নপাকল কল্লবসু শেল পাম্বা মীনুংশি খংদবা থরদগি, ঐভোন্দা মহু য়ারোই! নহাক ঐহাক্কা মরি লৈনদে ইমাই অসি সমাজদা উংপা ম্রাত্রে। পাপ চেনবী নহাকপু উজনিংদ্রে চংপিদ্রে', অহুগা অমনা ঐহাকপু করম্বা মুমংতা লৌশিন-ঋিগদৌরিবনো? পাপ চেনবা নখোইগী নরক্তা লৈজনিংদ্রে।

রাণী অমুক নেমখহুনা হাইরকই 'নহাক্কা নিংবা থুংদবা করা লৈরবসু নপাবুং অসে অইন ওইশনলক্লে। মহাক্কা থুপগুবদা ননিং ভৌজহৌ। ইমা করি অমত্তা হাইরোই। অহুগা নহাক্কা নিংইবা অহুদি থাদোকউ মখোই অমি কদাইদা লৈ? হাইদোকউ

কুমার—ঐভোন্দা মহু য়ারোই ইশাগী য়েংনবগীদমক্তা মখোই অনিবু মাংহনগত্রা? মহুদি শাগী লমচংদি। অহুগা মখোই অনি অহুদি লাইগুরবা মশাগী ওইজবা থিত্রবা লৈবাক প্রজা লাইরবদা অভোনবশিংদা থৌজানবনি। মখোই অনি লৈরমত্রবদি লৈবাক-

কসিদা লাইরবা অতোনবশিংগী লৈকম লৈরম্মোই। অমগা অমগা য়েংশিনহনা মপু পাম্দবা হায়বহু ওইরমগদবনি। মখোয় অনিবু মাংহনগদবগী মহুত্তা ঐহাকপু হায়......। ঐহাক্তি নিংথৌগী শাগৈসু; নত্তে—অসিগুম্বা শাগৈদা পোকই হায়বসু পামজদে। নশান পাম্লবদি অপাম্বা থবক চথরকপা য়াগনি। চৎলো থুনমক চৎপিরো।

রাণী অহুনা শাওনা চংশিল্লগা মচাহবু থুবাক্লা থারগা হায়রকই 'নহাক্নু অমা মাংবদি লোক্তাক্তী থরোই অহাম্বা অমা মাংবগুম্বনি, থংব্রা? 'রাজকুমারহু শাওবনা লুতোন কাপ্রে—হাইনি হাইরোই থং খদ্রে 'ওক্তবী! নহাক ওসি ঐহাকী থেং খুৎ পুম্লিবসি পুম্নমত্রবা নরাইবক অহুদা থোংপাক্লা কাওহুনা ইপা হাৎপগী লমন শিংলমগদবনি অহুবু মত্তাং চাখিত্রে 'হাইরকই।

তাস্ত্র অহুদা নিংথৌহু চংলক্রে। মখোই অনিগী মতৌহু উবদা নিংথৌ অহুনা হাইরকই 'কুমার নহাক নওক য়াম্না হাইগৎ-লেনা, নমা ওইবশিংগী মকমদা অহুগুম্বা য়া শিজম্নবা য়াব্রা?'

কুমার—করি? নহাক ঐগী ইমাব্রা? নহাক ইমা নত্তে। নহাক্তি লৈবাক অসিগী খাইদগী ওক্তবী অমনি।

নিংথৌ—অহুদি নহাক ঐহাকী য়েক্লবা——।

কুমার—মাশি, ঐহাক মখোইগী য়েক্লবনি। করিগী ওইরোই, ইপা হাৎপা নখোইবু? নখোই ঐহাকী য়েক্লবনি নখোইনা ইথক্তা তৌনিংবা তৌবা য়াগনি।

নিংথৌ—অহু ওইরবদি নহাক হৌজিকমুক থংব্রা——?

নাকনদগী থাং শত্তুনা রাজকুমার অদুগী মঙক কক্লগে হায়দুনা থোরাং তৌরক্লে। রাণী অদু ঙক্লা য়েংদুনা লৈরে। ভাক্লা অদুদা মন্ত্রী অমা চংলকুনা খামলরে। নিংথৌদু শাওনা হাইরকই 'নহাক মহাক্কী মীরা হাইয়ু'। মন্ত্রীদু কিনা খুম্নকই 'মহুত্তে ইবুঙো! হাৎপা তারবসু বিচার তৌরগা মশাগী থাঙাং ভারগা মীয়াম মাংদা লমহেনবা মহাক অসিবু মথাই লৌগনবনি। মীয়ামবু মহাক্কী লমচৎ অসি লোইনশোইদবনি। করিগী ভহা ভহানা হাৎকদগে?' নিংথৌদুদা রাখল তৌন হাইরকই 'ফরে নহাক্লা হাইবগুম মীয়াম মাংদা' রাজকুমারদা ওনশন্দুনা অমুক হায়রকই 'নহাক ঙসি সুমিং হুমনিগী মমু'দা আরপ্প থংহনলকউ'

———

# ২৩ শুবা মতাং

মশা মশাগীনা য়েংলবা মীওইবনি। অদুগুম্বা অদুন রাখলদা চংবদগী পোকপদগী শিবা ফাওবদা মীওইবা হাইবসি জাৎ কয়া কয়া, মীওং কয়া কয়া থাইদোকপা উই। ঈশ্বরনা শেম্বা মতাংদা মীওইবগী রাখল অসি লৈরমত্রবদি সংসার অসি শেম্বগী থোইদোকপা মগুণ অদু য়াওররোই। অমরোমদা রাখল অসি হেন্নবা মীওইবা অদুসু সমাজগী অমদি ঈশ্বরগী মফমদা অকাইবা কয়া ওইরি। মশাগী ওয়া য়েংবনা মশানা হেল্লি হাইবা অমা পফুনা অতোপ্পবু মীশক থংবা য়ানরি।

রাখল অসি হেল্লবা চন্দ্রসিং, নোংমা নোংমগী মাপল কাবা হেনগৎলক্লি। মহাকপু খীনা ওাংনবা অতুদি মহাকপু কিবদগী কনা অমত্তনা মনাকোং য়োহন্দ্রি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হোৌনা মহাক্লা পামজবা পুম্নমক মীপুম থুদংনা য়াংহৌই নিংই। মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী থাইদগী অমাংবা ওইরি। মহাক্লা য়েংবদা ফুজ্জা ওইবী থুদিংমক মহাকপু পমার্জবগুম থল্লি। মহাক্লা অসিমম্ব থল্লি অতোপ্পা চন্দ্রাশিংদি মহাক্কী ওইবদা মতিক চানে, মশকখি। সেলুংবগী মমোমলোই হাসন্তী অতুম্মা মহাক্কী ওইগদবনি। মহাক্লা বাসন্তীগী য়েংলকপা মিংয়েং থুদিংমক মুশিবা মিংয়েংনি থনবা ওন্মী। মহাক্লা লাকপদগী, মহাক্কী অচৌবা নাপলদগী মহাকপু য়ৈথংনিংবা ফুজা অহুদা মহাক্কী মুংশি রাহৈ ফোংদোক্লবদি অর্থ য়াম্না থেৎনরি, হাইবতুমম্ব মহাক কৰিমন্না থংদবগুম তৌই। মহাকপু শীনা চৈথা তারগা ফুপা মচানবু হমগাত্রা হাইবা কারেনবা রাখল অমা য়াওরি। মমাম্নবগা লাম্বা পার্বদি রাখল অতু শংনা পক্তে। মরম অদুনা মরাম্না মহাকপু পাংদবা মহিকনবা হাইনম্ব কৌনৈ।

হৌজিক ফাওবা মহাক হনবা তৌদ্রি। বাসন্তী মহাকীনি থনবা ওন্মী। বিজয়গী মফমদা রাখল অসি ইত্তং ওন্তনা ফোংদোক্লনা থংনরি। ঙৈহাক লৈতনা তাজ্জা য়েংলি—অচিকপা শাচন্নি।

বাসন্তী মনদা চংলুবগী অরাবনে, রাখলগী মৈচাকনৈ, মুংশি শেংনবগী অরাবনে পুন্নহনা মশা অতু অমাবা হায়বতুমা ওইরগে। খোহবা লায়না ওয়না তৌবদগী কনাগুম্বা মাইবা কল্লা কল্লা

মাইথিবা কংছুনা হয়ম্রে। খংদবা খয়না চুয়গী অনাবনি হায়ছুনা য়েংবা লাক্লি। অদুগা অনম কল্লবা চন্দ্রসিংসু সেলুংবগী য়াথং কংলছুনা পামজবীদুগী কিবম য়েংলি। অদুবু বাসন্তী অদুদি মহু উরগা খোইনহুম খোইদো শাওগংলছুনা কিবম কন্তবা হেনগংলক্লে।

তাঞ্জা চাবা ওইদুন লৈরগা চন্দ্রসিং মাইবা চংখোকখিবা মতাংদুদা বাসন্তীগী কমুং ময়াদা কমদুনা খোজাল হৈবা উংলুরি। অদুবু মহাক্কী কিবম অদু নাপন তোরগা কজবনি, খোজালগী মিংয়েং য়াওদে। মহু উরগা বাসন্তী অদু অমুক হেন্না খোইদো শাওগংলছুনা মমাই অদু লৈখোকল্রে। খোজাল অদু পামদবগী মওং উংলি। মহু উবদা চন্দ্রসিং ইকাইবা পোক্তি। খর অমুক নকশল্লগা হাইরকই 'ইবেম্মা বাসন্তী খর কল্রিব্রা' ? মহাক্কী বাহংগী পাওখুম কংক্রদুনা অমুক অনম কনবা হোৎনরি, হায়রকই 'করিগী অদুক শাওরিবনো ?

'নঙোন্দা কল্লিমন্তা শাওদে, লাকনু নহাক উয়গা ঐগী অনাবা শরুক হেনগৎলকই'

'ঐহাক চৎচরগে, অদুবু অরেপ্পা অমত্তা হাইয়ু'

'করম্বা অরেপ্পা ——— ?

নহাকপু ঐনা কুইনা নিংজরকপগী '

'অপংবা নহাক্তনা মতম মাংহনজখিবা, কায়রোই' লাইদবু মতম চংনা নিংলগা মানা মানা নিংজবা থুংহনবনি। ঐহাক লাই নত্তে। ইশাবী মাবু লুনা নিংজবী ঐহাকনি। ইশাবীগী

মায়োক্তা নহাক্নুম্বা হিংচা য়াইতম্বা চিংসা তৌবদা অরেপ্পা লৈতবা শা অমদা নিংবা থূংহনবা ঙম্মোই'

'হাক্লা নাপন কাগনু, নহাক নশানা য়াত্রবসু নপাবুং লৈরি। অরেম্বদা রাখল মাংহনগনু' হয়েং মতম অমদা ঐগী ইথা পোল্লবদা ঐহাক্কীসু লমন লৈ কাওগনু'

'নহাক অহুমকা থঞ্জরিবোই, ইশানা য়াত্রবসু হাইবা। ইশানা য়াদে—কনানো ঐবু ঙমগদবা? থরাই য়াওদ্রবা হকচাংদি নংগী ওইথিবা য়াই। মতুদি লৈবাক্কি—অহুগুম্বা লৈবাক পাম্বগীদমক নহাক মী ওৎলি। শা! নহাক শানি। মীওইনা পোক্লগা অহুগুম্বা লমচৎ চৎলিবোই'

বাসন্তী শাওবা হেনগ্রমাল্লে মনাক অহুরাইদা লৈরম্বা মহাক্কী অনাবগী হিদাক্কি হাইদনা মাইবনা শেম্লম্বা মমল য়ামগ্রবা অহু পাত্রগা লোইননা চন্দ্রসিং তম্না হুনলক্কি। চন্দ্রসিং অহু পানবদি পানহৌদ্রে, মথাই সুংঙাইতবনা লমন শিংগে থল্লক্লে। সুজা অহুবু মাংহনগে হাইনা থনবা হৌরক্লে। তঞ্জা অহুমক্তদা সেলুংবা মচাসুপীগী কাদা চংলকই। মচাসুপীগী মতৌ উবদা চৈরক্কি 'বাসন্তী নহাক ইপানা হাইবা ইল্লরোইদ্রা? ওক্তবী! নপা ঐনা হাইববু নহাক লৌদে। করি কামত্রবদা লমজা মচা অহুগীদমক নহাক মাংনিংব্রা? মীমাং থোকত্রিঙৈদা তোকচহৌন ত্রবদি চোপচনি।

বাসন্তী শিনি নানি হায়বা থংখিদ্রে থুম্লকই 'মহাক্লা লমজা ওইবদি কনাগী থৌশিল্লো? পাবুং নত্রা? মীগী মমা মপাবু কাইনহনবা পাবুং নত্র? করিগী মীগী মচাবু অরাবা পীরি।

পাবুংনা শিনবা ভাকুনি—মহু শাগী লমচৎনি—মহু নমোম ঐদি য়ানিংদে'

সেনুংবহু শাওবনা কি কি কামলে হাইরকই 'ওইজমহু ওক্তবী! মানা তৌজবা পাপকী দৃষ্টীনি। নহাক্না ঐহাকপু য়ারক্লি—নহাকপু ঐহাক্না য়ারক্লগা! লমজ্জা মচা ওইনবা ঐনা শিনবনি হে জিকস্ু মথাই লৌনবা থিরি হাইবা নহাক খংত্রি ওক্তবী'!

'করম্বা পাপ! পাপ তৌবদি পাবুংনি'

সেনুংবহু কোনুংলোমদগী বৌবা লাক্লহুনা 'তুমিন নৈয়ু' হাইনা লাওরম্লগা অহুম চৎখ্রে। চন্দ্রসিংস্ু মতুং ইন্নখ্রে।

---

# ২৩শুবা মতাং

রাজকুমার অমদি খন্বানগী অন্নাবা ভাখিবগী পাও পুন্নমক বিজয় অমদি হিরাচন্দ্রনা ভাখ্রে। করিগুম্বদ, কণ্ডবশিংদুগী মথুক্ত: মখোই খন্বাই মাংখগদ্রা হাইনা চিংনবা হৌরক্লে। নৈহাক্তা নৈতানা নৈবা ওন্নক্লরে। মমা অমদি রাজকুমারন্থ কাম্নংবমা বিজয়গী রাখলদা অভংপা নৈতনা অন্নাবা ভারিবা মখোই অনিগী মকম য়ৌনবা ইমশননলক্লি। বিজয়গুম হিরাচন্দ্রস্ু মখোইগী জিবম অমা য়েংনিংবা পোক্লক্লে। মখোইগী মরক্তগী অনৈমবা নিপা মরিমক্তা লোইমনা মথুং চাবা থুংলাই অমমম শাইদুনা অরোমবা কিদুক্লি শেংবুনা কোনুংলোমদা লাক্লে। মখোইনা মকম থুদিংদা

চৎতুনা য়েংবদা তাঙ্গা অমত্ত ফংদ্রে। মকমসিদা মখোই তরুক ঙুমিং হু'ম্ন মরিনি ফাজনলক্রে।

মরিনি শুবগী অয়ুক্কি মখোই তৌফম খড়তুনা হয়বগী খোয়াং তৌম্নরক্রে অদুবু তশেংনা কনা অমত্তনা মাং থানা চংপ ঙম্নদ্রে। মখোই অনিবু ঙংশিবত্তু থম্মোইদগী চথোকখিদ্রি।

অচৌবা কৈথেন অমা মীনা ক্রক ক্রক ইগ্নরি। অরৈবা কয়া অয়োনবা কয়ানি। ঙুমিং অদুদি মী অমুক্ক হয়া তিল্লি। থম্বাল অমাদ রাজকুমারতুবু মতিক চাবা দগু কৈথেন অদুদা পিগ-দোরি। মীয়াম পুম্নমক মখোইগী মতৌ তমদনবা কিহনগদোরি, নিংথৌগী অকনবা চৈরাক উৎকদোরি! বিজয় অমসুং হিরাচন্দ্রসু মখোয়গা লোইনবা মীশিংতুগা মত্ত তারহুনা কৈথেলগী মতাই ওইরপ্না লোম্না লৈরি।

ইথং থহোদনা মাইকৈ অমরোমদা মী পুম্নমক ব্রা-রা লাওনা ওমশম্নরক্লে। বিজয় অমসুং হিরাচন্দ্রসু মাইকৈ অদুদা ওনশনলুরি। মীরক ওইনা বিজয় ঙুপী অমবু থুংলাই পাইবা লাম্মী থরনা ইল্ল ইল্লতুনা পুবা উরি। ঙুপী অমনা ইকাইনা মমায় অতু লুকথনা মশা ইচোক চাকথনা চংলি। ঈল্লিবা ময়ামতুগী মরকুপী অমনা মীয়াম অতুগী মমাংদা মহাকপু চৈ অমনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা ফুরি। শাফু অতুনা ঙুপী অতুবু য়াম্না অনাবা পিরি। চৈনাখোন অতু মশা তেকখোক্লুনা থাংলি। বিজয় ঙুপীতু মমানি হায়বা থলে—থুদক অতুমক্তদা শগোল মথকুপী চোংথতুনা থাংশাং শংলগা চেনশনগদবগী লাক্লরি। হিরাচন্দ্র

মহাক্কী মতৌত উবদা মাংলে হায়দুনা থামলি। মখোইগী মতৌত্
হেক উবদা শোইদনা অরাবা তাগনি হায়বসি মহাক্কা উৎলি।
ময়ামদুস্নু কুমথরক্লুনা বিজয়বু থামলি। বিজয়না হায়রকই 'মরুপশা
ঐহাক অসে, ঐহাক্কী তোল্লবী কনানস্নু হল্লা য়েংবদা উত্রবী
লাইরবী অসিগী মচানি, মচা ঐহাক লৈরি হায়বা উৎলমগে'

তাঞ্জা অদুমক্তদা থম্বালবু শাক্ত কল্লা ফুথরি। বিজয়দু
থাংবা ওম্লক্তরে। মমিত্তা পিনা পুমচোৎ চোৎলে—মশস্তা শোঞ্জরি
'ইমা! নচা লৈরিকো, য়াদবা মতাং পোকপে নচাবু বারৌগদু
নচানা লমন শিংলকখিনি'

থম্বাল অরৎপা লৈতনা ফুগরকপগী অমদি তুংশাগী মৈশানা
য়ৈবদা চৎপা ওন্থরে। লৈমাইথক্তা হাইথঞে। মনাক্তা লৈরিবা
রাজ কুমারনা মহাকপু 'ইমা' হাইনা মিংকৌদুনা কোনথংকে
তৌরি। অদুবু মহাকপু শেল্লরিবা ময়াম অদুনা মহাকপু ফুদুনা
চিংথোকখ্রে। থম্বাল মশাদু ইহিং নাইহিং শারে, অদুগী মথক্তা
খোরাংবস্নু পোকলক্লে। অদু ফাওবদা চাবা থকপগী হাথল
পোক্লে। অরৎপা লৈতনা কৌরি 'ইমাগী ইবুংঙো বিজয়! নহাকপু
ইমানা কৌবা তাদব্রা! নমাগী অরাবসি উত্রব্রা?'

চন্দ্রসিং মথুক্তা পাইরিবা চৈ অদুনা থম্বালবু হল্লা হল্লা ফুদুনা
'নচাগী লৈকম তাকউবে, নথাই কনবিগে' হায়রি। মাগী রাজাংতু
তারগা থম্বালনা হায়রকই 'নহাকপু ইচাগুম্বনি—করিগীনো ইবুংঙো
নহাক্লা ঐহাকপু অস্নুক ওৎলিবা? ইমাদি করি অমত্তা থংজদে।
ঐনা থিরগা বারকচগে। অদুগা ঈশিং থরদ শিথকউ—ঈশিং

ঐহাক য়াম্না রারে ঈশিং—ঈশিং-- 'নিংথৌহৃনা চংশনলক্লগা 'থকউসে' হাইহৃনা লাইরবীহৃগী ময়াদা মথোংনা কাওশনলে। অকনবা মথোং অহৃনা কাওবদা ময়াহৃ শোক্লুনা ঈ চেম্থরক্লি। 'আহ 'হাইরম্মগা থম্বাল নিংশিংবা থোক্লনা রাম্থব্রে। অহৃ ফাওবদা 'হোগংলু' হাইহৃনা ফুজনলি! অহৃবু হকচাংগী পাঙ্গল অমদি লোশিং য়াওব্রবীহৃদি লৈমাইথক্লগী হেনখিব্রে।

বিজয় মমাইহৃ পিত্তন পুমচোং চোংখ্রে। লোইনরিবশিংহৃসু মহাক্লুম অরংপা লৈতন পিরাং শিম্থহৃনা অরাবা ফোংদোক্লি। ফত্রবা নিংথৌ অমদি মহাক্লী মতুং ইনবশিংবু নিম্দ তৌরি। মশা মশাদা অরাবা পিবগা চপ মান্নবা থল্লি। থম্বালদ ফুবা খুদিংগী বিজয় মশা তেকথোক্লুনা থাংলি। থাংবা ওম্লক্লবা মতাংদা মমাগী মনাক তান্না চেনশনগে হেক হেক তৌই, অহৃবু মহৃ ওইথোকপা য়াদ্দনা হিরাচন্দ্রনা ইত্তং তত্তনা থামলি। মহাক্লা হাইরকই 'মরুপ! ঐহাকসু নহাক্লুম রারবা অমনি অহৃবু রাই তুংওাইতে হাইহৃনা হেক শিবা য়াবা নত্তে। ইমা মহাকসু মহাক্লী তুংগাইবা মতম লাকখিনি। ফত্তবশিং অসিগী মথক্তা লমন শিংলি তপথখো মরুপ!'

হে! লাইরবী নহাক্লী নরাইবক অসি ওন্থোক্লা থিব্রেদা নচা কাইনরে, নপুরোইবা শেংনরে, অহৃ ফাওবদা নহাক্লী অরাবা কোক্লি। কনাগুম্বা দুশীনা মথ্নাই শোক্লা রারবদি মহাক অহৃবু মপুরোইবা অমদি মচাশিংগী মক্লমদা থিনবিয়ু! মচুতদা মহাক্লী অরাবা কোক্লনি, অহৃবু নহাক্লীদি কদাই। ফত্তবা কয়াগী

শাম্নপোৎ ওইহুনা মীওই জীববু কয়াদা রাহনলিবা ? কৈথেলগী হুঙ্গাইরক্ত: উফুল রাইফুল তৈনা ঈহিং নাইহিং শানা শেগাইরবা ফিজোন কয়াগা লোইননা পুন্সি লোইয়ু তমগ্রবোই।

নিংভাইবা লৈতনঃ রাজকুমার অমদি থম্বালবু অঙকপা ফংনা অরাবা শিরবা মতুংদা মথোয়গী অশেংবা ফংব ভমগ্রবদা কাম্নগ্রে, মথোইবু হাংলগনি হায়না হুমিৎ অমা অমুক লেপগ্রে। অমুক হম্না কৈশুমশংদা পুশনগ্রে! বিজয় হিরাচন্দ্রসু হুংভাই সু ভাইতনা লৈহোরে।

হুংথিলগী শালবা মতম অমা লোইশনখিহুনা হুমিদাংগী অয়াম্বা শরুক হৌজনগ্রে। মম্বনা মীশক মীশা উরকত্রে। বিজয় হিরাচন্দ্র মথোয় লোম্না কোম্নুং মম্নুংদা চংলক্লে। লোম্না লোম্না চংলকপনা কৈশুমশং তাম্না চংগ্রে। মকমতু শংলম্ব সন্ত্রী পুম্নমক য়াম্না থৌনা ফনা মাগী মাগী তৌগদবা মথৌ পাংথোক্লম্মী। চংবা ভমগ্রহুনা বিজয় মরুম অমদা লৈশন্দুনা লৈরগা সন্ত্রী অমবু তুংলোমদগী থাংনা খিন্দুনা হাংলে। সন্ত্রিহুগী মফি মরোলহু মহাক্না অমুক শেংচনলে। কনামত্তনা মাবু ফাবা ভংদ্রে। থুননক রাজকুমারহুগী মনাক্তা চংহুনা মহাকপু কন্নবা হৌজিক লালগীদমক শেম শাবা লোইরে, নোংমা নিনিগী মম্নুংবা শোইদনা লাম্দারক্লগনি হাইন থংহনলুরে। মতুংদা বিজয় মমাগী মনাক্ত অমুক চংগ্রে। মমাদি মশাহু শোনবনা হৌগৎপা ভমগ্রহুনা থোংময়াদা ভুহুনা লৈরম্মী। মচাগী ফিবম অহু উবদা ভক্লহুনা ভৈহাক ভক্লা লৈরে মতুংদা হাইরকই 'নহাক হৌজিক কদাইদা লৈরি ?' মামাগী মতৌহু

উবদা বিজয় থোং অহুদা মকোক অতু বৈশন্দুনা অরবা থাংলি। মমানা মখা অমুক তারকই 'ইবুংঙো ইমা রা অমা হায়গে'

'করিগে ? ইমা নচাদা পুম্নমক তাকপিয়ু'

'জঙ্গলদা লৈহৌই হাইবহু নহাক অমুক থেংনরকপ্রে ? নহাক মাবু খংব্রা ?

'থেংনবকই, মহাক নিংথৌগী মচা ইবেম্ম দময়ন্তীগা লোইননা লৈহৌই—মরো'নম্ম খর খর থে'কহৌরে'

'মহাক নহাক্কী নয়াম্বনি, মহাকপু কাওগনু'

'চিংনরম্ম পুম্নমক কোক্লে' মমাগী খুয়াগী উকুন লৌরগা মকোক্ত হাপুন থোরক্লে।

---

## ২৫ শুবা মতাং

নোংমা নোংমা হৌজিনখিবনা খা অনি অহুম ফাজনক্লে। নোংমা নোংমগী তমশনলকপনা, ভাংশনলকপনা মীওইবা লমচৎ থংলমদবা মীরোল থংলমদবা মহাক অতু রাজকুমারী দবয়ন্তী মমাংদা মীওইবগী পুক্লিংগী রা কয় ফোংদোরক্লে। মীওইবগী মীহুংশি হেনগৎলক্লে। মতুনা রাজকুমারীতুনা মহাক অসিবু মীওই সমাজদা তিনহল্লগে হাইনা অশা তৌরক্লে।

অহিং অমা লেনখিহুনা, নোংঙাল্লে, নোংপোক থংবা মাইকৈদা মহৌশা লাইরেম্বীনা লাইবক্তা সিন্দুর নমহুনা মপুগী মতিক মগুন হেনগৎহন্নবা, মপু নিংবা ওইনা অমম্বা মকমদা থোংদাক্লবা

মালেমবু অমুক হন্না লানবিগে হাইবগী মতাগুম কোরৌরেনবু থূৎজেং পাজোইনহন্না মালেম থক্তা মিতাররি। অমম্বা মতাংদা অশিবগী শককম লোকুব: তাইবং জীব কয়ানা মাগী মাগী মশা ই-কোন্দা তাইবং মপুবু অশেংবা থম্মোইনা খুরুমজরি। অরাংবা পামেল থক্তা অমদি অনেম্বা মনা য়াওদবা পাম্বী মচাশিংদা চেক্লাগী জুরা জুর: তোংলি খরসু মনিং তম্না অতিয়াদা পাইরি। চিংলাইবক্তী হৈনম লৈনম চুরবা নামিবা মলয়ানা অহিংগী ঈশিং মরিক তিন্নহন্না পোমশাংনবী লৈরাং কয়াদা মংফাওনহল্লুবদা পোমশাংনবী শিংহু পামজবা থোইমু কয়া কয়া পাইরক্লনি হাইনা অশা তৌরুবদগী লৈরাং মপুংফানা শাংকাইরক্লি। লৈপান কয়াদা, হৈপান কয়াদা, লাইজ মনি কয়ানা কোরৌরেনগী মতেং লৌহন্না জীব কয়া কয়াগী মিত্তা ইরাং হৌরনলি। অরুবা লাইজথক্তা হৌবী পোমশাংনবী লৈরাং থম্বাল কয়ানা থম্বালগী মরুমদা লোত্তুনা থোইরুম মোমোন তৌরি। লাইজথক্তা কারকপা মনিংনা কাথৎ-লকুনা উপালগী উরুম ওইবা অমম্বা মকমশিংদা চংশিনখ্রি। ময়াং কংলবী ইফুং মচা মচাশিংনা অরৎপা লৈতনা অকুৎপা লমদুম য়েংহন্না চেম্বখিবগী মখোল অমদি উনারক্তা লিংলকপা কোরৌরেনগী মশেক্ল, ঔৈবদা জুজা অমসু মথংলেনবু য়াহৌহনলি। তুম্মুবা মপুং ফারবা মহাক অহসু হৌগৎলক্লে।

উনা থক্তী থোইনিং লাবা অমোম্না বসন্তগী ইপোম অহুদা তাওহন্না মথোক কারকপা পুজিগী অশা কয়া কয়া কো'দোরক্লি। অকুংপা উরক্তগী শজি লাবা অমোম্না মমিৎ মনা তথক তথক্লা

চেপ্পোরক্লি। মাগংগী চৈকুদা পামেল কয়াসু মুংশি চীল্লোক্লবগুম তৌরি। লাইজথক্কী লৈরাং থরো থম্বালদ শাকু কয়বা থোইমু কয়া কয়ানা মরক অদুদা হংথনা লৈরাং লৈহি নিরি। মীওই পুন্সিদা লৈরাং শকতম লৌরিবী মুজা অদুসু মথংলেন মাবু থুক্তেং পালোইন্দুনা চিংলি। উথোং অমগী ময়াদনি মুজা অদুনা হাইরকপা 'ইবুংঙো! নহাকপু ঐহাক্না মুংশিবনা ওসি কাওবদা ইপা ইমা কাইনরক্র। ঐহাক্কী নিংবসু থুংলে, অদুবু ......... '

'ইবেম্মা নহাক্কী নপাম্না ঐহাক মীওইবগী লমচৎ থংহনলে'

'অদুদা ঐহাক্কী চিংনবা অমত্তংগা নিংজবা অমত্তংগা......'

'করি চিংনবা লৈরিরগে?'

'নহাক মকমসিদা করমতৌনা লৈরম্মিবনো মদু তাকপিয়ু'

'মদু তাও ঐ হায়গে, মতমদু ঐহাক চহি ৭ | ৮ লোয়ম-গুম্বা গুরম্বা য়ারে, ঐনা মকমসিদা লৈথিবদুদা'

'করম্না?'

'অসুক কুইবসি ঐগী মিওগী পি তাবকত্রি, অদুবু নহাক্না মদু হংলবদা ঐহাক মমাংগী পুন্সিদু মমি শামি উরকপদা করিগীনো পি তারক্লিবসে, তশেংনা তাইবং ময়া চংলব্রা?'

'ঐহাক মদু তাজগে'

'নোংমা ঐহাক ইমা ইপা অমদি ইনাও অমগা ঐথোই মরি কুইম্ন অমা য়েংবা চৎলুই। চিংথোং অমদা মী থরনা ঐথোই লোইন কারে। থরনা ঐবু পুরক্লুনা লোক অমদা থাদরম্মী

ভারকপদা ঐহাক য়াম্না ঙকখি অদুবু করম তৌখিবগে হাইবদু করিমত্ত খংহৌদ্রে। মতুংদা ঐহাক লোক অদুগী নাপী হাপুং অমদা তুমহুনা লৈরম্মী। মতমদু নোংঙাল্লমদাই ওইরে। ঐনা ইঙক ঙক্না হৌগৎলগা 'ইমা' হাইনা মিৎ উইশিন্দুনা খাংই—অমুকস্তু পাংথোকই, অমুকস্তু অ?ম মউই মমৈথংদদি জ্ঞান ভারক্তুনা খোন থোক্না কপ্লে। ঐগী খোঞ্জেল ভাবদা জঙ্গলগী শ পুম্নমক লাও থোংবা হৌরক্লে। মখোইগী অরুম্বা খোঞ্জোলদু ভাবদা কপ্পা অমুক তোক্লে, কপ্পস্তু কিরে, চৎপস্তু ঙমদ্রে। মতম অসুম হৌখিহুনা নোংপোক খংবা মাইকৈদা তুমিংনা লংনা থোরক্লি। ভাইবং পানবা মঙাল কাওরক্লবদা অমম্বদা হৈনরবা শ: কৈ পুম্নমক অশোংবা মকমদা চংপ্রে।

ঐহাক জঙ্গলগী ফিবম উবদা ইঙক ঙক্লে। ভত্রনা ইমাবু কৌহনা কপ্লি, অদুবু খোঙ্খাং য়ৈবা নত্তনা করিস্তু খোইদোকপা ভাখিদে। তুমিং থেংজনলক্লবদা অরাম খোয়াংবস্তু পোকলক্লে। মহু কোক্লবা চিঙ্গাক থিবা হৌরক্লে। উচিন নাচিম্না লোক অমগী মপান য়োরে। কোইথি থিহুনা অনেম্বদা পানবা উহৈ খর হেক্তুনা চারে। অরাম খোয়াংবা কোক্লবদা মহুগী অমুক খনদ্রে, অমুকস্তু ইমা ইপাবু কৌহুন চেপ্লি। অদুবু মুংশি হৈতবা তিংখং অমনা যুহনা ঐচাকপু জঙ্গলদা অসুম লৈরুগদবনি হাইবগী মতাগুম খাম্লে তুমিংনা থেংজনলক্লবদা পাখংপা অমগা লোইননা অমুক চেল্লক্লি। লম্বীদা ঈশিং ভুংবা লোক মচা অমা অমুক থেংনরে

মহু উবদা ঈশিং অমুক থক্লিংলহুনা কুমথহুনা থকপা হৌরক্লে তাঙ্গা অহুদা চুংলোমদগী অচৌবা কৈ অমনা শুংলহুনা ঐহাক তম্না চোংশনলক্লে। ঐহাক মকমহু থাদোকহুনা চেল্লি, শাত্ত অহুম তাম্নরকই। লাইবক ফবনা মনাক অহুল্লাইদা অয়োবা ঊ অমদা অহোবা অমা লৈরমহুনা মহুদা চংলে। শা অহুদি চংবা চক্লে মতমদি হুমিং তাশিনখ্রে—শ. অহুনা ঐহাক থোরকপা ভাইরি।

অহিং অহুমা অহোবা অহুদা অতুম লেপ্লে। নোংঙাল্লকপদা শাহু তুমহুনা লৈরম্মী। ঐনা কিনা কিনা চেকশিন্না মকমহুদগী থোরক্লে, অহুবু লম্বীদি হঞ্জন হঞ্জন চৎলে। অশেংবা লম্বী থত্ত্রহুনা ঐগী হুংঙাইগদবা মকম চাবা য়েংহুনা লৈরকপনা ঙসি কাওবা অসিদা লৈরিবা অসিনি—ঐহাকী ইপা ইমাহু লৈরমখিগত্রা ?

'মহু লৈরমখিবা ওইসহু'

'মথোইহুগা থেংনহুনা মচা ওইবগী হুংঙাইবহু কংলবদি পুন্সিগী নিংবা থুংলগনি'

'মহুসু পাংথোকপা ঙম্নবা, ঐহাকী অনিংবা অসিদংগা'

'করি অনিংবা লৈরিবগে ?'

'ঐহাক অমসু নহাক্কী ফনবা'

'অহুবু করিনো হাইবা ?'

'ঐহাকা লোইননা নহাক ইপাগী মকমদা— —'

'ঐহাকপু কোহুং তাম্না অমিন্না ?'

'মানি'

'ঐ মচু ওমজরোই, সমাজ অচুদা ঐহাকপু কনানসু পাম-থিরম্লোই। পুন্সি চুপ্পা তাইবংগী কল্লক য়েংথিবা লৈতবা মকমসিদা লৈজহৌগে; ঈশ্বর খানা তম্বা অমা লৈরমগনি,

'অচুবু ইবুংঙো, ঐসি পলেম পম্বো অনিচুবু অমুক্তং উনজ-নিংহুনা তৌবনি, অমুক লাকলবসু লাকসি'

'মচুবু ঐহাক নহাক কাইনবা নত্তনা কন্নি ওইগনি'

'ঐহাক্না ইনিংনি, নহাক্না নকমদগী লাপথোকলবদা ঐহাক্না কৈদৌঙৈদসু তাইবংসিদা লৈররোই, মখোয়না মচু থিংলবসু পল অচুদি করিসু লৈতে'

'করে নহাক্না য়াত্রবনিনা চংলসি'

'অচুদি ওসিমক অমুম'

'করে'

রাজকুমারী পামজবা মহাক অচুগা লোয়ননা কোন্নুং তম্না লাক্লে। মহাক্না ফিবম অচু উবদা ময়াম ওক্লথি। মহাক্না য়াওথিবা ফিজোন অচু লুহেনবগী মহক্তা ইশে শেগাইরে, ফিরোন পুম্নমক ইমক মকশনলে। পাথ:ছুসু মহাক্না হৈনজরবা খা মউন অচু অচুম শেংলি। থোংশংবা খুদিংমক মখোয়বু উবদা ওকপদা থম থেংলে। কোন্নুং মন্নুংদা থাজনগদবসু কিরে, থাজলবা তারবস্থ রাজকুমারীগী চৈরাক কংলবা খাই। কোহুংদা হায়িরকই 'ইবেম্মা! নহাক মতোমতা ঃংবিয়ু, ইবুংঙোসি অসিদা অম্নম লৈহৌথিসনু' রাজকুমারীনা পুন্নপ চংগনি হায়রবগী নিংতাই তৌনল্লে। থোংশংবচুনা মখোয় অনিবু কানবা লাম্মী থরগা

লোয়ননা চংলকপদা থোংশংবত্তবু পাখংছুনা ইনথুরম্মগ। ময়ামছুবুস্থ ফুদংলে। ময়ামছুনা নাকন অমদগী তা ময়াম নাকন অমদগী থাংনা অত্তংপা লৈতনা লংশনলকই। পাখংছুনা ময়ামছুবু ঙমজবমথৈ ফুদংলে। রাজকুমারীসু মহাক্কী মতেং পাংলি। মহাক্কী লাম্নোং থংত্রবছুদা ময়াম কাইদনা চেয়ম্রে—থয়না মজুংলোমদা চেনশিনখিছুনা নিংথৌদা তাকলুরে। অত্তোপ্পা খুৎলাই পাইবা লাম্মী মশিং নাইদনা অমুক থোয়কলে। রাজকুমারীনা বীরেনবু মরুম অমদা লোৎহনলম্মগা কোন্নুং মজুংদা চংখ্রে। নিংথৌছুনা মহাকপু ফাখ্রে অছুগা বিয়েনসু ময়ামছুনা ফাখ্রে।

## ২৬ শুবা মতাং

অচৌবা পাম্বা মীওইবা কয়া কয়া মথোই অচৌবনি হায়ত্তুনা লৈরিবছু করমত্তোনা চাওরিবনে, করম্বা অচৌবা ওইগংদোরিবনো হায়রবসি কনানা কয়াম্বা থংনরবগে? মীওইনা পোকপদা ইশা-ইশাগীদি অয়াইবনি। অত্তিয়া মকোইদা পাইরিবা লৈচিনশিংবু কনানা কাবা ঙম্বগে, কদায়দা তাগনি হায়না থংবা ঙম্বগে, করম্বা মাইকৈদা চৎকদগে হায়না থংবা ঙম্বা নত্তে! অকবা তৌরগা অছুপ্পবছু থংউবা ঙমত্রবসু মহাক অছুম্বা লাকনি হাইবদি থোইনা রাখল তৌদে। লেলতগী পাজলনা অচৌবনি হাইবদি শেন পাম্বা হেনজনবা মীওই থয়দতা ওইগনি। অচৌ

অপিকী রাখল মুন্না তৌবা মশাগী ওইজবা থাদোকপশিংছুগী মহুৎ শিনবা, অচৌবা, পামজবদো অচাওরম কানবগীদমক লগী অছু লাওনবগীদমক অয়েৎপশিং ওস্মীবমথৈ লাক্লরি ওস্মিবমথৈ মাংহনলি ।

ইহৌরকপা পুন্সি বসন্তগী ইরোমুং অছুদা লুপকেৎ লুপকেৎ তাওথরকপদা তৌর্বানগী ইরৈ অমদা লৈশন্দুনা লমথুংকম অছু য়োৌদনা মাংলগত্রবু খনব্রা নত্রগা রাখল পুন্নমক থাদোক্লুনা ইচম চম্বা ওইরিব্র ? অছুবু শককন্না মীওইবগী রাখল থরদমু কোংদো-ক্লবগীদমক্তা তাইবং শেম্বা মপুনা হাপ্লকপা পোৎচংশিংছু মতোম্পমু রাত্তমাগে । শকতম অছু উরগা অন্নাবা থরগী মমিদা অকাইবা অশাগী শরুক অমদি তাইবংগী কল্লক য়েংথিবগী মশেক্লা রৈশন-লকপগুম তৌরি । মীওইনা পোকপগী জ্ঞান অছুমু থর মরৈরে, মুংশিবা হায়বছুমু মকাওরবা, অপাম্বা হায়বছুমমু মতম কুইনগী মমাংদগী লোইনরক্লে । মন্না সংসারগী পোৎচং শুরমাক্লে, মন্না অছু চংলমাক্লে । সমাজদা তিনবগী রাখল খনবা হৌরব্রা ?

‘মীওইবগী রাখল’ পাকচাওরবা সমুত্রগী ইন্নাইদা করিগুম্বদা মাইকৈ খক্রবা হিরোইগুম, করিগুম্বদা হোন্নিংবা মাইকৈদা হোনবদা লমথুংকম লৈতনা হোনকগুম কদাইনা অকবনো কদাইনা কত্তবনো থংদনা থিংলুবা থাওদনা পংহোন হোন্নি । অকবা থনবা ওথা মহাক অছুতনা মহাক মশামক্তী নত্তনা সমাজগী অকবা তৌরকই । কত্তবা থনবা হৈনবা মহাক অছুনা সমাজগীদা নত্তবা মথামক্তী কাওবদা মশিং লাকতমদবা অমাংবা তৌরকই । মতাংসিদা

মীওইবগী রাখল থক মাম্নদে, অচুম্বা খনবা মতমদা অমগা অমগা মাম্নবা য়াই। পৃথিবীদা কাওখিবা মহাত্মা অমদা খনখিবা রাখলদু ফত্তবা লরাই থরাইদা নৈবা মীওইশিং হুরান চিন্থি তৌরিবা মীমুংশি খংত্রবা লাইরবা অতোনবশিংবু ওৎপি নৈবশিংদুগী ওইরম্লবদি মহাক অদু অফবা থবকশিং পাংথোকপগী ওইরমগদ্রা ? অদুগা ফত্তবা মহাক অদুম্থু মখোই মখোয়গী রাখলদু ময়ামগী কাম্লনবা তৌবা, জীবদান তৌবা অমমম ওইরম্লবদি জগৎ শিনবা থুংনা কাওরোইদ্রা ? অদুন মীওইবগী লমজিংদি রাখলনি। রাখল খনবা হৈবা, থবক হৈতবা মীওই কয়ামম্থু লৈ। অদুগা খল্লম্বা রাখল ল'ম্রে হায়দুনা হন্দোকপা কাংবুম্থু য়াওই, মদুগী মহুত্তা শেরাম্লবা পুথোরকই, মখোইদু অপংব'ন।

মীওইবা সম জগী লোনচং শাক্সং থর তম্মাবম্থু মহৌশাগী হৈনবী অঙাও অকৈগী শাক্সং অদু অমুক অশাওবগী মথক্তা কারক্তুনা মাইকৈ—খংদনা চেম্সোরকই। অদুবু অকনবা মীওইবগী থুংশা হৈবা অমসুং লৌশিংদগী থোকলবা মকম অদুদগী লাম্থোকপা ওমদ্রে। অমুকম্থু মদুনা জুগোৎ চানবা উবদা রাখল অমুক থোরক্তুনা রাজকুমারি অদুবু নিংশিংলকই। মহাকপুম্থু অঙকপা ফংনা শাওই, অমুকম্থু মুংশিবা পোকই। মহাকী অরেপ্পা রাখল লৈতে। অশাওবনা চানা থক্লবা পুরকপা পুম্নমক পাত্রগা লোইননা লাথাই থুগাইরি।

থংনবা কানি, খম্বাল তৌরিবা পুম্নক লোইনা তারে—অদুবু মশক্তি উবা ফংদে। ফাদনা পুনশিনখিবদু মশক উহৌই মহাক্ত অদু উরগা হকচাংগী কয়াৎ থুদিংদা মচা মুংশিবগী অমদি

মতম কুইনা কাইনবগী তুংদা উননবগী ফাওরকপা থুদম অতু ফাওরি। মহাক অতুগী মরমদা হান্নস্থু থংখ্রে। মহাক্না কৌবস্থু তাখিদে, অতুগা মহাক্নস্থু খৌওইখিদবগুমস্থু তৌখি। মহাকপু উন্নহনা অমুক্তং মমা মচা শকথং মাইথংনবা ওমগনি থল্লি। অতুবু করম্বা পাম্বেনে ? পাঙ্গন শোল্লবী থম্বাল চাওরবা কৈশুমশং অতু থুগাইরগা মহাক্কী নিংবা থুংনবা হোৎনগে হায়না খল্লক্রে। কাদ্দা লৈরম্বা য়োক্তেক অমা পাইখংলগা, মহুনা থংনবা কা অদোমগী ফক্লাং অতু থুগাইবা লাক্রি। ফক্লাং অতু মুংনা শাবনি ফনা কুইনা হোৎনরব মতুংদা মুং'শং অতুগী মরক্তুগী অমথক ইম্বোকখ্রে। মুং চখোকখিবা মফমতু মহাক্না চৎপা য়াবা ফাওবদি ফজনা হোরে। অংগাবা অতুদা মকোক অতু হান্না লিংখোরক্রে। মহাক্কী মকোক্তু উবদা হান্না লৈরম্লীনতু ইওক ওক্রা য়েংহুনা চংশনলক্লি। থম্বাল কাদ্দা চংলক্রে। থুনমক চংহুনা য়েংবদা মমা মচা শকথং মাইথংনরে, হৌখিবা য়ারী হৌদোক্লহনা। মমিত্তা পিরাং অরৎপা লৈতনা শিন্থরহনা মুম্না য়েংহনা লৈরে। পাখংহস্থু মশামক্কী মমানি হায়না খল্লহনা 'ইম' হায়না কৌজরি। থম্বাল মচাবু চেজেং কোল্লহনা মপুরোংবা কাইনবগী অয়াংশিংতু লিজহনা পিরাং শিন্থরি। অতুগা মহাক্কী মনাও অমস্থু লৈ, মহাক্তি মপাগী লমন শিংনবগীদমক্তা হোৎনরি হায়বস্থ তম্লে। মমাগী রাহু তাবদা পাখংহু মমাগী মখোং পাইহুনা কপ্প্রি, মহাকস্থু মপাগী লমন শিংনবা ফত্তবা সেলুংবগী অমদি নিংপৌগী মথক্তা অকনবা থবক লৌথংকনি হায়না য়াশক্রে।

মতুংদা মমানা পাইরকপা য়োং অতুমক্না অমুক থুগাইরকপনা কৈশুমশং মপান থোরক্লে। কৈশুমশং অতু শংলম্বা থুংলাই পাইবা লান্মী থর মাইকৈ অনিদগী মমা মচা তম্না চোংশনলক্লে। মথোইগী মতৌ উবদা থম্বাল পাখৎপনা মচাবু অমুক অরাবদা তারগদ্রা খনলক্লে। পাশংতুগী মগুণ থংলবা ময়ামতুনা অমুক্তা ওইনা থুংলাই থারক্লি। মনাক অতুথাইদা লৈবা চৈ অমা পাইতুনা ময়াম অতুগা লাল শোক্লরি। থাং তানা অরংপা লৈতনা য়ানশনলক্লি। থাং তাশিংতুগী মরক্তগী অমনা মহাক্নী মনঙ্গম্পা থর শোকিব্রে। মতু উবদা থম্বাল পাখংলে। অদুবু পাখংতুদি চৈনাখোল কংবদা শাওরে, মথৌনা ফবা হেনগৎলক্লে। চৈ অতুনা শাঙ্গু কম্না ময়ামগী থুংলাইশিংতু য়ৈথংব্রে। মথোয়গী মকোক্তা, মথুংতা, মখোংদা, অফং অফংবা মফমদা ফুবা হৌরকলে। থরদি চেনখ্রে। মথোয়না অনৌবা মী থর অমুক পুরকলে। মমা মচাতু 'অস্রুম চেল্লকপনা কৈশুমশং মপান য়োরকলে। অরোইবদা মথাদা লুনা ঈশং লৈখ্রে। তাম্নরকপা অতুদা চেনফম থংদ্রতুনা পাথংতু মমাবু কোল্লগা ঈশিংদা চোংথখ্রে। মপান্দা লৈহৌরিবা ময়ামতু রাংনা তাথিবা মরম্না শিরম্বা য়ারে থম্নরে, ফাওগৎলকপস্তু উথিদ্রে।

অতুবু মমা মচাদি ফাওগৎলকলগা উতুংদা চংখ্রে।



# ২৭শুবা মতাং

লাম্বল মহুংনি, সেলুংবনা লুচিংহুনা থুৎলাই পাইবা লাম্মী থর কৈশুমশং তাম্না চংশনলক্লি। অস্মুম চংশনলকনা রাজকুমার অহুনা লৈবা মফমদা চংঙক্লুনা 'রাজকুমার! ননাই ইপু করিগুম্বা থরদং হঙ্গৎচগে' হায়রকই। রাজকুমারহু অশাওবা কোক্ত্র, মহাক্না শাওনিংবশিংগী মহুংদা সেলুংবনা অথোইবনি। মহাক্তি নিংথৌ মচা ওইবগী লু-হেনবগী মহুত্তা শম্নাং ইফা ফারি, মকোই অহুনা মমাই থরদং নত্তুনা অতৈ অপুম্বা পু কুপ কুপশনলি। শেগাইবা ফি অমত্তমক শেৎলি। মশাগী ফিবম অত্ত্ ঙৈহাক য়েংলগা হায়রকই 'ঐঙোন্দা অমুক হংত্রবস্ত নথোয়না অপাম্বা থবক তৌরো—হিংচ য়াইতম্বা নথোইগী নরক্তা লৈবা পামদে'

সেলুংবনা উশিত্তবা উৎতুনা হায়রকই 'রাজকুমার নহাক্কী পুক্সি লোইরগনি, থোইনা কিদবা তৌগন্থ'

'ঐহাক অসে মীওইবা অমা ওইনা পোক্লবসু নথোইগুম মীওৎপা অমা ওইনা লাকপা নত্তে। হুংঙাইবা তানবা মিংচৎ শন্দোকপা লাকপনি। অহুবু ফত্তবা নরক্তা লৈহুনা পুক্সি হুংঙাইনবা হোৎনবা ইশাবু কিবম চেৎহনলগা মীগী য়েংদবা শাগী লমচৎ চৎতুনা মিংচৎ শন্দোকপা পামদে। ঐহাক্তি অশেংবা মীওই-সমাজ য়েক্ল ভিংথং লৈত্তবা মফম, অচান মিরাই থাইদবা মফমদা অচুম্বা কয়া তৌহুনা মহুগী মাইপাকপনা মিংচৎ শন্দোকপা পাম্মী। মহু হৌজিক ওইরিবা ঐহাক্কী পুন্সিদা ওইররোই, ওম্নতৈনবা সংসারদ্নি লম্মেল লাল্লে, নথোইগী ননিং তৌজরো'

'ঙক কেনগনি হায়বগী অকিবা পোকত্রবরা ?'

'তুমিন লৈয়ু হুই ! ঐহাক ফত্তবা মফম—অপুম অশানা থল্লবা মফমদা ভাবা মনিত্থবু পামদে—মত্থগী মহুত্তা অশেংবা মফমদা লৈবা মহাও লৈবা হৈত্থবু পামই। নহাক্না ঐঙোন্দা অরাবা পিবদো ঐহাক ফত্তবা মফমদগী অফবা মফমদা হনখিবা হাইবা হুংঙাইরবা অশা অত্থনা লাইনা ঙাকথোকপা ঙমই'

'অত্থ ওইরবদি ঐহাক্কী ইথৌ পাংথোকপা তারে'

'ভৌ, নহাক্কী মপুনা ইশনবা য়াবা রাখল লৈতবা হুইনি'

'রা হেনগন্নু—ই'তক থংজো'

সেল্লুংবা রাজকুমারত্থগী মতৌ উবদা হু'ঙাইবা পোক্লে। মখল্তা থম্মোইগুংদা থঞ্জরি 'লমহেনবগী ফলনি। রাজকুমার অত্থনা কংলিবা দশাত্থ ডাকু অনিত্থসু পিগনি—মত্থদা মিৎ পেম্না য়েংগনি' হৈহাক অমুক লৈরগা নোকমি নোকমি তৌত্থনস্থ য়েংই। অমুকসু অশাওবা উত্তুনা মশাগী মথৌ পাংথোক্লবা হোৎনগে থনলক্লে। মনাইশিংত্থদা ওনশিন্দুনা হাইরকই 'লমহেনবা অস্রিবু মীহাৎপুংদা পুরকউ মহাক্কী মগুন থংগনি'

মীহাৎপুংনি, অরাংবা মফমদা ফাঁসিগী থৌরি অত্থনা লমহেনবা তাইবং কনাবু লাকশিনগে হাইনা অতৎপা লৈতনা লাওথোকই অউবা মীপুম থুদিংস্থ মত্থগী মগুমা অঙম্বা কয়াবু লুনা কীনা থন্দুনা মথোইগী মশক উবদা কোকচাওবী কারি, লরাই শম চপ চপ য়ুংনরি। অতৈগুম রাজকুমার অত্থস্থ তৌব্রা ? মত্থ মঙোন্দা নত্তে। কনাগুম্বা অতৈনা তৌবদি মতিক চাবা ওইরম্বা

য়াই, মহাক্কীসু মতিক চাবনি, অদুবু কত্তবা কয়াগী খিংয়েংদা মতিক চাবনি খল্লুরবসু অচুম্বগীমক অচুম্বা ৎংনবা হোংনবা ওইরবদি মতিক চাবা নত্তে। পাইবদা তুজুংলবা খৌরি অদুগী মহুত্তা মহাকপু পুকচেন শেংবগী লৈ পরেংনা পুকচেন শেংনা হুক্কদবনি।

অদুবু অচুম্বগী পাঙ্গন লৈতবা মকমসিদদি মদু ওইগদবা নত্রে। অশেংবা অচুম্বগী মহুত্তা অরানবা কত্তবা ঙাক্কগীনি। অচুম্ববু মক ৎংনা মাংহন্নবা হোৎনবা মকমনি। অদুবু রাজকুমারদু মহুগী খোইনা কিবা তুজুংবা পোংক্কে। মাংদা অচুম্ব। হাইবা লাই অদুনা খৌরিদুবু খত্তুনা লেপ্লগুম তৌই।

মহাক্কী রাংখনদু—মীওইনা পোকপগী পুক্তিদি মিনা তাইবং তুংইনবগুম অশিবনা তুংইল্লবনি। মহাক মহাক্কী মতম্না লোইরবদা অশিবনা নিংশিংবা ৎংত্রবা মকমদা পুখিদুনা মীওইবা অমত্তনি হাইবা ভাল্লবা, অচুম অরান পুম্নমক্কী পুনকমদা খমখি। অদুগুম্বা মকমদু য়োনবা নোংদম্বা মহাক্লা শোইদনা শিল্লি। শিবা কিরুবগী খোইনা কান্নকম লৈত্তে, অদুবু মীওইনা পোকপদা ঈশ্বর মহাক্লা তাইবং মাগী পিরকপা খৌরম কয়াগী মন্নুংদা মহাক্কীদি পাংখোক্তি। অদুবু লাইবক্লা য়াখিদবনা পাংখোকখিবগী মহুত্তা লপ্পী অদুবু খামুখক্তা মাংনবা মাগী য়েক্লবা কয়ানা হোৎনরি। তেল্লবা মীওই-পুক্তিনি, তেনবগী মখক্তা অমুক্তা হেন্না তেনহল্লি। তেল্লবা মতমসিদা কনাদসু দান তৌখিত্রি, কনাবুসু পেনহনখিত্রি—কনাদসু মীরুংশি কোংদোকখিত্রি, মশাগী হোৎনবদা মঙাইখি। তৌইগুম্বসুং মশাগী

হোৎনবহু অচুম্বগীদমক্তি, লৈবাক্কী হোৎনবা মীওই কয়াগীসু মতেং থরদি তৌগ্রমাল্লে, মহু তাইবং মপুন্না থোইনা শাওরোই।

রাজকুমারগী শোক্লবা ফিবমহু উবদা মচনুপী দময়ন্তী মবু·বু কময়বা মপাবুংদা তক্লরি। অদুবু মহাক্কী হায়জবা ঙাংজবা পুন্নমক মনাকোংনা তাখিত্রে। হায়দা হায়জনলগা খিনা পিনা চৈরকই। ওকবীনচিংবা রাহৈ কয়ানা ঙাংলকপা পুন্নমক য়ৈথংলি।

লমহেনবগী কান্নবা অসিনি হায়বগী মতাংগুম মীয়ামহুদা য়েংহনলগা রাজকুমারহুবু মীহাৎপুং তান্না পুথংগ্রে। রাজকুমারহু অপনবা য়াওদে—অহুম মশানা য়ানা কাথংলি—মমিত্তি সুন তরংদনি।

ফুংখিল মংগী ময়াদা অনৌবা সংসার অমগী পুক্তি ইপাক তোর্বান অমদা লেপতুনা ইপাক অহুগী অতোপ্পা মমি শামি-উবা অশাওবা, কল্লকপা অমদি অপাম্বগী মথং মথং কারকপা ইথক্লা লুমশনবা তোর্বান্দুবু উবদা ইরাক্লবা কনাগী মিৎয়েংদা লাইজহুংগী দৃশ্যগুম মীওইবা সমাজদা মিতারবদা ককঙাওনবনি। তৎলমদাই মতাংদা থম্মোই শোক্লা লাওরকই 'অপাম্বা, অশাওবা নখোয়দনি তাইবংগী য়েক্লবা, নখোইনা ঙমহুনা ঐহাক ঙসি অরোইবা পুক্তি ইয়াইদা নিংবা কয়া থুংদনা থৌরম কয়া পাংলমদনা কাওথুরম্মি। মীওইবগী রাখলগী চিংগোন্দা চেপ্লিবা ইরৈদো অতৈ কনা য়াওদনা লুনা ফজনা চেপ্লি। অহুগা ইচেল অহুনা তম্পাক লমদম য়ৌরকপদা কল্লক য়েংথিবগী লৈনাং য়াওখিহুনা কয়াদা নৈরিবনো ঈশ্বরগী থুংশেমনরা? মালেমথক্কী থুংশেমদি

ঈশ্বরগীনি, অদুগা মীওইবগী রাথল চিংগোন্দি মীওইবা মশামক্লি-অচাওরম কানিংবগী ফলনি' মথং মথং কাথংথিদুনা শগাই অদুগী মথক্ যৌগ্রে। মথক্তগী য়েংথরকপদা মথাদা লৈহৌবা মীপুম থুদিংমক পিশক পিশক পিক্লা উরি। তাঞ্জা অদুদা মকমদুদা লৈরিবা নিংথৌগী ছত অমা চংশনলক্লে ছত অদুগী মচিন্দগী থ লে—অচৌবা লাম্মী হেক্লোল অমা লাকতুনা কোম্ভুং কোই-শনখ্রে। নিংথৌ থবক অদু লেলুংবদা অমুক হন্না শিন্নরম্নগা কোম্ভুং অদু ওাক্লবা চংখ্রে।

য়েক্লবা ময়াম্না লানবন অদু কোইশিনখ্রে—মপান্দা লাম্মী শাদোকতুনা লানবন অদু ওাক্লবা হোৎনরি—অদুবু লাম্মী পুম্নমক ছুমশনলক্লে। য়েক্লবনা লানবন মঙুং চংশনলক্লে—থোঙজাওদু হাংদোক্লবা হোৎনরি। হাংদোকপা ঙমদ্রদুনা নাকন্দা মকমচাবা য়েংদুনা কাথংলক্লে।

অসোমদনা রাজকুমারদু রাংলবা শগাইদুগী মথক্তা কাথংতুনা মঙক অদুদা থৌরি হুকচনখ্রে—মদুনা মহাক স্বর থিংবা হৌরক্লে। অদুবু লাইগী নোংদমদগী মথাদগী তেনজৈ অমা পাইথংলকতুনা থৌরিদু ককথংখ্রে। ময়াম্না ওক্লা লৈনরিঙৈদা মকমদুদা হিরাচন্দ্র বিজয়নচিংবা থরনা মরি মরি কাথংলক্লে। কাথংলক্লিবা মকমদুদা নিংথৌগী লাম্মী পুম্নমক চেম্বখ্রে। হিরাচন্দ্র বিজয় মথোল্লগী লাম্মীশিংগা লোইননা থৌনা ফনা লান শোক্লরি। বিজয় লান শোক্ল শোক্লনা চংশনলকতুনা রাজকুমারবু পুল্লিবা থৌরি মন্নামদু ককথংপা লাকনরি। মহাক্কী মতৌদু উবদা লেলুংবা চংশিনলতুনা

থিংনবা লাকনরি—মখোং পুল্লিবতু হাংনবা কল্লা হোংনরি। অতুবু লান্দা হৈশিংলবা বিজয় মহাকপু লাইনা ঙমতুনা পুল্লিবা পুম্নমকতু ককথৎপা লোইখ্রে, রাজকুমার হোৎনলে। নাকন অমদা নিংথৌ মাগী লাম্মীগা লোইননা লান শোকনরি। পুল্লিবতু পাংদোক্লবদা রাজকুমারতু য়াউনা নিংথৌগী লাম্মী অপুম্বা তকথাইবা হোৎরক্লে। লাম্মী অপুম্বা মমাঙ ওন্দুনা চেনবা হৌরক্লে। সেলুংবা চন্দ্রসিং অনৌবা লাম্মী থরগা লোইননা অমুক নৌনা লানদারক্লি। হিরাচন্দ্র সেলুংবগা লাম্বা ওইখ্রে। লাল্লক অহৎদা মতম কুইনদগী শিংনতুন লৈনবা বিজয় চন্দ্রসিং থেংনখ্রে। হিরাচন্দ্রগী মথুত্তা সেলুং-বদি থাংবা ঙমত্রতুনা মমাই ওন্দুনা চেনখ্রে। হিরাচন্দ্র মহাকপু তান্নখ্রি। মাইকৈ থুদিংদা নিংথৌগী লাম্মী অপুম্বা তুমশিল্লক্লে। লাম্মীগী অশিবা মশানা মকম থুদিংদা পুমথন থল্লাংলৈরি। মইমথংদা রাজকুমারতু নিংথৌবু ফিরক্লে। নিংথৌদি মাগী মী লোইশনলক্লবা অতুদা মনাই মরিখক্তা লোইননা চেম্নবগী লাম্বল মপান থোরক্লম্লে। মতু রাজকুমারনা থেংনরতুনা তাম্নরক্লে। অসুম তাম্নরকপনা তম্পাক্কী লমদম লাহোক্তুনা চিঙোল অমা য়োৎরে। মফমতু য়োৎবদা নিংথৌতুনা রাজকুমারতুবু লাকথুবা ঙমগনি থন্দুনা মনাইশিং অহৎদা ইঙ্গোৎ পিরি। মখোয়গী মতৌতু উবদা রাজকুমার শগোলদগী কুমথতুনা রা অমত্তা ভাংদনা নিংথৌতুগী মনাক্তা চংশিনলি। মখোয় মঙাতুগা মথন্তুগা লাম্বা পাবা হৌরকই। নিংথৌতুনা মহাক মথন্তুনি থন্দুনা উশিংলুখ্রে—অতুবু হৈহাক লৈরগা বিজয় লাকুনা মখোয়গী মনাক্তা য়ৌশনলক্লে। রাজকুমার

হুনা নি·থৌগ। লাম্বা পারিভৈদা মতুংলোমদগী মনাই অমনা মহাক তম্না থাংনা য়ানশনলি। মহু মহাক্তি উহৌদ্রে। মহাক্তী ভাগদবা দশাহু উবদা বিজয় মহাক্না পাইরম্ব: থাংহু লংঙক্লুনা নিংথৌ মনাইহু থিন্দুনা শিরে। বিজয় লাক্লে হায়বা থংলবদা রাজকুমারহু অনোবা থৌনাগা লোইননা লাল অহু মথা চখ্রি।

বিজয় অশিবা নিপাহুনা পাইরম্ব থা হু পাইহুন: লৈহৌরবা অহুমহুগা লাম্বা পারি। মতাংহুদা নিংথৌদি পাখংপা হৌরক্লে। রাজকুমারহুনা তাম্না তাম্না লাকপনা অৱাংবা চীংদোল অমা য়ৌরক্লে। চীংদোন অহুগী মথক্তা নিংথৌ অমসুং রাজকুমার অরোইবা অশাগা লোইননা লাল শোক্লরি! মথুত্তা থাংশিংহু থুহুম চেৎনা পাইরি · মশা মশাদি ইচোক চোকথনরে। অমরোমদা বিজয় মথোইশিংহুগী মরক্তগী অনিমদি অমুক হাংতোকখ্রে। অমথক্তা ভাইহৌরে। অহুমসু মথুত্তগী থাংহু য়াম্না লাপ্না শত্তোকখ্রে। থুংলাই য়াওভ্রবদা উ অমদা পুনশন্দুনা থম্লে। অসোমদনা রাজকুমারহুনা লাকচরক্তুনা নি থৌদগী থাংহু চী দোল অহুগী নাকন অমদা ত'খ্রে। নিংথৌহু মমাংদা রাজকুমারগী তুম্নবা থাংদোল মতুংলোমদনা লুপ্রনা ভমপ্রবা লাক—মহুগী কিবনা মমাই মমিৎ হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। মহু উবদা রাজকুমারহুনা 'কত্তবা নিংথৌ নহাক চেনগে থৌরাংলমলি—চেল্লু। নহাক্না অচৌবনি অঙম্বনি হাইহুনা ইপাবু হাংখবা ওকত্রবী মহাক অহুগা লোইননা ঐহাকপু লংনবা মহুগী কল য়েংউ' হায়রগা থাংহুনা মহাক তম্না থিনজনল্লি। থাংহুনা থিনবা হৌরকপদা নিংথৌহু

অচুম ওম্বত্রে। মহাক থাঙ্গৎশেংনা শিত্রি। মহাক্না তারকপা অত্থদা নোংখাংমুক য়াংলবা মহাক্কী রাথল অমা ফাওরকই। 'হে মীওইবা! মহাক্না অরাংবা মফমদা কারগা মথাদা লৈববু করিস্থ লৈতনা থল্লুবনা ঙসি ঐহাক অরোইবদা কম্না য়ারবা। ঐহাক্না নিংথৌনি হায়ত্থনা প্রজা কয়াগী মফমদা, অচৌবনি হাইবগী রাথল তৌরুবদগী ফত্তবা থবকশিং অসি পাংথোকপনি মসিদা ঐহাক্কী থোইনা দোষ লৈতে। অপংবা ময়ানা উপ্লব মীওই থুদিংমক অবাংবা মফমদা কারিবমথৈ, পাঙ্গল কল্লিবা মথৈ তৌনিংবা থবক্তা তোবা ওম্মীবমথৈ ফত্তবা থবক মীওংপা পাপকী থবক মীশিং হেনগৎলকই।'

অস্থুম তারকপদা সুংপাক অমগী মনাক য়োরম্মে। সুংপাক অত্তবু উবমক্তদা পাথৎলি— মহাক্কী রাথনস্থ লোইখি— মহাক্কী স্বরস্থ লোইখি, ফত্তবা থবকস্থ, মশাস্থ মাংখি।

লাল লোইরে, নিংথৌ লৈত্রে। সেঙ্গুবনচিংবা অওম্বা ময়ান্না শিখিবস্থ য়াওরে ফাবস্থ য়াওরে। মচী মচী থুদিংদা অশিবা মীগী মশানা পৈ পৈত্থনা লৈরি। লংজা কান্না কোইপাই কোইপাই পাইত্থনা অশিবা মীগী শাদোং, শগোল শামুগী মশা শেত্তুনা চারি। অহিংগী মতম ওইরগা জঙ্গলগী শা ঙা ফাওবা য়োরকপা য়াওরি। মরি মতা ওইবা মতু মচানচিংবা কয়ানা মাগী মাগী মী থীত্থনা পুশিন্নত্রে। অশিবা মশাত্থবু উরগা কপ লাওনরি।

পুন্নমক অসে কনাগী দোষনো? মীওইবা মপোক্তা অন্নাংবা থাক্তা কাত্থনা অপাম্বা, অশাওবা, সুংশিবনচিংবা মীওইবগী ময়া-

শিংবু জয় তৌবা ওম্মুদবদগী, তৌনিংবা থবক্তা থিংবিনবা কৈতংগা সেলুংবা, চন্দ্রসিং মরু ওইনা নিংথৌগী থৌরমনি। হৌজিক ঈতগী লৌখোং ওইনা চেম্লবদা তাইবং কয়া তুম্লবদগী অঙম্বা কয়াগী অশিবা মশাহুৎলোংনা তাতুনা অয়াকপা হুংশানা য়ৈফনা লৈরবা, অপুম্বা মশাশিংদুবু শাওানা শেম্তুনা চাবহু আকাশ থক্তা মখোইগী মথ্বাইনা য়েংথরক্লবদা অমস্তু তাইবং কয়াবু মখোইগী মতৌ তমদনবা কৌহুনা রাজকুমারহুগী য়াথংদা, নিংথৌ মশা মক্তা লোকহুংদা মশাগী শাদোংনা শাঙাপী গর্ভদা অহুগা শরুনা লৈহুংদা, অহুগা সেলুংবনচিংবা অঙম্বা কয়ানা কৈস্নমশংদা থমহুনা দণ্ড পীবহুনা অচুম অরানগী বিচার তৌরিবনি। অহুবু থাইগী অরোইহদা গুজা বাসন্তীগী মফমদা অমুনবা হৈদা চংবা তিনগুম, প্রজাগী মফমদনা হৈবোং মহুংগী তিন ওইরবা বিজয়গী অততাই ওইরবা, শাথিবা য়েক্লবা নিংথৌ অমস্তং সেলুংবগী চাম্লবা মনাই চন্দ্রসিং ফাদ্রি। মহাক লানফমদগী মথম্লাই পুহুনা মফম থংদনা চেনখ্রে। মাইকৈ থুদিংদা মাবু থিনবা মী কয়া, লাম্মী কয়া থাখ্রি।

———

# ২৭শুবা মতাং

নুংশি সংসারদা
নু ঙাইবনা শৈহৌনি।
অরাবনা পোপোইনি।

লাল লোইবগী অমদি লাল ওববগী পাও তাবদ নুজা সুনিতা মশাবী মহাকপু উম্নবা থোরক্লি। মাবু পোকপী পল্লেম পম্বোম্ম নুজা মনিং থুনবা হাইনা অয়েৎপা পিথিদ্রে। নুজাত মাইখোংদা নোকমী নোকমী তৌত্নুনা মশাবী মাবু উগনি খল্লুবদা নুংঙাইবগী চিন্নুন হৌরক্লি। থম্মোইদা স্বাওবিং স্বাওবিং লাওরি। লম্বেল চৎনা চৎনা থোংথাং য়াংনা রাখলগী ইচেল লমশাম্লিবমখে কনখৎলকই। রাখল অত্তুদি অরাবগী নত্রে নুংঙাইবগী ওইরে।

লোইদাম থাবুম কয়াগী মমাংদগী কাইনগ্রব মশাবী মহাকী রাখন্না মহৌশা লাইরেম্বীবু য়েক্লবা ওইরুরব, রাখল পুম্নমক নুংঙাইরবী নুজাদো য়াক্লবা নুংশাহু ফাওবা মৈশা মন অমত্তা ফাওদ্রা ফংদবগুম তৌই। চৎপগী হুমাং শৌবতা মঙাইরে। অরাখ্নদা চিংদোন খেৎনা পাইরিবা লমগী চেক্লা জুরা জুর কয়া উরগা মহাকম্ম চেক্লাশিং তুগুম মশাবী মহাকা পুম্নি লৈপুন ওইবা ফংজরগনি খনজরকই। অমুকস্ম অতিয়া অতুদা মুমা য়েংলগা কল্লক য়েংথিবগী নৈচীন নৈতরে খন্দুনা মতায়োই বাসন্তীগী মকমদা নুংঙাই রারি শাজগনি খল্লুবদা মশা অঁছু ইচেন কনবা হেনগৎলক্লমাল্লে হুমাংনা হকচাং কয়াৎ থুদিংমক্তা থোরক্লি।

অছুবু, নোংদম্বা মহাক্কী কাইবা য়াত্রবা নোংদম খোন্দা বসন্তগী মেংলবা লৈনারক ছুদা কল্লবা লাম্মৈগী মৈরি চংদবা লৈতে হাইবদি খোইনা খল্লুত্র মাল্লে।

মরক অত্তুদা সুজা অত্তুগী রাখন্দু খিংবা অমা য়াওরে। অরাপ্পা লমদগী কনাগুম্বা অমা শগোল য়াংনা থোছুনা সুজ মাইকৈ পাংলক্রি! মমাইদা মকোক ওইবা লাম্মী অমা ওইবগী হৌনবী য়োংকী তুপীনা খুমজনপি। সুজাদো হাম্না সুংঙাইরম্বা রাখন্দগী শরুক য়াম্না হেনগংলক্লে। মশাবী মহাক্না লৌব লাক্লবনি খল্লে। সুজা ওইবগী চৌনবী ওইনহুনা উশন্নদবা শাতনা মতুং ওনখোক্তুনা লৈরি। মীৎকুপ অমগী মহুংদা সুপাহুনা সুজাহুবু শাগোল মথক্তা চিংখৎলে। সুজাহু হরাও হরাও য়া'র। অত্তুবু নোংদম্বা মহাক্ন তম্বদি কনানা খংব ঙম্বগে?

লাইবক খিবা মতাক অত্তুগী মরাইবক্তা তমপ্রবা কওবা অকিবা তুমুংবগী মশক ওইবা থোদোক কয়াহুবু থোকহন্দব ঙমবা নত্তে। সুজা মহাক্না মশাবী মহাক্কী রাখলদা সুংঙাইবহু অরোইবা ওইনা সুজা খম্মোইদগী মপান থোরক্লে। মহাক্না মমাংদা হায়খিবা সুংশি ইরেন ইরাইদা গাগৈ হিবু হোন্দুনা লানবদা কল্লক য়েংখিবগী নোংলৈনা ছম্বদা লমথুংকম তোর্বান অত্ত য়েংহুনা অরোইবা পিরাংনা মাইখোং থম্না ইরাইদা লুপকনি হাইবগী মতম য়োরক্লে। মশাবী মাগী মকমদা ওইনজবদা সুংঙাইবগী রাখল অত্তু অমত্তা য়াওদ্রে, মতুগী মহক্তা হিংচা য়াইতম্বগী থৌরম

শিংছুনা সুরা পুক্লিং চিংনবা হোৎরক্লে! মিংকুপ অমগী মন্থুংদা ষমগী ময়া তৌরবা লাই হিংচাবশিংছু মাংদা হাওরক্লে। মহাক্কী মশাবীগী মকমদা ওইনবছু, কপ্তব। চন্দ্রসিংগী মকমদগী নাম্বোকপা শুমদবগী অরাবা, অকিবা তুজুংলবা রাথল কয়া কয় ওল্লক্লে। সুংঙাইবা ইথক কয়াগা লোইননা চৎলম্বনা লমদমসু তমপাক লমদম লাম্বোক্তুনা অশোংবা জঙ্গল য়ৌরক্লে। হয়াওনা শগোল তোংলম্বা, মতুগী মহুত্তা পিরাংনা কুপলবা মাইথোংনা চোং-ফন্দুনা চৎলি। ফনা চোংছুনা, ফনা অথিবা রাহৈ হায়রছুনসু নাম্বোকপা শুম্বা লৈখিম্রে।

মাইয়োক্লবা লানফমদা মাইথিবা ফংলবদা নাপল চাওরবা চন্দ্রসিং মথ্থাই হিংনবা অতোপ্পা লৈবাক অমদা চেনগে খৌরাংলি। মহাক্না মথ্থাইনা পামজবা সেলুংবগী নমোমলোই, মহাক্কী ওইবা কংদ্রে। মহাক্কী লমবেন্দা অসুম থোকই তমগ্রবা, মরাইবক খীরবী সুনিতা খেংনরে। মহাক্না সুজাছুবু ফাছুনা পুরগা মহাক্কী মতম খরগীদা ওইরবসু লোইনগী ওইগে খননি। সুজাছুগী থম্মোই শোকপা রাশিংছু মহাক মনাদা হাপতে।

সুরা অছুদি, চোং-ফন্দুনা, থিনা হায়ছুনা য়েংবদা কান্নত্রবদা পাম্বৈ কয়ামরুম থিরি। অছুবু কান্নত্রবদা মথৈদা হায়জছুনা য়েংশিরা হায়বছু অমুক নিংশিংলকই। অত্তবু ফত্তবা মহাক্কী মকমদা মতু ওইথোক্কনি হায়বসু থোইনা থাজনিংঙাই লৈতে। অছুমকপু অমুক্তং য়েংগে খল্লছুনা হায়রকই 'তাদা নহাক্না ঐহাকপু পুবিরিবা অসিবু মকম কৈদনো? করিগীদমক্নো?' চন্দ্রসিং

শাওনা থুমলকই 'নহাক ঐগী মুপী ওইগদৌরিবনি, হৌজিক চৎলিবা অসি চিংদনি ইবানিগী লৈকম থিরুগদবনি।'

মশাবী মাবু কাইনবগী মৈচাক্লা লোইদাম শাবুম কয়া ভাইবং চিঙ্গাক চাদনা থাংলুবগী অরাবনা মশা অত্থ কংলবীনি—মশাগী পাক্কল য়াওরবীনি। তমথীরবা মহাক্কী রাঙাংত্থ তারগা অচাকপা মৈদা ঘী হৈজ্জনবগুম মভাক্কী থম্মোই অত্থ রাবা পোইন। তেনগ-লকই। মহাক অত্থবু থুনক অত্থমক্তদা মুক্তা ওইবী মক্ষমদা উশিত্তুনা রাঙাং কয় ৱাংবনীদমক্তা মতিক চাবা দগি পিনিংই। অত্থবু মহাক্কী পাক্কলদি··· ··· পুম্নমক অত্থগী কলদি থম্মোইমুংগী মৈচাক হেনগৎলকুনা পিরাংনা ইচেন কনথংলকতুনা মথৌন থাক্লা হিক হিক লাওনা কপচবনি। কপ্পদা মমাইত্থ পেম্নবীনি, মশম মুনা কারবীনি। লাক্লবদা মফি মরোল থংদনা শেগাইরবীনি। অত্থ কাওবদা মুপা ওইবগী থম্মোই অত্থ পেৎথিদ্রে। হেক্তা পাক্কল শোনবী মুপী মচানি হায়বগী রাখল্দ তাওদ্রে। মহাক্কী কপ লাওহ্রবত্থ অথেংবা অহিংদা খোংযা হারোগুম থল্লরা।

মহাক অত্থদগী লাম্মোকপা ওম্নগা হোৎনবগা লোইননা থোন কনসপ্পা হায়রকই 'থাদোকউ, ঐহাক অসি মপুরোইবা লৈরবীনি।' চন্দ্রসিং ওনশন্দুনা হায়রকই 'লৈগে লৈমু লৈরোই তোকউ, ঐহাক্কা পুরিবা অসিনি।'

মতমদো অতৈ মুমিংকুম মুংশা কম্না শারি—অমুক অমুকশু মুংশিংনা কম্না কম্না শিংলি। লম্বী মপান্দা হৌবা পাম্বী মচা কয়াদ শুক্কাহুনা পামজবা লমগী চেক্রা কয়া কয়ানা জুরা জুরা

ওইনা তোংজুনা চিল্লোক্লরি। পুম্নমক অত্থু হুজ তুগী পীরাংনা থল্লবা মামিং অত্থুদা মমি শামি ওইনা উরি। য়াংনা চেল্লিবা শগোল অত্থুগী মনাক্তা নাকল অনিংক্তা উপাল রাপাম্না রাংনা রাংনা লেপথোরি। য়ুমশাশিংনা কাংলুপ কাংলুপ ওইনা শজিক চারি। ভঙ্গলগী শ কৈ কয়া কয়াসু শঙ্গু শঙ্গু ওইনা চেল্লি। মখোই পুম্নমক অত্থু হুজাত্থবু উংবদ্রবা? উই, অত্থবু ইরাক্লরবা কনাগী অরেইবদ লাইজন্নুংদা লৈবা লৈমলৈশিংনা মঙোম্দগী চথোক-খিবা নত্তুনা মহাক্কী মতেং থজিক্তা ফাওবা পীরকখিব্রা?

শোল্লবা হুজ তুগী পাঙ্গলদুগা হুপা ওইবগী পাঙ্গলগা মুক্লবদা মশা ওত্থু শোম্থরত্থুন ঙৈহাক ঙৈহাকসু মহাক্কী চোংথু লেপ্লি। অত্থুবু মহাক্কী পিরাংদি অরংপা শৈতনা চেম্থরি। জঙ্গা লাম্থোর-কত্থুনা অরাংবা অকোকপা হুংভাক্তা ভাইবা চিংজাও মনগী নাকল্দা চংপা লমহেন অমদা মখোই অনিনা তাংলিবা শগোল অত্থু চেনলক্লি।

চিং অত্থুগী মথক্তুনা কনাগুম্বা চীংগী চহুরা অমসু মহাক্কী চংকদবা লম্বীদা চংলম্লি। চিংখা অত্থুদা পাঙ্গল শোনবী হুজাত্থগী তারিবা দষাত্থ মহাক্লা উরে। মত্থু উবমক্তুদা মহাক ঙৈহাক ভক্লা য়েংলম্লি। মহাক হুজাত্থবু মতেং পাংনিংলে। মহাক্লা অম্মুল্লা থনবগুম তৌই 'ঐহাক অসিসু পুন্সিগী নিংবা থুংগনি হাইবা অশা লৈতে। মহাক অত্থুগী মফমদা চংলুরবসু সমাজগী চংনবীনা ভাক্তুনা লৈরমগনি। হুংশি মহাক্কী মফমদগী পুন্সি মহাবিদাই হলোত্থুনা তুং হম্না লাকপা নত্তুনা কব্রিসু ওইরোই। হুজা মহাক

অসিসু পামু শেংনবা ওইরম্বা য়াই। মুপ অসিন মহাক্কী য়েক্লবনি অরেম্বদা মাংবা য়ারবা ঐহাক্কী পুন্সি অসে জঙ্গল সুংদা কংহুনা মাংগদবগী শরুক্তা লাইরবা কনাগী চিঙ্গাক মপু' কানব' মহাক্কী মশাই কোন্দা লৈবহুনা হেয়া কৈ, লাইবক থীবী মহাক্কী মতেং পাংলমগে'।

মাংদা শগোল অহু অরৎপা লৈতব চেনশনলক্লি। রাথন্দা সুজাত্তগী মতেং পাংনিংলি, পাংগে হায়নসু হোংনরি। অহুবু করম্বা পাম্বেনো, করম্না মহুবু পাংথোকপা ঙমগদবনো থনবদা থোইদোক্লা অরাবা ওইঙ্করি। পাম্বে লৈতবনা সুজ অহু শগোল অত্তগী মাংদা লেপ্তুনা 'ভাইথো' ভাইথো' হাইনা তত্তনা লাওরি, থাম্বা লাক্করি। মমাংহুদা. সুজাহুনা থত্তনা শৈবহু চন্দ্রসিং উঠ। অহুবু মহাক্কী .থা চং অহু :লপখ্রিদ্রে। লম্বী অহ য়াম্না থুই থরদং থৈদোকউবদা লুথ্রবা লোক লৈদ্রে। শগোন্দু সুজাতুগী মনাক য়োশনলক্লে—অহুং কাওবদা সুজাহু চংথোকখিদ্রে। চন্দ্রসিং সুজা তম্না থৌজিনখ্রি। সুনিতা শগোলহু থাম্বা লাক্করি অহুবু পুম্নমক অহু অরেম্বদা তাখ্রে। শগোলহুনা চেনশিনখিত্তন সুজাহু নেথংপা হৌখ্রে সুজাহু লৈমাইথক্তা 'ইমা হাইরম্মগা হাইথখ্রে। মহু উবদা সুনিতা থুক লাওবা অমা পোকই। মহাক্লা থম্লকই সুজাহু মহা-ককুম লাইবক থীবী পাঙ্গল শোনবী অমনি মতাক্ল মহাক্কী মতেং পাংনবা হোৎনরি। থম্না থম্না সুজাহুবু অরৎপা লৈতনা থাগংলম্মী। অহুবু লৈহৌরিবা সুজাহুগী ঙ্কিবমদি মহাক করিমক্তা থংব ঙম-খিদ্রে, কত্তবা মহাক অহুনা অহুম পুহনা চংখ্রে।

অদুগা লৈহৌরিবা মুস্লিমশিংগী লমলম অমম অথৌবগী শক্তি লৈতবা মতমদা অহানবা ফুজাবগী মোংফম ওইনা খুৎলাইখিবা কলম অমদা লৈবা লমদম অসিগী মী ওইবগী মচাশিংগী ...

অদুগা লৈহৌরিবা মুজাহুদি মথোক কারকপা পুলিশী মতেক অদুসু কয়া রানা লেনখিবা। মশাবী মহাক্না মহাক্কী মকমদগী চৎখিবা মুমিৎতুদগী মহাক্কী অগাবা অদুম হৌগ্রবনি লেমহৌবা পুন্সি মতেক অসিসু নিংবা থুংদনা থৌরম কয়া কয়া য়েংনিং য়েংনিংদনা য়েংদুনা লেনগদৌরি। অমাবা অদু কোরুবা পুন্সি মতোন লোম্মগে থল্লুনি, অদুবু মহাক্কী অরোইব মতাংদা মশাবী মহাক্কী মকমদগী পুন্সি বিদাই লৌরুগেথ লুবনি, অদু মহাক্কী মিৎমাংদা মুজা অমনা অরাবা তাররবদা কয়া লৈথোক্লুনা চৎকদগে থনবদগী মায়োক য়ারুবনি। হৌজিক মশাদু চৈনাথোন কাওরে, মশাগী স্বর থিংলে—অনাবদু কুইনা থাংদুনা লৈথনবগী শক্তি লৈরক্তে। মিৎলুদা পিরাংনা অরৎপা লৈতনা চেম্ব্রি। মহাক্কী চাইরুংদগী চেম্বরকপা পিরাংন উফুল মথক্তা তারমদাইদা মুজাহুবু মুন্না মুন্না য়েংবদু উরবদি মুজাহুগী দষাদু ফংগনি থনবদা মুংশি লম্বীদা তু হমরমগদবনি। পিরাংদু মুন্না থিজনলদি মুজাদু সমাজগী চৎনবী কয়ানা থৎতুনা জাৎ বিজাৎ কয়াগী মরুমদ নিংবা থুংদনা চৎখিবা অমনি হায়বসু থোরকনি। হকচাংগী পাঙ্গন য়াওদবা লাইবক থীবী মুজাদো অরোইবা স্বরদা অরৈবা পাঙ্গন পুথোক্লুনা রাথল পুন্নমক ফোংদোকপা ওইনা অমুক্কুং চিনবান কাথোক্লুনা মুংলমদাই ওইবা নিৎয়েংদুনা অকাশ-থক্তু পাইবা লৈচিন্দ: য়েংদুনা 'হশাবী ইবুংঙো' হাইনা অমুক্কুং কৌজখি। ইংলবা খোঞ্জেল অদু লাপ্না চথোকখিজে চিঙ্গোন অদুদা মুজাহুবু থাদোক্লিংদবগী মতৌগুম থোম্বাং রৈদ্রে। লম্বীগী

নাকন্দা হোৎবা পামেল অমদা মতু মমান শোল্লবী চেক্লা অমস্থু ভসাই মথৈ সুজাতবু য়েংলম্মী। সুজাতুগী অরোইবা অমদি থম্মোই শোকপা খোম্বাংতু তাবদা চেক্লা থম্মোই কাইথ্রবোই সুজাতবু য়াংমা লাম্না পাখি। সুজাতম্স অরোইবা ওইনা চেক্ল তুংইনখ্রে।

পূকচেন কত্রা চন্দ্র সং মতুদি লেকশুং অতুদা সুজাতবু উজাও অমদা পুনশনন্দুন থম্লে।

কনাগুম্বা অমনা উখিবা থোক্রবদি সুজাতুগী ফিভমতু অস্লক্কী মতিক সুংশিবা পোক্কনি মতু মমান পোল্লবীনি, মহাক অতু কল্পনা মমাই মখিং অতু ইপোম পোল্লে, অভাওবাগুম মশম মনাতু ইক্কা ফারে। অতুবু কত্রবা মহাক অতুদি অতু ফাওবদা সুংশিবা পোক্কি। সুজাতবু মাংহনগে থল্লতুন পুল্লিব অতু থাদোক্লগা সুজাতুগী মথুংদাং পাইখি। অতুগা অকনবা পাঙ্গন মথা থাগ্রবী অতুনা রাখলদি 'মীওইনা পোকপদ মিহোবা মথাগীদা য়েংহনা অতাপ্পগী য়েংদবতুদা সুজা ওইবগী হকচাংগী শরুক অতুস্থ য়াওথ্রবনি। নোংদম্বা মহক্কী থুংশেম্নি—ফত্তবা মহাক্কী নিংবতু থুপ্রসনু, মতুগা লোইননা অরোইবা মিংকুপস্থ ওইরগনি'

———

# ২৯ শুবা মতাং

লান লোইরবদা লৈবাক প্রজানা য়ারবা হুংশিরব', লৈবাক্তী সেথাদা অগাবা মশিং নাইদনা ফংলুরবা রাজকুমারতু 'সিংহাসন থক্তো কাহনলে। মাইকৈ থুদিংদা হুংঙাইবগী ইপোম ঙাক্তো ঙাইখ্রে। নিংথৌ হেক ওইবগা লৈবাক্তী মকমদ ফত্তবা শাস্তুম্নবা অঙম্বা কয়াদুগী বিচার তৌনবা রাখল তৌরক্লে। মনাই কয়ামুক থাদুনা চন্দ্রসিংবু ফানবা থিহনখি।

বিচার হুমিংনি, সিংহাসনথক্তো অনৌবা নিংথৌ ফমলি। মহাক্তী অকোঙবদা বিজয়, হিরাচন্দ্রনচিংবা রামিন্নখিবা অথৌবা কয়া লৈরি। মনাক অদুদা লৈরম্বা লাম্মীশিংতু থাদুনা সেলুংব-নচিংবা অঙম্বা পুম্নমক অদু কৈশুমশংদগী পুথোরক্লবা য়াথং পিখ্রে।

ঙৈহাক লৈরগা সেলুংবনচিংবা অঙম্বা পুম্নমক মথুং তু বুগ্রনা পুথোরক্লে। নিংথৌ মাং য়োরগা চপ লেপতুনা লৈরে। মতু উবদা লাম্মী অমনা চংশনলক্তুনা হায়রকই 'নথোয়গী নিংথৌতু লোকখাদা লৈহৌরবনি, মসি অশেংব অনৌবা নিংথৌনি থুরমউ।' লাম্মীতুগী লংনবা রাঙাংশিংতু তারগা মহাকপু মুম্না য়েংলগা থুরম-নিংদনা থুরমলি। অদুগা হৌগংলকতুনা য়াম্ন অরাবা উৎতুনা লেপ্পি। নহানমথৈ শেল চাদনা থবক অমত্তা শুদনা অহাওবতা চাদুনা লৈরকপদুনা মপুকশিংতু ওহি ওহি কাই। মথোইগী ফিবমতু ঙৈহাক য়েংলগা নিংথৌদুনা হায়রকই 'তাও সেলুংব-নচিংবা অঙম্বা পুম্নমক ঙসি নথোয়গী বিচার হুমিংনি নথোয় করি থল্লি?'

সেলুংবনা খুম্নকই 'নহাক্কী ননিংনি, নহাক্না ত্তৌবদা ঐখোয় অয়েংপা লৈতে।' মতু তাবদা নিংথৌনা শাওনা অমুক হায়রকই 'সেলুংবা! নহাক ঙসি ফাওবদা নপুক ওন্দ্রি, নহাক মীতুংশি পোকত্রি। ঐহাক অসে নিংথৌ ওইতুনস্মু, অরাংবদা কারবস্মু মমাংগী হৌখিবা ফত্তবা থবক কয়া কয় তৌরম্বা অহংগুম্বা ফত্তবা নিংথৌত্থ নত্তে। অরাংবা কারগা ফত্তবা য়োকখৎপা অমনি খল্লুম্থ। নখোয়না খল্লম্বা য়াই, ফত্তবা তৌরগা নখোইবু কনবিবা য়াই—মতুদি ওইখোক্তবনি। সতি ধর্ম্ম থুগাইবা কাংবুত্থ নমথনবা অরাংবা কাবনি, ঐহাক্না ত্তৌবদা কনা খিংবিনবা লৈতবনি। নহাক হৌজিক কদাইদনো লিৎকদবা। নতিক চাবা নরাম্দি নোংমনা নখোং কক, নোংমনা নমিৎ কোখোক তৌগদবনি। অতুবু ঐহাক্না পামই হায়তুনস্মু মতু পাংখোকপা য়াদে। ঐহাক্কী ইপক্তা লৈরিবা ঐহাক্কী মরূপ বিজয়—মহাক্না তুংশিবদগী ওইহনলিবা, নহাক্কীনা য়েক্নবা মহাক্না বিচার তৌগনি। মতুনা মহাকপু পোকপা পন্থৌগী লমন শিংবা ওইসনু। অতুগা অরেম্বা ময়াম অসিনা ঐগী দাই, ঐগী বিচারদি মখোয়বু হৌজিকমক লোইশিনবা অসিনি।' প্রজা-রোমদা ওনশন্দুনা 'ময়াম করি খল্লিবগে' হংলকই।

ময়াম—মতুনি, ইবুংঙো! ঐখোয়না পামজবা মখোয়বু থুদক অসিমক্তদা……।

বিজয়দা অমুক ওনশিন্দুনা হায়রকই 'মরূপ! নহাক্না পাম্বা বিচার মওং পুখোকউ'

ঙসাইমখৈ বিজয়না সেলুংবগী বিচারগী মরমদা খল্লমই। মহাক খনফম খংদে। পম্মোগী খল্লুববদি মহাক অতু খিনগাইহনা হাংনিংবনি—অতোগী মুজা বাসন্তীগী খল্লুবদা রাখল পুম্নমক মরু ফংনা মাংখ। মহাক্না মতু পাংথোকলুরবদি মুজাদুগী মমিত্তগী মপি তাবতু য়েংবা ঙম্মোই। অতুগা মখুংমক্না মচিনমক্না মহাক্কী দগী পিবা ঙমলোই। তৌফম খংদ্রনা হায়রকই 'ইনিংথৌ! ননাইদা অমুক শিন্নবিদ্রবসু ইনিংথৌনা অদুম পাংথোকপিরো'

নিংথৌনা অমুক হায়রকই 'করে নহাক্কু য়ারবদি। রা অমনা মরুপ! নহাক্না ঐগী বিচারদা পেন্দবদি তোগমু।' সেলুংবদা ওনশন্দুনা কৌরকই 'সেলুংবা!'

তাঞ্জা অহুমক্তদা খোংলোমদা থম্বাল মচা অহনগা লোইননা চংশনলি। নিংথৌদুনা সেলুংব হাইবতু তাহৌরে। মতু তাবদা লম্মন খুম্মিংবগী অশাওবনা, খৌরাংবনা নল্লবা পাখংতু নিংথৌ মাং তগ্না চংশনলকই। সেলুংববু উবদা চোংশনখিদুনা' নহাক নত্রা ইপাবু হাংখিবা—ইচিন ইনাও ইমা কাইনহনবা কত্তবা সেলুংব' হাইবতু?' হাইরম্লগা চরম পাইখ্রে। সেলুংবতু মমিৎ মনা ওনখংখ্রে, ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা লৈমাই থক্তা হাইখ্রে। বিজয় খাম্বসু নংহৌবা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈরে। মমা মচা অহুম অমুক হন্না উন্নবদা অশা কয়া কাওরকখি। নিংথৌনা ময়াম মাংদা খুদাং পাইদুনা হায়রকই 'নহাক্কী নরান করিমত্তা লৈতে, নহাক্কী লমন শিংবতনি—মসিদনি মচা পোকপা তাম্নরিবা' মতুংদা মচন মুপীবু কৌথোক্তুনা বিরেন্দা শিন্নখ্রে।

অহিং তাংলৌ অথেংবদা পামেল উজাওথক্তা তোংলম্বা লমগী চেক্লা মু'শিবতু নোংপোক চিংথৈ হুল্লকপদা মাইকৈ কদোমদা লমদম কদোমদা পাইখিবগে? অপাম্বা অশাওবা কল্লক-পনচিংবা থেংলবা মহাক অতুনদি মতু খংউবা ঙম্বা নত্তে। মহাক মতু খল্লুবগী মহুত্তা পাপ পুন্যগী য়ে দনা তাইবং পুন্সি মুংঙাইনবত মহোংনৈ। পুন্সি ইপাক শানবদা অরো'বদা তারগদবা দশ কয়াসু অতুম অতম ময়েংশনবা ঙামদনা মরেল্লি। কনাগুম্বনা মতু খল্লুরবসু মতুন তাইবং মঙ্গ'রক'গী রাখলগী ফলতু অতুম ভাহন'সি অতুগা মহাক্কী মতমদে লাকলব'দি কয়া কয়া রানা মতম লেন্নবা অতুম শেংনা শেংনা উবা ফংই। অতুগুম্বা অতু উরগ রাখল চাওবা শাতুনা থেংবদমক—য়ে ই--:থোইনা খনবতু থোইদারুদে।

অশাগী মতুং ইন্দুনা লাইরবা মহাক অতুগী মশাইকোন্দা নৈরদ নিংবা কয়া থুংদনা নৈগদবগী শরুক্তা অহাওবদা চাতুনা মনাই মশন কয়ানা সেবা তৌতুন', মনাই মশন কয়াদ থোদাব', অরুবা ফিরোন পাম্মুবদগী মিংচং ফংলবী রাজকুমার পোকপি মমা ইবেম্মা মপুরোইবা হুন্দোক্তুনা নিংথৌদা মিচিনা থারুবদগী মিচগী মহৈ য়ানলবদ মপুরোইববু মথুৎমক্লা হু পিজতুনা হাংপা ঙমখি। ওইক্নরে, মুংঙাইরবী চাওরবী, মনাই কয়াগা লোইননা, মিংজাওসু 'মমা ইবেম্মা মহারানী' কৌলে! মহাক্কী মিংজাওংগী মরক্তা য়েপকদবা 'ওক্রুবী' হাইবা অমতুদি মহাকপু অমদি নিংথৌ ফিবমগী লোম্না মীয়াম্না রাখল মুংদদা লৌনৈ। থম্মোইমুংদা 'ওক্রুবী' মপানথো দ 'মমা ইবেম্মা।'

অমুক রাবা অমুক মুংভাইবা মীওই পুন্সিদা, অচুম্বা লাক্লবদা মহাক্কী মুংভাইবত্ মাইকৈ কদোমদা পাইখিবগে ? মুংশিজরবা মপুরোইবা শেনজাও পাইবতু মফম খংদনা য়েক্লবনা মাংহনগ্রে। মরল মথুম পুম্নমকসু য়েক্লংগী মখুলা তাগ্রে। রাণী মশামকসু বন্দী ওইরে।

মহাক অতুনা মচাগী মফমদা কয়ারক হাইজখি, কয়ারক নোঞ্জখি মচাতুনা মুংশিবতু থরমক পোক্লবসু লৈবাক প্রজাবু অমদি মহাক্না অরাবা ত'ঙ্খিগ্নবশিংতু কিবদগী মহাক্কী হাইজবা পুম্বা অরেম্বদা তাখি। মহাক্কী বিচারদা হাইজবা পুম্নমক অরেম্বদা তাহন্দুনা 'তাইবংসে থুবাক থুংনমতনি' হাইবা উৎনবা মপুন্সি চুপ্পা জেলগী মুংঙাই মরক্তা লেনহনখি তাখি। অতুবু তুংদা বিজয় অমদি হিরাচন্দ্রন হাইজবদগী থাদোক্লুনা মচা মুপী দময়ন্তীগী মনাক্তা লৈখি।

---

## ৩০শুবা মতাং

'সমাজগী চংনবীন—
নিংজবা অশাগী মোংকম্নি'

লান্দা শিথিবা মীয়াম অতুগী মোংকমদা চংতুনা বিজয় অংাবা রাথল কয়া থল্লম্মী। অরাংবা থাক্তা কারুবশিংনা তাইবং ময়া চংলুবদগী মরাল লৈজত্রবা পুকচেন শেংবা কয়া কয়াবু

মোংকম থক্তা অঙৌবা ফুরা মচা মচানা মতুং শিনহল্লি। মপোক অহমগী তাইবংদা মাং তুং য়েংদনা মপা মশাগীত য়েংবনা অরোইবা পুসিদা কয়া কত্তবা, কয়া য়াবা ফিবমদা তাখিবা। মহাক মহাক্কীদা অয়াবা, কওবা ফিবমদা তাবদা নত্তনা তইবং কয়াবু চেন্নরি। য়াথল অহু খল্লুরগা সেলুংবগী মোংকমদা চংহনা বিজয়ন মথক্তা হায়য়কই 'সেলুংবা! নহাক্না তৌজবত। নহাক ঙসি মহুগী ফল কংজরি। নহাক্না ইপাবু হাংখিবহুগী লমন কয় শিংনিংলবস্থ নহাকপু উবদা তাইবংগী গুংশিবা পোক্নুনা নরাল কয় ঙাক্তনা পুন্সি মতোন লোমহনিংবনি, অহুবু নহাক্কী নরাম্না ঈশ্বরগী থুংশিন্দা হোংবা য়াখিত্রমাল্লে।

নোংপোক থ'বা মাইকৈদা অরুংবা থাজনা অরৈবা মশেক মঙাল পুথোরক্নুনা তাইবং মালেমদা খোংদাররি। মঙালহুনা মোংকম থক্তা অঙৌবা ফুরাশিংগী মথক্তা য়ৈবদা ইঙৌ ঙৌনা উবহুনা হুমিৎ খরাগী মাংদা খোকখিবা অচুম অরানগী লানকম অদুবু তাইবং কয়াগী য়াখল হুংদা অরুৎপা লৈতনা লাওথোক্লি। ময়ামহুবু য়েংনা য়েংনা বিজয় পিরাংস্থ শিন্থরি। মথুক্তা পাইরম্বা থাংহু মোংকম থক অহুদা লংথোক্লি। অরুংবা থাংহুদা থাজনা য়ৈবদা ইরং লংনা তারিবহুনা মহাক্কী থম্মোইবু তনিক তনিক হল্লি। মোংকমহুদা হোৌবা লৈতেম মানবা নাপীশিংহুদা ইংলবা মলয়ানা হবদা লেং লেং চংলি। মহুবু মুম্না য়েংলগা স্বর মপি শাংনা হোল্লগা মপু মাগী মিংথৈ শোন্দুন য়োংকমহুদগী খোরকখি।

থাবলগী ইপোম অহুদা পাক্লবা লমহাং অহুদা মহাক্কী লম্বীদা পারবা শংবাম্নবা কি অমনা লৈতেংলহুনা মহাক্কী থম্মোইবু শুমহুৎ-লবা হুজাহু লাক্লে। শংবাম্নবা অতিয়া মকোইদা থাজনা য়ৈবদা ঙৌরুনবহুনা শংবাম্নবা ফিতুগা তিন্নখিবা মতুগী মরক্তা থাজ মঙাল-া চামগোক্লবা মাইথোংহুদা তপ্লবা মশায়ানা হুম্বদা লাইবক্তা তাবা শম্নংহু ফেরে ফেরে হাইবহু উরগা লাইগুম্নবা পম্বোমক্কী লমন ফওবা থিংলি হুজাহুবু উবদা মহাক অহুবু তপ্না কোন-শিনবিরি। অরাপ্পা মফমদা পারবা লৈচিনশিংনা কুপশ্রি। মতুনা অরাপবা লৈব চিংমান উপান রাপানচিংবা কুপ্নশিনখিবহু মমি শামি ওইনা উরি। হুজাহুবু কোম্লহুনা মথল মথা অয়াম্বা লৈরাংনা শাংলবা লৈকোন অমদা চংমিন্নরি। লৈকোন্দুগী অশংবা নাপিত্তনা কুপ্লবা লমহাং মচেৎ অমদা হুজাহুনা পাথংহুগী মথুৎ অহু লাক্তনা চিংলগা ফমথখি। হুজাহুগী ইঙ্গিতা পাথংহুস্ন ফমথখি। পাথংহুগী তম্পাক অহুদা ঙাথরহুনা হিপথরি। পাথং অহুনা হুজাহুগী মশাহু থোমগৎপিরগা মকোক অহুদা নাম্লহুনা ঙৌরুনবা মাইথোং অহুদা মিত্তারগা 'হুশিকী' হাইনা কৌরকই। হুজাহুস্ন মেমোন তৌনা মমাইহু লৈথখি।

লৈকোন্দুগী মপুং ফারবা লৈরাংশিংহু ইঙৌ ঙৌনা শাংলি অনৌবা মনাশিংদা থাবলনা য়ৈবদা ইরং লংলৈ। মরুম ওইবদা ইমম মমই। তপ্না হুম্লকপা মুংশিংনা য়ৈবদা লৈরাংশিংহু লেং লেং চৎলি। অপাবা লৈচিনশিংহুবু শাগৎলিবা অহিংগী লিক্লা-শিংহুস্ন মরিক মরিক পাইরি। লৈচিনশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা

অমা মখোইনা লৈরিবা মফমতুদা লাক্লে। মুপাদুবু উবদ বাসন্তী হৌগংলে, বিজয়গী নাকন্দা ফমদুনা লৈরে। লাক্লিবদুনা চংশনলদুনা মখোই অনিগী মনাক য়ৌরক্লে। মখোই অনিমক লাক্লিবদু হি-রাচন্দ্রনি হাইবা খংলে। বিজয়না হান্না কৌদুনা হাইরকই 'মরুপ কংলত্র ? ঐহাকসু ওনাইমখৈ থিরুরবনি'

হিরাচন্দ্র — থাজদে মরুপ। মহাক তাইবং অসিদা লৈরনখি-গনি হাইবা থাজদে।

বিজয় বাসন্তীগী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই 'বাসন্তী নহাক য়ুমলোনদা চৎলো, ঐহাক নতাদুবু থিবা কংদ্রিবা কাওবা হল্লক্লরোই'

অমুক হন্না মোংফমদুদা চংলদুনা মুরা থুদিংগী চংদুনা মদুদা থারিবা মমিংশিংদু পাবা হৌরক্লে। তোইগুম্বমুং পারিবা মিদু থেংনত্রবদ হিরাচন্দ্র মমিত্ত ঈরা চেল্লদুনা হায়রকই 'মরুপ নহাক লৈহৌরো, মহাক অদু মফম কৈদমু লৈরম্মরোই, অদুবু মহাক্কী অরেপ্পা অমতাংদি খংথিগে'

হিরাচন্দ্র বিজয়বু অমুক্কং কোম্লম্মগা মফম অদুদগী তদুম চংগ্রে বিজয় তোকম হংদনা অদুম লপতুনা লৈহৌরে। চৎথিবা অদুনা অদুম চংথিদুন লৈচিন মরক্তা মা গ্রে। মদু উবদা বিজয় হিরাচন্দ্রবু কৌর কৌরদুন তাম্নরি।

অহিংগী অচিকপা অদুদা ইংলবা মুংশিৎ অদুদা মুন তরংদা ইংলবা থোঙ্গাংদা মহাক্কী মনাকোংদা কনাগুম্বী নিংবা কাইরবী অমগী অন্না মৈশা অমা তারে—

কাওথরে মতমগী ইচেন্দা,
অহৌবা পুন্সি বসন্ত অয়ুক্ত—
চাক্তামিন্নখিবা হুংশিবা চেক্লা'হুবু।
থাজখিবা অশাগী লৈরাং কয়া
নিংজবা কয়াগী লৈকোন্দা
শাৎখিদরে পামজবা লৈরাং।
মাংখিনি ইংশবা মালেমগী শিক্লা,
ইংলবা শরৎকী লৈচিনলক্তা তাখিবা
কল্লবা কোরৌরেনগী মৈশা ফংবদা।

ইশৈহু তাবদা মহাক কোইরৈ লৈনা য়েংলক্লি। অসুম তাবদা অহাংবা অতিয়াদা তাংগুম তৌই। মহাক্কী নিংয়েংদা অহাংবা অতিয়াদা অশাবা লৈচিন খরা পাইরকপগুম তৌই। লৈচিনশিংহু তপ্না তপ্ন পাইৎখিহুনা মালেম থক্তা য়ৌরক্লে। লৈচিন তাখিবা মাইকৈরোমদা বিজয় অসুম অসুম চংশনশি। মাইকৈ অদোমদগী লৈচিনলক্বগী কিডৌ শেংপী মুক্তা অমা থোরক্লে। মহাক অত্ত মশক থংলে—মহাক্কী অহৌবা পুন্সি ইপাক লানবা হৌমিন্নখিবা চৎনবীগী চেকপলনা খন্দুনা রাংমা রাংমদা তাখিবহুনি। মুক্তাহুগী মাইথোংহু শিন্থরকপা পিরাংনা থান্না। পিরাংহুদা থাজনা য়ৈবদা বিজয়গী পুক্নিংদা নিংঙমদবা কয়া পোকহল্লি। মহাক্না মুক্তাহুবু মডোন্দা চংশনলক্কবা হাইরি। অতুবু মুক্তাহুনা হাইরকই 'ঐহাক অসে তাইবং অমগী মুত্তি নত্তে, নহাক্কী মুক্তাহুগী থরাইগী প্রতিমানি। নহাক ঐহাকপু শোকপু'

'প্রতিমা ! মতুংগ। মহাক অতুদি……?'

'মহাক অতু চৎনবী লৈতবা অমম অভান থাইদবা মফম ম্লোপ্রে।

বিজয় শকফম অতু উবদা অমম্বং রাঙাং অতু তাবদা থম্মোইদা অর বা কয়া কয়ানা 'অরৎপা লৈতনা শাফু পিররি। মুজাতুবু মিৎকুপ খুদিংগী মুংশিবা শরুক চামা চামা হেনগৎলক্লে। পিরাংনা অরৎপা লৈতনা শিম্বুবা হৌরক্লে। অমুক হায়রকই 'মহাক্না ঐহাকপু হুন্দোক্লম্লব ? প্রতিমা! নহাক ঐহাকপু মুংশিদব্রা ? নহাক্কী নফমদা ঐহাক লানথ্রে ঐহাকপু ভাকউ'

'হৌজিক মতুংগী মতম নত্রে। নহাকসু চৎনবী, অশা এবা কল্লকপা, মুংশিগা মেংথিবা অপাম্বা লৈতবা মফমতুদা লাক্লবদা ঐহাক নহাকপু ভাইরমগে। মফমতুদা নহাক্কী নথোং পাইতুনা সেবা তৌজগে! হৌজিক নহাক তাইবং মপুগী :পারম মথা পোল্লি'

'নহাক ঐহাকপু শাওব্র ?'

'নত্তে, ঐহাক নহাকপু পাও অমা তম্লমগে হায়তুনা লাকপনি।

'হাইয়ু করি পাওনো ?'

'নোংচুপ চিঙ্গোন অসোমদা লাইবক থিবী মুজ্জা অমা কনাগুম্বা কন্তবা অমনা ফাতুনা নত্তবা লমচৎ কয়ামরুম চৎতুনা অরাবা পিরি। মহাকসু ঐহাক্না মুংশি শেৎনরবা অমনি হায়বা থংই—মহাকপু কমবা হোৎনবদা ঐহাক তাইবং থাদোকপনি '

'মহাক অতু কনানো ?'

'ঐহাক মাবু মমিং মথা থংদে, নহাক ঐহাক্কা লোয়ননা চংসি। মহাকপু অমুক্তা কনবিয়ু—মহাকপু সুংশি মকা য়োৎহন-লগা সুজা ওইবী ঐহাক্কী নিংবা থুংবা শকচগে'

ইথং থংহৌদনা অকুংগা জঙ্গল অমা প্রতিমাহুনা লমজিংহুনা য়ৌরক্লে। ইংলবা ভৌরুনব খাবল অহুগা সুজাহুগী প্রাতিমাহনা ইভো ভোনা চংলি। চংন চংনা বিজয় রাখল কয়া কয় থল্লি, প্রাতিমাহুবু কোন্দুনা মহাক্কী অরাবহু কোকলসিরা থল্লকই, অহুবু মহু থক ওইথোপস্থ য়াদে। মিংকুপ থুদিংগী আরবা শরুক চামা চামা হেনগৎলকই। হৌখিব পুন্সি মতেক থরগা সুজাহুগী মকমদা মহাক্লা কয়া সুংশিজখিব অহুগা, সুজাহুনস্থ মহাকপু সুংশিখিবহু নিংশিংলকই। নিংশিংলকপা মতাংদা প্রাতিমাহুনা মাংদা চংপহু উরগা প্রাতিমানি হাইবা কাওথোক্লি, অশেংবা সুজাহু ওইরবোই নিংই। মহাক্কী অশাহু তপ্না তপ্না হুম মালংবনা হুম্বদা কাওরকপা হুকচাংগী অইংবা অহুনা থুগাইরি। মতাংহুদা পাথংলি। মহুগী কলদি মথাগী ইসেন কনথৎলকহুনা পিরাংনা অরংপা লৈতনা শিন্থরি। অমুকস্থ পুন্নমক কাওথোক্তুনা প্রতিমাহুবু কোল্লুরি অহুবু অহংবা প্রাতিমাহুনা চোংথোকখিহুনা মোমোন নোকপা মিনোক্লা লোইননা মহু ওইথোকপা য়াবা মতম নত্তে হাইনা হেক হেক হাইরকই। প্রতিমাহুগী মাইথোংহু মোমোন নোক্লবস্থ পিরাংদি অরৎপা লৈতনা শিন্থরি। মহাক অহুস্থ রাঙাং থুদিগী তনিক তনিকই। অস্থম লাকপদা চিংথক অমা য়োরক্লে। চিংথক অহুদা অস্থম লাকপনা অমুক চিংদোন অমা অমুক য়োরে।

চিংদোন মহু হেক য়োবমক্তদা কনাগুম্বা অমা মুপী মগা অমবু কোইত্তান তাম্লবা উরি। মুরাহু মপাঙ্গল ফুদোক্তুনা চেনলি। মহাকপু কনবীমু হাইনা লাওংগুমমু তৌই। মুজাহুনা বিজয়বু উমক্তদা মহাক তম্না চেপনলকই 'তাদা ঐহাকপু অমুক্ত কনবিয়ু' হাইবগুমমু তৌই। বিজয় মুজাবু মহাক্কী মুংশিজরবা মরুপ হিরাচন্দ্রগী মথাই ওইরিবা সুনিতানি হায়বা খংলে। মুজাহু মনাক্তা কৌপনবীরে। মহু উবদা তাম্লরম্বা মুপাহুমু মথোইগী মনাক য়োপনলক্লে। মহাক অহুনা ফজ্রবা 'চন্দ্রসিং ওইরম্লে মহু উবদ, বিজয় শাওনা লাওরকই 'চন্দ্রসিং! নহাক অসিদা অমুক লৈরম্লি ?

রাইহুগী অরোইবদা বিজয় ইগুক গুকখ্রে। মহাক্কী মমা খঙ্খনলনা 'ইবুঙো কৈদৌরে' হাইদুনা লোম্নক্লে। মহুদা বিজয় মমিৎ পাংথোক্লে। থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক মমং ওইরম্লে, নোংপোক খংর মাইকৈদা ইরং লাংলমলে। হিপফমদগী হোৎজনা চিনম্না লেংদোক্লে। কনামগুদা মহু তমথোকত্রে থুনা ম্যানা চৎখিদুনা মহাক্কী মরুপ হিরাচন্দ্রগী মফমদা লোইনা তমলুরে

# ৩১ শুবা মতাং

কুপ্লবা উনারক্তা ইংনা নৌনা, থোংনা মখোম ওইনা শাংচবী লৈরাং অমু অযুক্কী ইংলবা লিক্লা অমুদা অপাবা লৈচৌন পুবা মালেং মরক্তা নোকমি নোকমি তৌবা মাইথোংনা শাংলম্বদগী নোংপোক থংবা মাইবৈদা কোরৌরেন মহাক্না মতমগী ইরেন্দা তাওত্তনা মৈশা পিরবদা করম্ব উনাগী মরুমদা লোংপ্রবনো থনবদা খোইমু ককও ওনরি। ওইনচাওবী লৈরাং ওইরুবদগী তাইবং ময়ানা কুপ্লবা অমদি লাইবক থিবা খোইমু ওইবনা লৈরাং মাগী সুংশিংগী অশাগী মরোন অমু থুদ্রেবপ্রবোই। অমু নত্রগা মহক্না হাইখিবা 'সুংশি ইরেন ইয়াইদা রাগৈ হিবু হান্দূনা লানবদা কল্লক য়েংথিবগী নোংলৈ সুংশিংনা হুম্বদা হিরাক্লবদা লমথুংক্নম তোর্বান অমু য়েংহুনা অরোইবা পিরাংনা মাইথোং থম্না ইয়াইদা লুপকনি' হাইবা রাখল চাওবী সুজ হুগী রাজাংহুস্নু কাওবা য়ারোই। মহুনা অচুম্ব ওইরবদি লৈরাংগা খোইমুগা পুর্ণিস লৈপুন শেম্লকপা ঈশ্বরগী থুংশিন থুগাইদনবা খোইমু পুস্তিংসু অত্তুম মরোইশনবা য়ারে। মহাক অমু তশেনা থোংলবা তাইবং মৈশা থাংবা শুমজত্রবী থুম্বংগুম্বনি, অমুগা য়েক্লবগী মফমদনা লৈরাং কেতুকীগুম্বনি মশাগী অশানা অকনবা লৈবাক-থক্তা থিনগানইহুনা শাংথপি লৈবাক লৈনি। হে! নোংদম্বা বিধি [illegible] থিন তমখৈপা। পোকপা শিবা নাইবা তাইবংনি, অমুবু মহু ওইহুনসু কম্বিগীদমক মহাক অমুবু ঐহাক্কী ইকমদগী অমুক থুনা থাইরিকনো?

মুংশি শেংনবগী মৈশানা মৈরবা হিরাচন্দ্র অহিং নোংশোইবা অরাবা কয়ানা মিংশেন থাংলি। তুমখুন হনবা য়াত্রদুনা নোংপোক থংবা মাইকৈদা নো মগী কাইত্রবা চিংথৈ কিরুক হাংদোকপদ মমাংগী অয়ুক অমগ চাংদমুরি। মুমিং অমিদি মহোশা। লাইরেম্বী মহাকপু উরগা। মহাকপু মুয়া মিতারগা থম্মোই মুংদা অঙকপা কংলবা মৈচাক অমা কাওরকই। মুমিং অদুগুম্মা মমাংগী নোংপোক থংবা মাইকৈত উরগা অমম্বা কৌবী লাইরেম্বীবু তাইবংদগী তান-থিদুনা তাইবং মংকাওনহন্দুনা মানা মানা নিংবা থৌরম কয়া পাংগনি খন্দুনা মুংওাইবগী ইহন পি। অতুবু মুমিং থরগী তুংদদি মহু ওইবা য়াদে—থাদে কয়া উরগ মুক্তা মাবু নিংশিং-লক্লনি থনবদা চিংথৈ কিরুক হাংদকপদু পিরাংনা অরৎপা লৈতনা শিন্দুনা মায়োক্লরি।

বিজয় লাক্লুনা হৌখিবা অহিংদা মহাকী মমংদা উথিবা দৃশ্যদু তয়রে। মহু তাবদা মখোই অনি অবাবা অমদি নিংঙমদবা কোংদোক্লুনা কপমিয়রি। মংদুদা শোকখিবদুমক ওইনা কত্রবা চন্দ্রসিং অদুনা মুক্তা মহাকপু লমদম তায়া পুরম্বা য়াই খয়রে। মহু খংনবগীদমক মখোই অনি মংদা উথিবা নোংচুপ চিঙ্গোন তম্না চৎনবা থৌরাং তৌরে।

হিরাচন্দ্র বিজয়গা লোইননা খত্তিক চাবা খুৎলাই পুরদুনা চিংগী লমদম—বিজয়না মংলান্দা উথিবা মাইকৈ অদোমদা খোংশানলক্লে। চিংজোল অদু য়োবদ মখোই অনি চংদুনা মুক্তাদুগী খোঙ্গুম পিবা হৌরক্লে। অদুবু মখোইনা থিবদা মকম কৈদম

কংবা নৈলখিদ্রে। মমৈথংদা থিবা অহৌবা খুদোং চানবগীদমক মথোই অনি নাকন অমমমবা চৎনবা ঙাংনরে। অমাং থংবা মাইকৈ য়োমদা বিজয়না, মথা থংবা মাইকৈদা হিরাচন্দ্রনা চৎখ্রে।

মথা থংবা মাইকৈদা হিরাচন্দ্র অহিং তুংথিল থাইদনা মহাক্কী থম্মোইতুংগী অয়াবা অত্ত কোক্কবা নুজা অহুবু থিরি। অহুবু থোয়াংলবা মহাক্কী মিংমাংদা নুজাহুগী তুংশিরবা মাইথোংত্ত উৎলখিদ্রে। তুমিং কয়ানিমুক চাবা থকপা থোওইদনা থিরকপদা মশাহু য়াম্না চোকথরে। মশাহু তেক থৎনবা মতম থরদং পোথাগে হাইনা খল্লি, অহুবু মহু ঙমদ্রে। হকচাংনা চোকথবনা হেনগক্লবদা মকম চাবা য়েংহুনা মহাক নৈহাক কয়্রে। মশাগী চোকথরবা অহুদা লিরি লিরি হুগা মালংনা য়ৈবদা অমুক তুংঙাইবা অমা পোক্লে। তুম্মিংবগী মওং অমা লাক্লহুনা মকমহুদা ঙাইহাক উইবগুম তৌই।

তাইবং জ্ঞান হেক মাংবগা মংলানগী অহৌবদা থম্মোইতুংদা বীনাগী তারদগী তুংশিরবা খোঞ্জেল অমা থোরকপগুম তৌই। মহুগ লোইননা অঙকপা দৃশ্য কয়াম্ন অহুম মথং মথং লাক্লি, মহুনা তুম্বগী মপুং ফাহনবা ওইখ্রে। অতিয়া থেৎনা য়াংলবা চিংদোন অমদা কনাগুম্বী নুজা অমথক্লা মশম মনা ইকা কনা মকি ময়োন অত্ত ইশে শেগাইনা মাইথোংহু পিয়াংনা পুমচোৎ চোংপগুমম্ন তৌহুনা কল্লি। মতমদো তুংথিলগী তুংঙাইবা মতম লাহোকখিহুনা অমম্বা অহিংগী হৌগংলকপা মতাংদা হিরাচন্দ্র নুজাহুবু শক থংনিংবনা চিংদোন অহু তয়া কাথৎখি। চিংদোন

অচু য়ৌরে। অদুবু চুঙ্গাহুনা লৈবা চিংদোন অহুগা মহাক্না কাম্লিবা চিংদোন অহুগ শম্লমত্রে। অমুক চিংথোং ভগ্ন কুমথহুনা চুঙ্গাহুগী মনাক য়ৌনবা ফাবা তারে। চিংশাং অহু অহিংগী মঙম ওইবনা ইমম মমই। চিংথোং অহুদগী অমুম কাথংখিহুনা চিং অহুগী ময়াই য়ৌরে।

অমরোমদা বিজয় মহাক্কী মরুপকী নিংবা অহু থুংনব, মহাক্না চংলিবা মাইকৈ অদোমদা চুঙ্গ হুবু থিবা হোৎনেরি। মহাক অমুম চংলম্বদগী ইথং থংহৌদনা মহাক্ন উথিবা লম অমা নিংশিংলক্লে। মহুগা লোইননা অঙকপা চিংজাও অমসু মাংদা লেপ্লরে। মকথহু মহাক্না লুমিং কয়া নগী মমাংদা মং লান্দা উথিবা মকমহুনি হাইবা থম্ব থনবগুমসু ভোই। অমুম চংশিনখিহুনা চিং অহু কাবা হৌরে—মংহুগা চপ মান্ননা মকমহুদা চুঙ্গা অমা কনাগুম্বা অমগী মমাংদা চেনলি। মহু উবদা বিজয় অঙকপা ঙমদি হরাওবা কাওরক্লি। চেনশিন্নবা মাইকৈ অদোমদা মহাকসু চেনশন লুপ্লি। অদুবু মভাংহুদি মংলান্দুগ মাংদে। চুঙ্গাহুনা মহাকপু উহুনা চেন্নকপা মতমদা চিংদোন অহু অমমম ওইরক্লে। চিংদোন অহুগী মরক্তা লোক অমা লৈখি। লোক অহু য়াম্না ঙমই। অমুম চেনলকপনা চুঙ্গাহু শর নকশিন্নলকপদা মহাকপু মশক থংলে। অহুগা তুংদা তাম্নরকপহুনা চন্দ্রসিংনি হাইবসু থংলে। চুঙ্গাহুনা অমুম চেনশনলকপনা চিংদোন অহুগী অরোইবা ওমথৈহু য়ৌরে। মহু উবদা বিজয়না পাথংনা লাওরকই 'ঙাইথো ইরেম্মা!' অদুবু চুঙ্গাহু অরেম্বা লৈরমনা চেনশন্নরম্লি। বিজয় অমুক্কা লাওরকই 'চন্দ্রসিং

সুজাত্থগী থরাইদদি কয়ু ' অত্থবু পুম্নমক অত্থ অরেম্বদা তাগ্রে, সুজাত্থ চিংদোম্পগী হেন্দোক্নুনা লোক অত্থগী অরোইবা মকম য়োগ্রে। বিজয় অকিবা অমদি ত্থজু বা কানা তাখিবত্থ য়েংই। ঙৈহাক য়েংলগ, মত্থংদা য়েংবা অত্থ তোক্নুনা চন্দ্রসিং লোমদা ওনশনলক্লে, মহাক্না লাওরকই' থক্রবা নহাক মত্থমসু কোই- রগনি।' হশাদা য়াওহম্বা লিক্ল' .তন লোথোক্নুন চন্দ্রসিং তম্না কাপ্পা হৌরক্লে।

হিরাচন্দ্রসু মংলান তত্থদা চিংদেন অত্থ য়োরকদৌরে। মতমত্থ অহিংগী মতম কনা য়াম্না হৌজনগ্রে। নো পোক থংবা মাইকৈদা থাজনা ইরং লংনা থোরক্লে। মহাক কারিবা চিংত্থ থাজরোমদা ওনশনদি। ইংলবা মতমত্থদা মথক থংবা শরুক্তগী সুংশিরবা খোঙ্গেল অমা তাবা হৌরক্লে। অহানবদা খোঙ্গেল অত্থ মরেক লোবা ওব্লমদে। অত্থদগী থ্রাংবা অসুম হেনগংপগা লোইননা মরেক শেংনা তাবা ওব্লকএ। মরেক্তি অসুম্না হায়বগুম তোই—

শরৎ থাবল লমহেনবী!
কুমগী নোংহৌ কিবনরা?
মাইথোং তথক্ত তথক্না
অতিয়া মকোইদা চেনবদি
লৈরাং' নিংবা থুগাইবদা মতেং পাংলিব্রা?
তাইবং মালং ইন্নাইদা
অমুক্তী লৈরাং লৈনারক্তা

অসুম চংখিদুনা চিংথা অমা য়ৌরে। চিংখোং অদুদগী চংখিদুনা লোক অমা য়ৌরে। লোক অদুগী মথুংদা অসুম চংখিদুনা মুং অমগী থক্তা অশিবা হকচাং অমা থেংনরে। মুত্তিহুং। মহাকপু অমুক্তং য়েংলগা হায়রকই 'লৈহৌরো পামুবা হন্দক মপোক্কী নহাক্কী অশা ওসিনা লোইরে।' মদু হাইরম্মগ মুত্তিদু মকমদুদগী অতুম মাংখ্রে। হিরাচন্দ্র মাংখিবা মুত্তিদুবু হন্না হন্না কৌরকই 'ঙাইখো ঐগী মু শিরপী সুনিতাগী প্রেম মুত্তি ওসি মঙাইরে উম্নগদবা—অমুক্তা পেন্না য়েংহৌগে—থম্মোইদু দা পুন্সি লৈঙ্গোইদবা মুত্তি অমত্তা য়েকহৌখিগে, অদুগা থম্মোইনসু পেন্না জিবন মহাবিন্নাই পিখিগে—মুংশি শাওযেন্নখিগে'। মতুংদা অশিবা মশাদু কোল্লগা হাইরকই 'সুনিতা! মুংশিবী সুনিতা! নহাক ঐহাকপু হদোক্লম্লব্র! অচুম্বনি মুংশি সংসারদা মুংঙাইবনা লৈহৌনি অরাবনা পোলোইখি। ইর ইবক্তনি ঐহাক অসে। ঐহাকপু অমুক্তা কল্লুনে মুশিবী'।

চুম্মুবদগী হিরাচন্দ্র মিংকপ থোক্লে।' মাংদা উখিবা থোদোক শিংদুদা মহাক মুজাদুবু অমুক উখিগনি হাইনা থাজবা ওমক্লেম অদুবু মহাক্লা তাক্লম্বা মকমদুদা অমুক্তদি য়ৌখিগে হাইদুনা অরাং শাংনা চংপা হৌরক্লে। অসুম লাকপনা মুজাদুনা তাক্লম্বা মকমদু য়ৌরে। লোকতুং অদুদা অসুম চংলকপদা মুজাদুগী মুশিবা মশাদু থেংনরে। মদু উবদা মমিং মনা মুংথংব্রে। পাক চাওরবা অতিরা মকোইদা য়েংখত্তুনা নিংবা কাইবগী পিরাং শিদুরি। অদুগী চংশিনখিদুনা অশিবা অদুগী মনাক য়ৌরে অশিবা অদুবু কোন-

গম্বকী তৌররুপা মুতাংদা ইথং থংহৌদনা 'নহাক' চাইবা লুমবা খোঙ্গাং অমা তাখি মতু তাবদা য়েংখোক উরে। য়েংথোক্লবদা ত্রবা চন্দ্রসিংগী মুত্তি উবগুম তৌই। হেক উবগা তনজৈ অমনা পাইশনলক্লুনা থম্মোই থুম্না চ গ্রে। তুথখিজুনা অশিংত্থু কোন্দুনা মহাক্কী অরোইবা স্বরসু হোনখি।

চন্দ্রসিং হিরাচন্দ্রবু তেম্না থারম্মগা অমুক মকমতুদগী থোরক্লি। মহাক্না হেক থোরকপক্না বিজয় অমুক থেংনরে। বিজয়না মহাক উবদা তেন কাপ্লকই। চন্দ্রসিং মতু উরহুনা উ মরুম অমদা লৈশন্দুনা পানহৌত্রে। মথোই অনি কনা কুইনা কাপ্পরবদা লাকশন্নবা ঙমত্রে। মমৈথংদদি চন্দ্রসিংগী তেনজৈ লোইথোকত্রে। মহাক চেনগদবগী তৌরক্রে মতু উবদা বিজয়না মথুত্তগী লিরুংত্থু হুন্দোকখ্রে, অতুগা লাওরকই 'অপংবা! নহাক চেল্লিবা? চেনগসু ঐহাক লিরুং তেন হুন্দোক্লবনি' মতু তাংদা নাকল্দগী থাং শত্তুনা বিজয়বু ঙাইহুনা লৈরে। মথোই অনি অকনবা লাল শোক্লরে। চিংগী মুংগাই মরক্তা চোংকন্দুনা থাং ম্লুনইরি। বিজয় মতুংলোমদা হনবদা খুদি খিজুনা লোংনা তুরে। মতুদা চন্দ্রসিং তান চারে হাইতুনা বিজয়গী মকোক তম্না থাংনা য়াম্বরকই। বিজয় মথোংনা লৈশংতুনা থোংউপ্না থাংত্থু তাক্লে। নাকল্দগী অমুক য়ানশনক্লে, অতুদসু মকোক অত্থু হাইগংহৌদনা শাকহৌত্রে, থাংত্থু মথাদা লিংখ্রে। মতুংদা বিজয় ইথং থংহৌ- [illegible]খোগম্লুনা চন্দ্রসিং তম্না মহাক্কী থাংতুনা খিংজিনখ্রি। চন্দ্রসিং [illegible]কপা ঙমহৌত্রে, থাংত্থুনা লেংখ্রে খুদক অতুমক্তদা মহাক শিরে।

বিজয় মহাক্কী মরুপ অমদি লোক্কু তাখিবা মহাক্কী মুজাহুবু থিরকই। লোক অহুদা চংলকপদা হিরাচন্দ্র মুজাহুবু কোন্দূনা তুরগা লৈরম্মী। অওকপা অমদি কাইনা ইহোৌগা লোইননা মরুপ্তুবু থম্মোই শোক্লা অরোইবা পুন্সি বিদাই পিখ্রে।

---

# অরোইবা মতাং

মোংকমদনি বিজয়- বাসন্তী মখোইগী মুংশিরবা মরুপ অমদি, মতাগী মুরা অহুদা মিত্তুগী শিন্থরকপা পিরাংগা লোইননা লৈনচিংবা কয়া মরুম বংশি। ফুরাহুগী মাংদা চাক্লিবা থুপকী মৈথুহুনা রাংনা চুম্না কাখিহুনা অরাংবা অতিয়দা তিনখি। মহুবু য়েংলগা পুন্সি লৈপুন অহুনা খোম্লাং অমত্তা ওইনা হাইরকই—

পুন্সি বসন্তা অমুক্তা
নুরবা লাইক্র মুংদরী
অশা চাওনা পোমজ্ররকপা।
লৈরাং থম্বাল অনিথক—
অপাম্বা খোইমু থেংনজহুনা
পুন্সি ইরেন তিন্নসি হাইনখিবা
কদাইনো অনিহুবু—?

মিত্তুগী শিন্থরকপা পিরাংগা লোইননা শাবী শানৌ অনি অমুক অমুকই য়েংনরি।

চেং নৈদ কৎপা লোইরদুনা বাসন্তী হনখ্রে। তুংদা খিজয় লৈহৌরি। মহাক নোংচুপ মাইকৈ ওন্দুনা মহাক্কী অহানবা পুন্সিদগী ময়াই কাওবা শম্নপ্না নিংশিংলকখি। মতাংদু নোংচুপ চিঙ্গোল্লক্না কোয়োহনবনা লোৎখিদুনা মশেক মঙান পুম্নমক মাংখ্রে। মহাক্কী রাখলসু মতুদা লোইশনখ্রে। অহাংবা অতিয়াদা অয়াংবা থয়ানমিচাকশিংনা ইরং লংনা থোক্লি। মথোই শিংদুগী ময়ক্তগী অমথক্কী শরুক থয়া কিন্থখিদুনা ম্যাদেম পুম্বা পুমঙান ঙানখি। মতুদা মোংফমথক্কী কুয়াশিংদু লোইনা উবা ফংই। মদু উবদা মহাক তুচুংই। থংহৌদনা থাম্বা ঙমজবা নিংঙমহৌজবগী পিয়াংসু শিন্দুরকই। লোইশনলকপদা মহাক্কী রাখল মুদা অয়াম্বা মফমদগী খোম্বাং য়ৈরকই—

পুন্সি লৈকোলগী অথুপ্পদা
সমাজগীদি য়াংমদা
চৎনবীগীনা মতাইদা
থাজখিবা চিংলাইবক্কী উথম্বালদু
কুমগী নোংহৌ লাক্নুনা
মাংখ্রবা পন্তুনা পুমদনা ?
নত্রগা, রাকচিংগী উলেন থাদা
অরাবা কয়া তাখ্রবা ?

লোইরবা